নংগীদমক,
থাংওমদবা অরাবসে পুন্থনা মীকুপ খুদিং
অসুম্না হিংলি শিখিবসু ওমদে
ঐ খংদে, কয়াম কুইনা........
অন্থবু নংগীদমক,
ঐগী পুন্সিদি অসুম্না হিংলি........

লোয়ননা
"তোল্ল তারবা য়েংশিনবীনবা কনা লৈত্রবা
মখোয় কয়াথুগী মফমদা ........ সাহারাগী মীকপ"

"সাহারা[illegible]

রারীম[illegible] ওরামরিগী পুনশিনবা লাইরিক

অইবা— থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ



লমদেং মমাং লৈকাই


অকোঙবা অমদি কংকম থোকপা
থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ

অহানবা কোঙবা : মে, ১৯৯৬ ইং
কোপী মশীং : লিশিং অমা
মমল লুপা : কুন্থ্রা মঙা (মথুম অপাবা)
লাইব্রেরী মমল লুপা য়াঙ্খেমঙা (অথাবা)

মথুম য়েকপা : সৌবাম নিল্লকান্ত সিংহ (লমদেং)
মথুম ডিজাইন : অইবা মশা
মথুম নম্ফম—21st Century Plus Screen Printing
and Painting Studio, (Lamsang Bazar)

লাইরিক নম্ফম—Standard Press
Paona Bazar Imphal


অইবগী কোঙখ্রবা লাইরিক,
"ইম্ফাল সহর" (শৈরেং '৯৫)

# ৱাহৈ খরদং

মীওইবগী অনিংবা অমম্তুং হোৎনবগী পাঙ্গল কনানন্থু খিংবা ঙমদে। ৱাকম অসি হন্দক পুথোরক্লিবা নহা ওইরিবা অইবা অসিগী লাইরিক্কা ময়েক শেংনা উৎলি। মহাক্কা, লাইরিক ইতুনা, অইবা অমা ওইনিংবগী মঙ অমা চেৎনা লৈরমগনি হায়বসি কনানা থাজগদগে? ঐস্থু অহানবদা চিংনরুই। অহানবদা মহাক্কী অকোঙবা লাইরিক পুথুনা লাকই। মথুদস্থু কয়া হকচিন্না লোরুদে। মতুংদা হন্দক পুথোকখিবা লাইরিক অসিগী অনম্বা ভোলুম পুরক্কুনা মোৎ খরদং ক্ষোংদোরবা তরুরৈ। মতম অথুদদি ঐহাক চেনবা য়াখিদে। ওফিস চৎপদা, য়ুমদা লৈরিঙৈদা মহাক্কী ৱাঙ্মী মচাশিং অম্রি পাথুনা লেনখি। অথুবু অইবা ওইনা হেক্ক খুৎথাবদি ঙমখিদে। মহাকস্থু ভোয়না লাকই। মমৈথংদা, মহাক্কা ঙমথুনা, ঐগী পুক্নিংদা ফাওরকপা ৱাকম খরা, লাইরিক অসিগী ৱামাঙ য়ানবা ওইন্না, ময়ামগী মফমদা থমজরিবা অসিনি। মসি, অইবা অসিগী, মীনা তানবা ঙম্ৱোইদবা গুণ অমনি।

লাইরিক অসি, মপুম ওইনা য়েংবা মতমদা, হৌজিক্কী মতমগী ইনরিবা ৱারীমচাশিংগী শরিং অথুদগী হেন্দোক্তে হায়বা য়াই। সমাজগী অৱাংবা থাক্তা থেংনরিবা অমোৎপা ময়াম, লৈত-লাইর অমদি সমাজগী অনেম্বা থাক্তা লৈরিবা মীওইশিংগী থম্মোয়-চৈনা কয়া, লমদম অসিদা মায়োক্নরিবা খোদোক-হ্বাথোকশিং, পুম্নমক অসি নহা ওইরিবা অইবা অসিনা মীৎকী শীগা লোয়ননা অভোম্বা লোন্দা লীননবা হোৎন-রকপনি। মাভোন্দা ভগৎ ভগৎ ভেকপা, থুৎনা শোকত্রিবা ৱাখলগী মশক অমা থেংনরি। মসিনা অইবা অসিগী অচৌবা মগুণ অমনি। মসিগী 'ভগৎ ভগৎ তেক্লিখা ৱাখলগী লৌবুক' অসি শেংনা থমলবদি অইবা অসিগী থুৎই অসি মতুংদা শেন্নিংবা মাইকৈদা শেম্বা য়াগনি।

লাইরিক অসিদা য়াওখিবা ৱারীমচা থুদিংমক অইববু য়েংননবগী মীহুৎখোঙনি হায়বা য়াই। অইবগী পুক্নিংদা ঙমথুনা লৈখিবা ৱাখলগী

মৈরি কয়া মখোয়শিং অসিদা কোংদোক্লবা হোৎনরি। 'ইম্ফাল মন্ত্রী ক্বার্টরদা' হায়বা ৱারী অসিদা ভোট কাব্রিৱৈদনা মায়থোঙ অমা, কারবা মতুংদনা মায়থোঙ অমা ওইবা প্রজাগী মহুৎ শিল্লিবা রাজনিতি-রালাশিংগী মশক য়েক্লি। 'সহরদা অঙাওবীদো' হায়বা ৱারী অসি মিনুংশিগা লোয়ননা অইবনা পুন্সি অসিদা লমকৈনগ্রবী, হিংলি হায়বগী মমিংতা ঙায়রবী অঙাওবীগী পুন্সি অমা মিৎকী পিগা ঈরোইননা য়েক্লি। 'মীশি মীনা মীরমদম' হায়বা ৱারী অসিনা ঙসিগী মনিপুরদা থোক্লিবা হিংবগী মৈরিন্নুংদা হনবা লৈতনা চোংশিন্দুনা পিখম্নরিবা নহা ওইরিবা পুন্সি কয়াগী চৈথেং অমা উহল্লি। 'নুংখিলগী মীকপ অহিংগী থোল্লাউ' হায়বা ৱারী অসিদনা অইবনা হিংবগী কোলুনা চপথায়বিরবা, গতি লৈতনা হিংবগী পোৎলুম পুরিবা, নিংবা থুংদবগী মৈরিনা মশাগী শক্তম মাঙহনবীগ্রবা নহা অমগী পুন্সি মতেক অমা উৎলি। 'পাওখোংচুদি কোঙলোদনা' হায়বা ৱারী অসিদা অইবনা য়ুম্বানবগী মেছিননা তক-খায়রকপদা নুপা-নুপীগী নুংশিরবা মরি তৎলকপা, পুন্নমক্তা মরু ওইরক্লিবদি পৈশাগী শক্তীনি হায়বসিগী ঈরাংনা ঙসিগী পুন্সিগী পাওখোং ওইরকপা, মহুগী মরক্তা হিংবগী চৈনা মায়োক্নরিবা নিপা অমগী পুন্সি ঈচেল অমা তাকপনি। 'অহিংগী অঙৈংবা নুংশিৎ, হায়বা ৱারী অসিনা নুপা ওইবশিংগী করাম্বা মতৌ, নুপীবু থুৎলাই ওইনা শিজিন-ননিংবা অহুবু ইজৎতি পীবা পামদবা, মসিগী ৱাখল্লোন্দা হৈমরকপা নুপা অমগী মশক পীরি। 'শীংনবা' হায়বা ৱারী অসি অইবগী খ্বাইদগী হেন্না কন্নবা ৱারীশিংগী মরক্তা অমনি হায়বা য়াই। মসিদা অইবনা কিভম শোয়রবা নুপা অমদা পুন্সি রাইথুংলুরবী, মশাগী ইজৎ ঙাক্না হিংবা পামজবী, অতোপ্পগী মীৎয়েং-মৈশা মরক্তা মপুরোইববু থাগোম্না হিংলিবী য়ুমগী নুপী অমগী থম্মোয়গী মশক উৎলি। 'অঙোবা য়ু গ্রাস' হায়বা ৱারী অসিদনা হিংবগী অশাবা মৈশা থেংনরিবা নুপা অমনা অরোইবদা মশাগী মরায়বকপু য়াজহনা হিংবা হায়বসিমতং ঙম্নবা ৱাখল থল্লকপগী থৌনা অমা উৎলি। 'সহরগী অয়োনবা কাহ্নবা'

হায়বা রারী অসি য়াম্না থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইবা নৌরিবী মুপীমচা অমগী শেংলবা লৈবাক্কী অচৌবা মুমিৎ অমদা খোকখিরা মহাক্কী ইজৎপু নমজা-নমথেক্নখিবগী খোদোক অমা লিবনি। মসিদা অইবনা অশেংবা অমসুং অমোংপা খোদোক অনি পুম্না থমহুনা মহাক্না হায়নিংলিবা খরহু অপাবশিংদা ময়েক শেংনা খঙহন্নবা হোৎনরি। 'মোহেনগী তলব' হায়বা অসিদি কপনিংবা অমসুং নোক্লিংবা রাখল অনিনা পুনবা তলব মচা চাহুনা হিংজবা, ইমুং-মনুংগী মৈশা মরক্তা কাহৎলবা মুপা অমগী পুন্সি-শক্তম য়েকপনি। 'থরায়বু ঙাইরী' হায়বা রারী অসিদনা অইবনা লাইরিক্কী হৈক্নরবা অহুবু মহাক্না তাল্লুরিবা দিগ্রি অহুগী চন্নফম লৈরক্রুবা, পুম্নমক পৈশা অমসুং শঙ্গনা ওল্লক্রুবা সমাজ অসিদা, ইনখৎলক্লিবা মুপা অমনা থেংনরিবা চৈনা অমা পীরি। 'সাহারাগী মীকপ' হায়বা রারী অসিনা তোপ-তোপ্পা ষ্টাইল অমসুং নমুনাদা ইবনি। লাইরিক অসিগী তাইতলসু মসিনা ওইরি। রারী অসি খোদোক মচা খরদা শাগৎপা, অইবগী পুক্লিংদা পকহৌবা খোদোক অমসুং রাখল কয়ানা ঈচেল নাইনা চেম্থহন্দুনা মহাক্কী পুক্লিংগী তাইবঙ পান অমা অপাবশিংদা কাওহন্নবা হোৎনরকপনি। মসিগী ষ্টাইল অসি হৌজিক্কী মতমগী য়াম্না সাইকোলোজিকেল ওইবা রারীমচাশিংদা উই। মসি অইবনা ইকোন কোম্না চংশিল্লকপা রারীগী নমুনা ওইনা তৌই। হিরম অসিদা অইবনা খুৎ থাররবসু মায় পাকপা ঙমগনি।

মথক্তা পনখ্রিবা মহাক্কী রারীমচাশিং অসি পুল্লপনা য়েংবা মতমদা, অইবা অসিনা সমাজগী হন্থবা থাক্তা লৈরিবা, হিংবগী মীনোক-মৈশা মরক্তা চাউজন থিনা লৈহৌরবা, অহুবু থৌনা অমসুং লিংজেল পাম্না হিংবদি পাম্লিবা, হিংবগী থোঙ পুম্নমক কম্না থিংজিনগ্রবসু, অমুক্তংদি খোঙ্গেল হৌনা লাওনিংলিবা, মুপা অমসুং মুপীশিংগী পুন্সি-শক্তম অমা থম্মোয় শোক্না, ইতিং-তিংনা অমসুং লৈশি-লৈথোন য়াওদনা য়েক্লি। রারীগী লৈনাশিং অসি অমমমতা ওইনা লোৎখনবা হোৎনরুবদা ঐ-খোয়গী অকোয়বদদি থেংনরিবা অহুবু নোংমতসু করম তৌরিবগে হায়না

হংলুবদি উত্রবা মীওই কন্নাগী মৈশা-মৈন্নি কন্না মঙান-লৈনা চাকপা উরি । নহা ওইরিবা অইবা অসিগী থম্মোয়গী লৈয়োন্দা পকন্নবা রাখলগী লৈরিকশিং অসি থম্মোয়-শেংনা শোকনুকদা ঙাইহাক্তী অপাব-শিংগী পুক্নিংবু খোন্দুনা কুমা-দলান, মোন্দুমংখোক্তক, রাঙ্গপাদবগী খোঙ্গালদগী হেন্দোক্নুনা ইচম-চম্না পুন্সিগা লাংহেংনন্নিবা মুপা-মুপীশিংগী থাঙপোকশঙদা কম্মদুনা মিংকী পি তৈথোকমিন্নদুনা মখোয়গী পুন্সিগী মচলশিংদা তাউথদুনা চংলুই । মসি, ইচম-চম্বা এক্সপরিএন্স নত্তে । য়ারী মচা অমদা মসিদগী হেন্নবা করম্বা মগুণ অমুক পাম্মজিনগে ? ঐহাকনা থম্মোয়-শেংনা অইবা অসিদা হায়মিংই, "ইবুংঙো, নহাকী রাখল অমত্তুং থৌনা হনগনু ; মঙল ওইয়ু, লেম্না মাঙগনু । নহাকী পুক্নিনা লৈকা-কম্না শাংকায়রকপা অদু লাংতক্নুনা য়েংনিংলি ।"

লোংজম জয়চন্দ্র
সেক্রেটরি,
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি ।

# "অশেংবা অদুতং ফংনবগী"

"ঐগী হকচাংগী কিভমসিনা ইখঙ খঙহৌদনা ইবা ওয়াক্তবসু য়াই, কলম পায়রদুনা ইবা ওয়াকদবা মাঙ্গে, মসিনা অয়াম্বনি ঐনা প্রপ প্রপ হেক্তা কোওনিংলকইসি ইবাই" চৌদ্দদি হায়খি সুপামচানবু নবুক্লিং অদুক শোনবা হৌনব্রা ? পুক্লীংদদি কৰিনো অমা তৌখি।

হয়া হয়া খরা ইখো, শেমদোক শেমজীন য়াম্মা তৌহন্নীংলি, বনানসু চাং মামহল্লু হায়নরগা খুই লাইরিক্তু পুহুনা চৎখিবা ইকুই কুইদনা প্রিন্ট তৌরবা লাইরিকী চেনাশিং পুয়গা লাকই, হায়রৈ "রাহোদোক ইবিরো ইবাই"। শাউনিংবা অমা য়াওখি; মাগী লাইরিকসি নংহৌর-রোইদবগুম প্রপ প্রপ কোওদবা য়াত্রবজাৎলা ? ঐগী য়ানিংদবদু উবদগী তুমিন্না লৈরুরগা কোওদোরকখিবনি মহাক্না প্রপ প্রপ কোওনীংবগী মরম। রাহোদোক্লা কৰিনো খরদি ইদবা য়াদে হায়রন্নগা চৎখি। মহুগী মতুংদা অহুম মরিয়ক লাকই ঐগা উনদবসু য়াওই, তুম্বা হৌগৎত্রিঙৈদা খৎংলবসু য়াওই। উনবা খুদিংগী ঐ ইরোই হায়, মহাক্না ইদবা য়াদবনি হায়রম্মি। রাকৌদোকপ্না ইবসি ঐ তশেংনমক পামদে, ঐগী থবক নত্তে, মতীক চাদে খল্লি। ওসিদি মানহুম ওন-শীন্দুনা শাউরম্মি, "চাউথোকয় ইবাই, ঐ য়াম্মা শাউনিংলিবজাৎনি। ঐদি ইবা লোইরম্লনি খন্নগা।"

মাগীসি ইদবা য়ারোইদৌরি। ঐনা কৰি খঙহুনা কৰিনো ইগদৌ-রিবা। মহাক্কী খম্মোয়দা লৈরিবা মীনুংশি অমসুং সমাজদা মহাক্না উরিবশিংনা মাগী পুক্লিং-রাখলদা পালহল্লক্লিবশিং— মসিবুদি মীয়ায়বা ওমদে। মাগী পুক্লিং রাখলদা য়ৈরকপশিংদু ইতিং তিংনা খক্তোক-রকপনি মহাক্না ইরিবশিংসি। অইবা অসি কয়ামুক পেন্দ্রবগে কয়ামুক খোয়শাউনরবগে হায়বা মহাক্কী রারীশিংসি পারগা য়াম্না ময়েক শেংনা খঙবা ওম্মি। মীবু সুংশিবদগী থোরকপা মৈরিনি। পামজরিবনা অকবা, কজবা অমসুং অঈংবা, মরা তপ্পা, মীগা মীগা থোং মান্নবা হিংমিন্নবা সমাজনি। থেংনরিবনা পুমওন ওন্নবনি।

নেত্রজিৎনা মমাঙৈবাক মনিপুরবু য়াম্না নুংশিজৈ। মরৈবাকপু অমম্থুং মরৈবাক মচাশিংবু নুংশিবদগী মহাক্না সমাজ অসিবু শেমদোক্নীংই, কত্তবশিংবু মাঙহন্নীংই। ঙমদে। অহুদগী থম থেংনা নীংবা কায়রকই, অহুদগী হিংচাবা ওম্নীংলকই

"ওক্রবা সমাজগী চৎনবীসিদা ঐনা ওক্কবা
অমা ওইবদা কনাম্থু মাঙলোই........
ঐগী কনানম্থু খন্নবিদবা মতমসিদা ঐনা
কনাবুম্থু উশিৎকম থোক্কে........
ঐবু মী ওইহল্লমদবা ইমা ইপাবুম্থু মোংফমদগী
চিংথোক্কুনা কাওথৎপা তাই।"

সমাজগী অমোৎপা চৎনবীনা মতীকচাবা অফবা মী কয়াবু চন্নদ্রবা মীয়েম্নখাক ওইহল্লকপদা থাঙবা ঙমদ্রহুনা অইবগী থরায়না ওল্লকপা মীহাৎপা অমনা হায়

"কয়া অমা খাঙলেক্লদনা, কয়া রারেক্লেদনা
মসিগী মথক্তা হৌজিক্তি ঐ কয়াম
ফত্তবগে, কয়াম শাথিবগে হায়বহু য়েংউ
........ঐথোয়দি হিংলবম্থু হিংদ্রবম্থু চপ মান্নরে।"

নীংবা কায়বা অমস্থুং শাউবদা লোইবদি নত্রি নেত্রজিৎকী খোঙচৎ। মথৌনা লৈবশিংনা সমাজ অসিব্ অফবা অচুম্বা মায়গৈদা লমজীংলকখিগনি হায়বগী থাজবা মঙোন্দা লৈ।

"........অশেংবা অহুতং ফংনবগী দাবিদা অচেৎপা ওইহুনা
শুপ্পতংগী........ হিংলক্লিবা থরায়নি।"

কৈশামপাৎ,
১৯৯৬, মে ৬

য়ুমলেম্বম ইবোমচা

# “করিনোমদি শোয়দনা তৌরনি....”

হিংলিবা পুন্সিসিদা, করিগুম্বা মীকুপ অমদা হেক্তা থম্মোয় শোক্না তেংথারকই, হিক্না হিক্না কপলকই। তাইনক্ষমস্থ খংদবা, পস্থংকমস্থ লৈত্তবা মরোল্ল নাইত্রবা অরাবগী ঈপাক্তা মকম খণ্ডদনা হেক্তা চিং-শিনখি। তুমিন্না ফমলুত্রবস্থু, ইথন্নতা লৈরুত্রবস্থ রাহংসিদি হেক্তা লাকই। হিংলিবা ঐখোয়সিবু করম তৌরিবগে? সমাজসিবু করম্বা থাক্তা লেপ্লিবগে? ইথস্তফাওবা হিংবা ঙমদ্রিবা, অহিংবা নত্রগা সমাজ হায়বসে করিনো খণ্ডদ্রিবা হকচাংসিদা মরোল মরোল অরাবা মরাম অসিনা মীকুপ অমত্তা লৈতাহন্দে। তোল্লবা পুন্সি কয়াগী মীকপ, তেংথাখোল, অশিখোল, লোইনাইত্রবা চোকথরবা মহিং কয়াগী মীওং মীনৈ মীরাওখোল, মরকসিদা লেঙ-ওৎপা ঙমত্রবা ঈ তৈরবা, নমথিরবা সমাজ, খুন্নাই। কনাগী মীওংতা, মীনৈদা, মীহাত্তা অস্থুকথীনা মশা নারিবা? কনাস্থু হঙনদে, কনাস্থু রানরুদে। মীকুপ অদো লাক্লবদা থরায়না থরায়বু ফাজিনবা ঙম্লকত্রবদা, অহিংবনা অহিংববু ইকাই খুম্নরক্তবদা, তিন শিংনরক্লবদা, ঙক ককথংনরক্লবদা, মতমত্তুদা হেক্তা খণ্ডনৈ, উনৈ.... ঐখোয় ফিভম শোক্লে। শিরবা মতমদা পিখক্তং শিন্থবা, লোইগ্রবা মীকুপতদা থম্মোয় পেন্না কপচবা, মতুগী পিগী ঈচেল ময়াম্না অঙাংবা ঈ ওল্লক্তুনা, অস্থুম অস্থুম থংমজিল্লক্তুনা ঙসিদি সমাজ, খুন্নাই অসি শক্তম শুনা উরকতবগুম তৌরি। ময়াই কানা হিংনৈ, হিংলিঙৈ মতমসিদা অমগা অমগা নোকমিন্নৈ, হুংশিনৈ, য়েংনৈ। শাওনরবা মতমদা অঙম তান্নরকই, য়েংথিনরকই। হিংবগী নত্রগা হিংমিন্নবগী ইকাই খুম্নবা থাদোক্তুনা তমথিনা থংনরকই। অস্থুম্না খম্নরকপা মীকুপ্তা সমাজগী শক্তম কায়রকই, ইতিহাসকী মমি শান্নকই। ইজাতি হায়বা মমল নাইত্রবা পোংশকতু অস্থুম অস্থুম কায়থরকপগুম্মি। তশেংনা কপই, তেংথাই, শিনিংই, অসিগুম্বা মরায় চায়থরক্লবা মহিং, মরেন, খুন্নাইসিগী খনবদা।

মৈরি খোকনা মৈ চাক্লক্লবা, অহিংবনা অহিংববু ইকাই খুম্নরকত্রবা, সমাজনা সমাজবু তুকৎচনরক্লবা, পাপ চেন্নবা, হিংশা পক্লবা লপ্নীসিদা অশেংবা থরায় কনা খোক্লকদগে ? মতম অদো লাক্লগদি খোক্লকপা য়াই, করম্বা মতম, অসিগুম্বা সমাজ অমা, খুন্নাই অমা লৈরম্মী কাও-থ্রগা, অসিগুম্বা মথলগী জাতি অমা লৈরম্মী খংত্রগা ! অসুক থীনা তমথিনরক্লিবা, অসুক থীনা হায়চৎনরক্লিবা, অমম্বা মরোল মরোলনা ঐখোয়বু অসুম অসুম কুপশিনহল্লিবা মতমসিদদি ঐখোয় হিংননবা, শেংননবা থম্মোয় শোকনা তেংথামিন্নবা নত্রগা অমত্তা ওইনা কন্না লাওমিন্নহনা খৌনা ফুদোকপা য়ারে। নত্রগদি অমনা অমগী থরায়গী মমল, অমনা অমগী পিগী মমল অসুম খঙত্রবা... অকনবা লালকম, লেঙবা ওৎপা ঙমত্রবা লানকম, মায়থিরবা লানকম, শিরবা লানকম ওইরকপা তাই। জগৎকী অরা-অনা, অকি-অথং ময়ায়া অকনবা মৈরি ওইনা অসুম হুমজিল্লকপা, চাশিল্লকপা তারবদি খুনমক তুমথিবা তাই— সমাজ, খুন্নাই। অদুক মিপায়থিবগী আশা য়াওত্রবা তেংথা-খোলদি নত্তে। অদুবু মতমসিদা, মীকুপসিদা, অমনবা খাঙপোক অসিদা পুন্না কম্মীয়হনা শক্তমশিংসিবু য়েংমীয়হনা পি থরদং শিন্থমিন্ন-ত্রবদি করিনোমদি শোয়দনা তৌরনি ঐখোয়। কুপ্পা উশিল্লুবদি ঙমলুত্রগম্ম, মীনুংশি লৈবা অহিংবা ঐখোয় মীনুংশিগী থম্মোয় পান্না পান্না লোইনা তমথিনরকপগুম্মই। অশিবা মী অমা উবদা মিৎতগী পি তানিংদবা, থরায় অমা হাংতোকপদা থম্মোয়দা করিসু থুক লাওনরক্তবা মসিমকনম্ম তাকই, সমাজসে তমথিরে, ইহিং নাইহিং শারে।

—অইবা

## "....শিংবা ওমগদৌবস্মু মান্দে"

শৈরেং লাইরিক "ইম্ফাল সহর" কোঙগ্রবগী তুং, ফিজি পায়রহনা তুমিন্না রারীমচাগী লাইরিক অসিমস্মু পুথোকনবা য়ান্নরকলমাল্লে। য়ান্নদি থরায় রাখি। কনাদস্মু নত্ত নিন্দা তৌরুই। শেলগা শেল লৈত্তবগা, পুন্সিনগা কিভম তাদবগা, করিগী অস্মুক থ্না কোঙননবা থস্মোয়দা আন্দোলন হৌরক্লিবা। তুমিন্না কপথোকলুই। অইবা রারীমচাশিংবু চেৎনা কোনজরুই। থোনা লৈবা শাহ্নুনা কোঙগনি লেপথোকখি। পন অনিগী মরকসিদগী পামজনা লৌথৎলুই, নৌনা ইবস্মু য়াওনা রারীমচা তয়া মরি॥ শাওদনবা থেমজিনজৈ, চেজেৎ কোনশিনজরুই, খঙথা থাদোকপদা থরায় পাল্লম্লিবসিনি "সাহারাগী মীকপ" ওইনা।

লাইরিকসি পুথোক্তিৗ্রডৈ, নুংশিজরবা ইবাই য়ুমলেম্নম ইবোমচানদি তত্তনা হায়, "থ্মল্লি, অমস্মু পুথোকখিদা ঙাইরি, অশোয় অঙাম কজনা য়েংশিল্লগা ফোঙসিদা।" অনম কনবা, হায়রবা ইন্দবা অঙাং ওইহনা সংসারসে হেক খুদক্তা তুমগ্রগদবগুম য়ারুদে। থিঙাও লৈঙাও মনম মনম হায়জিল্লুই। ইবাই রারীমচা অনিসিমতংগা মমিং থোনবিয়ু। করিনুংগী শম্নরুরিবা থল্লমগত্রা থঙদে। ফহন্লিংবা, চেকশিনহন্লিংবা লৌদবগী শাওরিডৈহনদা। অদুবু রারী মচাগী মমিং মথং মথং থোনদোক্লকই। 'শীঙনবা' (লাঃ ৪৩—৫৩) 'মোহেনগী তলব' (লাঃ ৬৬—৭৩) হরাওমনখিহনা লাইরিক নম্লিডৈ কালেনগী নুংশা মরক্তদা ইংবা শাহ্নুনা ইবাই ইবোমচাগীদা চঙহনা ওইনরুই, মথংগী লাইরিক কোঙলমদাই কুপ্পা য়েংবিনবা। তোন্দ্নতা লৈ ইবাইগী লমন, শিংবা ওমগদৌবস্মু মান্দে ঐদি। সুম খল্লিবনি, শিংবা ওমদৌমাক্ত্রবনিনা থরগা হেন্না....।

অমুকস্মু য়ান্না পাথৎতবদি নত্তে। মপাল নাইত্রবা সাহিত্যগী লম্বীসিদা থাংজিল্লিবা ঐগী খোঙথাং চুমলিত্রা? পম্বুং থিবা ওমত্রবস্মু

তুরোই ঙারোইদ ওইরবস্নু খোঙথাংসিনা তেক তেক অস্থুম চংশিনগে হায়নদি খল্লি। মীওইবগী শিবা নক্রগা চঙবা, অরাবা নক্রগা নুংঙাইবা মহুনা অমনি। ঐগী ঐগী অনিংবা অপাম্বা অহুদদি অথিংবা খক পীরুদনা নিংতম্না, থৌনা লৈনা চংশিনবা মহুদা কংলকপা মহৈ অহুনি খ্বায়দগী পামজবা। সাহিত্যদা নিং-তম্না ইথোক কোঙদোকপদা অহুক হাকনা মিপায়বদি লৈতে অহুবু অক-কত মপুং ফানা খঙল্লিবা নল্লাগুম নিং-তম্বা হেনখিহুনা অকনবা, হায়হৈদবা, চানদবা কয়া হায়খিবা থেংনবী-রবদি ঙাকপীগনি লোয়ননা মথংগী লাইরিক্তা শেমদোক শাদোকনবগী খুদোংচাবা কংহনবীগনি খনজৈ।

লোয়ননা অইবগী থরায় য়াওবা মাঙখিদনবা অইবগী মকমদা নুংশিবা, থাজবা উৎপিহুনা নুংশিরবা ইনাও ঙাশেল্লম ইবুংঙো সিংহনা মশামক্তগুম চেকশিন্না থোল্লকখিবা রারীমচাগী মমিং "অস্থুম্না ঐদি চৎলেদো" (লাঃ ৯৩—১০৩) অমদি নুংশিরবী ইচল সৈত্যাভামা সলামনা থরায় য়াওনা থোনবীরকপা রারী মমিং, "ঐগী ঈতিহাসতা স্নুসিলা" (লাঃ ১০৪—১১৪) মসিগীদমক তশেংনা থাগৎতবা ঙমজদে। মখোয় অনিগী থাজবা থম্মোয়শিদা অহুম্মক থমহৌরি। অয়োইবদা লাইরিক (সাহায়াগী মীকপ) অসি পুথোকনবা হোৎনবদা অরাবা কয়া থেংনবীখিবা ষ্টৈণ্ডর্দ প্রেসকী পাবুং N. Tiken অমদি ঐগী নুংশিরবা পাবুং থৌদাম কহ্নাই অনিবুম্নু ইকাই খুম্নবা উৎচরি।

থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ

লমদেং

১৯৯৬ মে, ৭

# "মনুংদা য়াওরিবশিং"

# ইম্ফাল মন্ত্রী কাটরদা

নোং হেক ঙানবগনি, তোম্বগী মুপীনা তোম্বগী মঙ্গলগীদমক ধূপ থাওমৈ থাদুনা হোৎনরিবা। তোম্বা ঙসি মচা অহলগী থবক্কীদমক হায়জবা মন্ত্রীগী কাটরদা চৎকদৌরি। অঙনবশিদা ফি হোংনা চোংনা মাগী মুপীদা হায়রী।

—থোইনা চীংননিংঙাই লৈতে। মাগী ভোটতা নত্রো, ঐনা অহীং মুংথিল তুমদবমথৈ লাওদনা, চেন্দনা তৌখিবা, লৈখিব্রবা ঐনা লুপা লীশিং অনীগু পাংখ্রিবনিদা।

রাহৈশিংদো তারগা তোম্বগী মুপী মোমোন নোকচৈ।

—অহুবুদী মানা হায়খিবহুনিদনা। ভোটপু হেক কারবদী ঈতৈমগী অঙাং অহনসিদি ননাও থবক শোইদনা হাপকনি।

তোম্বসু চাওথোকনা মখা তারকই।

—মীওইবা হায়বশে অসুম্না মতেং ইতেং লৌনহুনা হীংমীন্নবহু-নিনে। মাগীদা ঐনা শীগদৌবমথৈ হোৎনখিবা ঐগীদা অমুক মানা তেংবাংবিবা। হৌজিকতী মাসু মন্ত্রী অমদি কংজরেদনা। ঐখোয়গী রানিংঙাইদি লৈত্রবনি।

তুম্বা হোগৎলকলিবা মচানুপা অহলনা মপাগী চৎলমদাইদো উবদা,

—পাবা ঐখোয় কেন্দ্রগী পোষ্ট ২০ থাকলি হায়বনি। মন্ত্রিগী খ্বাইদগী নক্কবা মীশিংদা লোইনা হাপকনী তায়। স্বারিমথৈ শোইদনবা ঙাংনরকউ। হন্দকশিদা শোইরবদি নচা থবক ফংলোইকো।

— করিগী শোইদৌরিবনো, নন্দবাবুগা ঐগা অরোনবা মরী লৈনরিবনিনে। রাজনীতী হায়বসিদি অরোনবনি। মন্ত্রী ওইরে কাইনা ঐখোয়দা চাওথোকপা য়াপোৎতেদা।

মপাগী রাহৈ তারগা মচানুপা নোকচৈ। মাগী মুপী পেনথোকচৈ। মপানা তপনা তপনা য়ুমদগী থোকখিবা মমা মচানা লোন্না লোন্না য়েংহৌই। মমানা মচাদা ওনশীনহুনা—

—ইবুংঙো নখোয়গী হৌজিক তৌগদৌরিবা থবকশিদি তলব কয়াদি কংগনি হায়।

মচাদো ইকাইবোই শাওনিংবোই।

—করিনো ইমা, হান্না মথা চাওরিহুবো, যণ লৈত্রিভৈদা হৌদোং হাৎপা থোক্কনিকো।

ওাইহাক তুমিন লৈনরবা মতুংদা অমুকস্ম মচানা—

—থংদেনে, মন্ত্রী নন্দবাবুনা করিবু হায়বিরকদবা, ভোট কাক্রী-ভৈদদি ঐখোয়বু হায়কেৎ লুনদি থনজবনিদা।

তোম্বা বস কাখৎলকই। মন্ত্রীকাটর চৎপশীদা খ্বরগী পুংকম তত্তনা য়েংজে। মঙগী কল তত্তনা নিংশিংই। বস থৌবা হৌরে। তোম্বগী রাথলস্ম মনীংতম্লক্রী।

নন্দবাবুগী ভোটতনি খ্বাইদগী ইরাং থোকপ্রিবা নন্দবাবুগা লাম্বা পানরীবা মীরেপতু থেংননবা হোৎনবদা লুপা লাক্ষ লাক্ষ খরচ তৌখী। মীরেপ লিংবা মায়রবদি শেল চংবগী চাংস্ম হেনগৎলি। য়েংথিনবস্ম কুংই। হন্দকী ভোটতা নন্দবাবুগী অরৈবা শেল, লৌ শঙম তরা, তুকান প্লোট অনি, বস গাড়ী অমা নুপিগী লিক কোল লোইনমক চৎপ্রবনী। করিগুম্বা কারমত্রগদি নন্দবাবু রাম্বহুনা শিরম্বকাওবা য়াই।

নন্দবাবু অহুক কত্তবা মীদি ওইদে। অহুবু শেলদদি হান্নদগী মিকারকই। শেলগী মপু ওইনিংবদগী মহাক ভোট লেপলম্বস্ম কনানা খংবা। মরকসিদা নন্দবাবুনা তোম্ববুদি তাদ তাদ হায়হুনা ইথা থাখিদে। ভোটকি লুরবা তাংকম লাকপদা তোম্বগা হেকতা তান্নৈ। তোম্বা লাইরিক ঈহৈ হৈত্রবস্ম রাখল লৈ রাজনিতি হৈ। মীনস্ম কজনা য়াই। নন্দবাবুনা ভোট কাপ্রবা মতুং থা ৯ শুরবা কাওবশীদা তোম্বা মাগী কাটরদা অমুকরকথক্তং ভাইরি চৎলুবা। ভোট কাপ্রবা মন্ত্রী ওইপ্রবা মতুংশিদা নন্দবাবু মাগী কেন্দ্রদা ইহায় হায়থরক্রে। সরকার শেমনবগী, অমদা অমদা চোংথোক চোংশিন তৌনবগী, মন্ত্রী কম কংলবগী, দিল্লি চেম্থোক চেনশিন, লিডরশিংনা মুন্নবগী ভাংথোক ভাংশিন।

—মনিপুরগী চৎনবী অমদি লৈ, শেল পাইরগা ভোট লেপ্পা, এম, এল, এ, কারগনা মন্ত্রী অমদি ওইদবা য়াদে, শেল পেকহৌদবা য়াদে। লৈবাক্কী, প্রজাশিংগী, থোইনা দরকার লৈতে। ঐ ঐগী কান্নরগা লোইরে।

মতাংশিদনী নন্দবাবুনা অশুক্কী মতিক খবক চীনজরিবা। মাগী মীশিংগী থোইনা য়েংশিল্লুরে। শেলনা লৈহুনা কারকপা ভোট মন্ত্রী ওইনবগী মঙখকতনি মঙলকখিবা, হৌজিকতি নীংবা থংলে, মতাংশিদনি তোম্বনা মচাগীদমক খবক য়ানোম্বা লাকলিবম্নু। তোম্বা থোইনা খম্বরুদে। নন্দবাবুনা করম্বা অহোংবদা, করম্বা থাক্তা, মকমহুদা লৈরমগদবা থোইনা থিজিল্লুদে। তোম্বনা অসিখক্তং খংই।

—নন্দবাবুগী ভোটতা মাগী চাওরবা খোদাং লৈখি। চিরবা মতমদা নন্দবাবুনা তোম্ববু থাখিদে।

উচিন নাচীন্না কিলোমিটর নীফুগী, বস তোংলকলবা মতুংদা তোম্বা ইম্ফাল য়ৌরক্লে। ইম্ফালদগী রিকশো কাহুনা নন্দবাবুগী কাটর তান্না লাক্লে। কাটরগী গেত হেক য়ৌবগা পুং মাপল চপ চানা তারে। তোম্বনা য়েংখিবদা মকমসিদা অহোংবা খরদি উরে। খুৎলাই পাইবা সিকাই মশিং হেনগৎনা উরে। জীপ কার মরাং কাইরে। মী তিনবা হেনগৎনা উরে, মহুগী মথকতা চেকশিন থৌরাং কনখৎলম্লে। ঙাংবা য়াবা ঙাংনরগা খোনথি চাবা য়াবা চারগা উচিন নাচিন্না রাইটিংরুমদা কম্বদি কংলে। তোম্বা অঙকপা অমদি কাওই। লৈরম্লিবা মীশিং মীতোপ য়াম্না য়াওরম্লে, কেন্দ্রগী মী য়াওরবম্নু মঙোন্দা কৌরক্লে। থৈহুনা চৎনরে। লেমনখরে। লৈরমলিবা মীপুম খুদিং লোইনা খবক চীনবগুমনী। লোইনমক মন্ত্রী ওইবগুমনি। তোম্বা তশেংনা মথা শারকই। নকনগ্রবা মাগী নন্দবাবু উন্নবা ল্যাকপশি অকীবা অমহুম কাওরক্লে। তৌরমলিবা হোংলমলিবা মওং মতৌশিদা নন্দবাবু মচিন্ন খোকনা কৌবগী মহুৎতা নন্দবাবুবু অমুক্তা উন্নজগে হায়রকাওবা ওমগনি থাজরক্কে।

—মীওই অনি লাকই অমা চংখি, অমা ঙাইহৌই।

ওফিসার অহুম লাকই, মন্ত্রী উন্নবা অনি চংখি, অমা ঙাইহৌই। মথং মথং ঙাইবদা তোম্বা পূং তরা তাসিল্লক্লে মকমসিদা। অমুকন্থু তারি, মন্ত্রী সাহেব চাক চারি, সাহেব অকুপ্পা রারি শান্নরি, মসিগী মথক্তা সাহেবকি কোন লাকলি। চিক মীনিষ্টরগা রারি শান্নরি।

তোম্বা রাখলদা কিথুপ কিরুম ইয়াং লাংলকই। য়াম্না থৌনা লৈনা নন্দবাবুবু উন্নহুনা হায়নিংবা কয়া হায়হুনা, কয়া তাম্নহুনা নিংবা খুংলগে খল্লকখিবা মকমশিদা পুরা মাঙখিবগুম তৌরকই।

—মাগী মতু মচানা কদাইদা লৈখিবা ?.... ভোটকি মতমদদি, তা তোম্বা চাক চাখিসি। তা তোম্বা নচল চা লোল্লক্লে। তা তোম্বা ননাওসি কাহন্দবা য়াদবনিকো। ননাওনবু কারবদি তা তোম্বগীদি নচল রাধা লৈরিকো।

—ঙসিদি রাধা কদাইদা মাংখ্রবা ? সনা লিক্নোম্না চৎপা ঙম-দবমথৈ য়াম্থুহুনা, জগৎকি অরৈবা মথৈ কেসিন্দুনে মন্ত্রীগী অরোনব কাদা শেল কোন্দুনা মঙ মঙখ্রবজাৎলা ?

ঙাইহাক্কী মতুংদা রা-রা লাওনরকই। মন্ত্রী থোকলক্কদোরে ; মন্ত্রী থোকলক্কদোরে। রাইতিং রুমদা ফমলিবা মী ২০/৩০ মাগী মাগী চে-চাং শেমজিন্নৈ। পুরকপা শেলগী মপুন মপুন মশীং শুত্রা য়েংনৈ। মরকসিদা মশক কজবী লৈশাবি মৌনহা কয়ানা মন্ত্রী বাবু থোকলক্লনি তাবদা বেগতগী কেনবা লৌথোকনহুনা কেশিনজৈ। মফী মরোল শেম্ন শেমহুনা কোমথোকহল্লি। তোম্বা তুমদনা মঙলাকনবগুম তৌরকই। ময়ামহু উরগা মহাক ঈথক থক্কৎলি। শুপনতংগী ফুরিৎ-খাওদা য়াঙরিবা লুপা কুনহু মাহুনা য়েংলুই।

মন্ত্রী নন্দবাবু থোকলকই, মীওই ৪/৫ না য়োমহুনা রাইতিং রুমদা হেক য়োবগা ময়াম গ্রুং গ্রুং হুপচিন্নৈ। নমস্তে ! সলামনা সুংশিৎমুক কুংখি। মরকতুদা মশা মশাবু শক তাকতুনা শেলগী বন্দল বন্দল পীশিন্নখি।

—সার নুংশিরিয়ু, চানবিয়ু, ঐ ডাইরেক্তর জয়গী মচানি, ঐ এস: পী: কিরনগী মনাওনি, ঐ থিকাদার চাওয়াইমাগী মচলনি। কোম্না হাপলক্কে। শুরব্রা য়েংউ।

তোম্বা পুম্নমক ভাব তাই, খল্লুরগা মথা শাবা হেনগৎলকই। ভুমীন লুকথহুনা লৈরি। ময়ামহুগীদমক খুমখিবা মন্ত্রী নন্দবাবুগী পাউ-খুমশিং তোম্বা তাখিদব নত্তে। শেলনা লুমথরবা মন্ত্রীগী বেগ নুপা অমনা লুমলপ য়ানহুনা ইমুংদা চংগ্রি। পুম্নমকসিগী নীংবা থংননবা মন্ত্রীনা হোৎনগদৌরি। মতাংসিদা চমোৎ-চমোৎনরবা তোম্বগী রাখল থৌনা করিনো ?

মপান্দগী লাওনরকই, মন্ত্রীগী চৎননবা নকশীল্লক্লে, পুং তারক্লে, গাড়ী থোদোরে, লানমী শেম শারে। মন্ত্রী, রাইতীং রুমদগী থোক-খিদোরে, তোম্বা খাই লাওই, ফুক হৌগৎলকই, নোংশা চাম্বগী পাঙল পুথোকতুনা নন্দবাবুগী মনাক্তা চংশীল্লকই।

—ইবুংঙো নন্দবাবু, ঐবু শক খংদ্রবা, ঐস্ু কুইরে লাকচবা, ইচাগীদমক ঐস্ু রানোম্বা লাকচরিবনি।

মন্ত্রী নন্দবাবু নোকনা নোকনা তা তোম্বা হায়না কৌহুনা তোম্ববু খুৎ শোকই।

—তা তোম্বা, তাদগীদি হন্দক নত্রবস্ু ননাও শোইদনা তৌরক-নিদা। অহুবু হন্দক্কিশিদি শেল পীরকপা হেনমলখিদনা ঐ হায়কম খংজবনিনে।

—অদো ইবুংঙো, ননাওদো অমুকতা উপাই তৌবিয়ু। ইয়াম্বস্ু অঙাংশিংগী হোৎনবদা য়ামনা রারেনে ইবুংঙো।

তোম্বা মমায় মমীৎ ঙাংশং ঙাংই তৌকম খংদে।

—তাদা অদো ঙশী ১০/২০ নী লৈরগা অমুক লাকউ। ঐ খল্লবা য়াব্রা য়েংলক্কে। ঙসিদি অথুবা থবক অমা লৈরে চৎলুখিগে তাদ।

নোকনা নোকনা করিস্ু খন্থদনা মন্ত্রী নন্দবাবু থোকখ্রে। গাড়ী কাখৎখ্রে। শিফাইশিংগা লোইননা চৎখ্রে। তোম্বা লেপতুনা লৈহৌরি।

পুং ১১ মখাই তাগ্রে। তোম্বা তৌজিক কিলোমিটর নিফুগী লম্বী, বস তোংহুনা চৎকদৌরি।  নুপীনা, মচানা মাবু লাকপা ভাইরমগনি। চময়রবা তুকথরবা মশাবু উবিদনা হংলক্কনি। মন্ত্রী নন্দবাবু উয়রুবগী নুংঙাইবা মপাও। চৎলমদাইদা তোম্বা অমুক্তং মন্ত্রীগী কাটরদা য়েংলকই। লংলবা মীংশেলগী থোংনাও মনুংদা মন্ত্রীগী মুপী রাধানা ওফিসার ময়ামগা রারী শান্নরিবা, নোকমিন্নরিবা উরকই।

তোম্বা খোকলক্লে, মন্ত্রীগী নুপীগী মীনোক রাংমদা তোম্বা সহরগী বস পার্কিং তানবা লেংঙম শাঙমদনা লাক্লে। চৎনা চৎনা নীংশীংলকই, মচানুপা অহলনা হায়রকপা,

—....হন্দক্কীশী শোইরবদি নচা থবক কংলোইকো।

—সেপ্তেম্বর ৯৫

---

# সহরদা অঙাওবীদো

মমাগা বজার তোইনা চৎমিন্নবি ইচান্নুপী অতোম্বিনা ঐঙোন্দা তত্তনা হেক হেক তশ্মি।

—পাপা, বজারগী অঙাওবিদো ঐঙোন্দা নোকশিল্লকইবা।

—পাপা বজারগী অঙাওবিদো মমাদা পৈশা নীয়কইবা। য়াম্না লুমনা হায়রিবা ইচাতোম্বিগী ব্রাহৈগী পাওখুম পীক্রবদা মথনতা পেন্দনা মুরুম মুরুম শোল্লি।

—পাপা অঙাওবিদো কনাগা তুমলমগনি? নংনা খুমজ্রবম্নু মমাদা হংজগনি।

নহানগুনি মমানা তুম্বা হৌগৎলকপগী মশম ইকা কাবা মতৌহদা ঐগী নাকতা চংশিল্লকতুনা থিক থিক নোকতুনা ইচাতোম্বিনা,

—পাপা মমাসে য়েংউ! বজারগী অঙাওবিদো মাত্রা?

ঙাইহাক অমুক তুমিন লৈগ্রগা,

—অদো পাপা অঙাওবীহুগী য়ুম কদাইদা লৈরমগনি?

বজারগী অঙাওবিগী মরমদা পাউখুমদা তাননবা হংহুনতা লাকলিবি ইচাতোম্বি, তুম্বা থুগাই হায়হুনা নুমিৎতুমদি কনা কজনা চৈহৎখিবনি। নোংমতা খল্লুদে, ইচাতোম্বিনা হংখিবা অঙাওবিগী মরমদা, মীকুপ অমৎতা পাওখুমগী শেম শাখিবম্নু তৌখিদে। অঙাং হায়বসিদি অঙাংনি। উবু উরবদি নোংথক্তা পাইরিবা এরোপ্লেনদো পীয়্ হায়হুনা নিঙাই তৌবা ঙমলিবনি। অহুবু ঙসিদি ইচাতোম্বিগী থম্মোয়বু হন্না হন্না থাগৎনিংলকই। য়ুমদা থুনমক চৎতুনা ইচাতোম্বিগী মরাইবক্তা হন্না হন্না চুপনিংলকই। অচান মীরাই নাইত্রিবা অনৌবা, অশেংবতনা শেমলিবা অঙাংগী হকচাং, মহুগী নুংদা তারমলিবা মিন্নুংসিগী মঙাল, ঙসিদি ইচাতোম্বিগী মকমদা ঐহাক কন্নারক মাইখিরবগুম তোরি।

নোং নুংশিৎ কন্না তৌখৎলকপদগী য়ুম য়োবা য়াদনা নুংখিলসিদা সহরগী হুকান অমগী মখাসিদা নোং হাংবা ঙাইরিবনি। কনা কজনা

ইংলি। মাইকৈ খংদনা হুমদোক হুমজিল তৌরিবা নোংলিক য়াওবা নুংশিৎ, নুংশিৎ মরকসিদনি মশা ইচোৎ চোৎনা থক থক নিকপমথৈ তুম্বক তাশিন্দুনা কীথ্রপ কীরুম ঐগী নাকসিদা মহাক্না লেপলরিবস্থু। মীকুপ খরদি হৌখিবা ইচাতোম্বিগী রারিতবু নিংশিংহুনা অঙাওবিগী শক্লোনসিবু মশক খংনবা হোৎনরুই। খনবা লোইবগা খংয়েং য়েংখোকখিবদা মহাক নিকপগী চাং অস্তুম অস্তুম হেনগৎলমই।

—মীসুংশি লৈত্রবা নোং নংনা তাইবংপানসিবু থ্রংনা উবা ঙমলবদি মহাকসিগী অরাবসিবু উবিবা য়াই।

কদাইদগী রাখলনো? মহাকসিগী মনাক্তা কি অথাবা লিৎতুনা লেপলিবা ঐনা করিনো? নোংমা ইচাতোম্বিনা কমুংদা হেক চংবগা হায়খিবা,

—পাপা অঙাওবিদো, চিনবান্দা শমক্রু অচৌবা থ্রংবনি, মা হেক থেংনরবদি পৈশা পীরম্মুকো।

ঐ থংই, ইচাতোম্বিনা অঙাওবিহুগী য়াইকনবতা খল্লিবা পীক্লিবী ইচাতোম্বিগী থম্মোয়দা মহাকসিগীদমক রাখল কয়া খল্লম্বা য়াই। খনখিবা রাখল কাওবা লৈতবা অঙাংগী থম্মোয়না অঙাওবিসিবু মনাক্তা শোইদনা থমনিংলমগনি। লাল্লি হায়বস্থু য়ারোই। চুম্মি ইচাতোম্বিনা তাকখিবা অঙাওবিদো ঙসিদি ঐগী ইমাংদা থক-থক নিরা লেপলরি। লিৎলিবা ফুরিৎসি লোখোক্নুনা মহাকপু কংনা তৈখোকনিংই। অয়াওবা শেলশিং পুখোক্নুনা অথাবা কি লৈবিহুনা মহাকপু লুমনা থম্বিনিংই। অদুগা ইচাতোম্বিদা তমনিংলুই।

—বেমবেম পাপানা অঙাওবিদো কজবি নুপী ক্না ওইহল্লয়ে।

সহরগী লম্বাসে নোং নুংশিৎ তৌই হায়বদনি মীদি চৎপা লেপতবগুম তৌই। কনা কজনা হোৎনবা কনবা মশাগী মথৌ ঙাক্তনি চৎনরিবা। গাড়ীনা, থোংনা, রিকশোনা, কনাস্থু হন্না য়েংনদে। খুদক্তা হৌরকলিবা লোং নুংশিৎ মরকসিদা কদাইদগী পুখোক্নুনা

তুপলকলিবা ছাতিন, ৱেনকোট, অঙকপনি, লমদমসিগী মীওইশিংসে হোৎনবা কল্লি, লোইনমকস্তু ইনাক খুল্লমাল্লে। অদুবু করিগীনো? চাওরবা দুকান, ইনাক খুল্লবা মীশিং মখোয়না অঙাওবীশিবু করিমৎতা ৱেংশিনবিক্রবা ?

চৎনবি, সমাজ হায়রবদুবু মসিনা মহাক্না নংগী নখোঙদা তুরবদা নহাক চৎনবিনি হায়দুনা নখোঙনা কাউথোক্নূনা থনম্বরা ? মহাক্না নঙ অমদা, চাননবা নিরবদা সমাজগী মমাংদা কজদে হায়দুনা লাক-তুনা ইম্নোকলম্বরা ? কনা কজনা রাখল লংফৈ চৎলুরমাল্লে য়েংথোক্লিবা মিৎসে সহৰগী লম্বিদগী নোং মরিক মরিকতো উরকতবগুম তৌরক্লি।

চপ য়ুংনা খল্লে, ঙসিদি মাগীদমক ঐনা কি অথাবা শোইদনা লৈরমগনি। মাগী মাইকৈদা মীৎ থংহন হল্লিক্লকই। নিক্লিবি মাগী মশাদো করবরা য়েংলুরি। অচোৎপা শমলাংগী মরক্তা থ্‌পতুনা খুরপ্পরবি মীৎ অনিদো উইরুম উইরুম পাক্লবা ককলাংদা কমদুনা ঙারি। "করম্বা মতমদা ঐসিবু মীৎতগী পী তাবা য়্নাওগ্রবগে ? ঐ নিংশিংলি, ঐগী ইমাগী পোলোইবা নুমিৎতা ঐ কপখি" অতৈদি

— নত্তে ঐ কনাগী মরম অমগীদমক মীত্তগী পী তাখিক্রি। ঐগী লৈকাইগী মী শিবদা নক্রগা ঐগী নুপীগী অশোকপা রাহৈদা ঐ কৈদো-ঙৈদস্তু পী তাখিক্রি। অদুবু ঙসিদি, চহী কয়া মুংশিবা মরম অমদা তানবা থম্বা মীৎকী পীদো মরীক অমা-নীদং শীস্থখিবগুম তৌরি।

চুম্মী তশেংনা ঐ থম্মোয় শোকই। ইচা তোম্বীনা তত্তনা শোনবী অঙাওবী, ইচা তোম্বীনা তত্তনা থঙ্গবী অঙাওবী ঙসিদি ঐগী ইমাংসিদা অকী-তুজুং পোক্তনা তুমলরি।

— নঙসিবু করম্না ঙাওরিনো? নশক কজৈ, শাবান কায়দে, করম্বা নিংবা কায়বগী সমাজ মীয়ামনা হঙোয়নরবা লম্বীসিদা নঙনা কোয়না চৎলিবা।

কজনা মুন্না য়েংলি, কনা কজনা মীনুংশি পোক্লক্লি। ঐসিবু অস্তুক মীনুংশি চাওবা নীপারা ? করিগীনো নোং মুংশিৎ তোকখিবা কুইপ্রবা মীকুপসি কাওবা ইকাইবা অমস্থং অরাপ্পা মুম কাওথোক্তুনা ঐনা

অঙাওবীসিবু লাপথোকপা পামজ্রিবা ? "চুম্মী, ঐ নংগীদমক কি শোইদনা লৈরমগনি।" য়াম্না খাবা, মথংগী নোং নুংশিৎ লাকপদা শোইদনা ইংদনবা।

মহাকপু অসুম য়েংনা য়েংনা কনা য়াম্না লাপথোক্লক্লে। মাবু অসুম চন্না য়েংনা কি য়োনবা থুকান য়েংনা য়েংনা ঐগী মীৎয়েং বাংমদা মহাক নীংঙাইদনা তুমহৌরি। চাওরবা দলানগী মখাদা।

য়াওরিবা শেলদি খরদংনি, ঐ ওকিসার ওইদে, থুকান চাওনা চাওনা কমলিবা করবাররালাশিংসিগী মরক্তা অমত্তসু নত্তে। তশেংনা অঙাওবীসিগী খন্দুনা ঐ মকমসিদা চপ য়ুংনা লাকখিবসু নত্তে। অসুক কুইনা হীংলকপা অসুক কুইবা মতমসিদা ঐগী ইমুংগী নত্তনা কনাগীসু মতেং পাংবা ঙম্মকত্রি। হোয়, খ্বাইদগী মীনুংশি লৈবা জীবদি মীওইবনি অদুবু মতমসিগী চৎনবী সমাজসিদা মীনুংশি লৈবা মীওইবশিংসে খ্বাইদগী মীনুংশি লৈতবা শা ওইরে। তশেংনা মাগী মাগী কান্নবগী য়েংলগা হৌজিক্কি মীওইবা খুদিং হীংলে। মসিনন্নি অঙাওবীদুনা ঙসি কাওবা সহরগী লম্বীসিদা মাগী পুন্সি লম্বী ওইদুনা লাক্লিবা। ঙসিদি ঐসু মীনুংসি চাওরকপগুম তৌরি। অদুবু নহানমখৈদি ঐসু অঙাওবী অসিগী রাখলদি খনখিদমাল্লে। ইচাতোম্বীনা অঙাওবী মহাক্কী রায়ী কয়া ঐঙোন্দা শাখি, অদুবু ঐ মহাক্কী করিসু মতেং পীনবা খনখিবা লৈত্রি। তশেংনা ঙসিদি মহাক উরগা পী কাওবা শিন্থুরি। পুন্সিসে খনজিল্লগা নুংথুম নুংশিরকই। অরাবা তাক্কক অমদদি মীওইবা খুদিং মীনুংশি পোকপ্রা খল্লকই। হৌখিবা কয়াদা ইচাতোম্বীনা অঙাওবী অসিগী মরমদা ইকমদা শাগৎখিবা নীংশিং ফুরা ঙসিদি মপাগী খস্মোয়দা মপুং কারবগুম তৌরি।

ঐনা লৈরক্লিবা কিসে কজনদি খাই, মসিমনা মহাক্কী হকচাং মতম খুদিং লুমহনবসু য়ারনি। করিগুম্বা নোং নুংশিৎ লাক্লবসু ইংত্রব য়ারি। নুংঙাইবা রাখলগা লোয়ননা ঐনা মায় পাকপা, [illegible] চেনবা অমগুম, অঙাওবীদুনা লৈহৌরিবা মকম অদুদা হরাওনা লাকপগুম তৌরি। অঙকপনি, খংনবা মীকুপ্তা, হরাওরম্বা মায়থোংসে খংমক মক[illegible]গুম

ইথমতা কাওরি। ঙসাইদা ইংবা কাওনা নীংঙাইদনা লৈহোৌরিবী মাগী হকচাং হৌজিক্কি কদাইদা ? ইথমতা য়ারোইরকপগুমস্ন তৌরি। কনা কজনা কোইয়েং য়েংলুরমাল্লে। ঐনা উদবা ফুরা দলান য়াওরমল্লে। অহুবু মহাক্কী অফাবা মশম্না লৈত্তেংবী হকচাংহুদি উবা ফংখ্রি। অথাবা ফি পায়রিবা ঐগী খুৎ অনীসি পাঙ্গল থৌনা মাংথরকপগুম তৌরি।

— ঐবু সহরসি, থৗংনা চত্তৗনা থিশিরা ? করি রাখল খঙ্গা করম্না পম্বৗং ফংগনি ?

লৈতাব্রবা মীকুপসিদা মমশীল্লক্লিবা মতমসিনস্ন তত্তনা মীপাইহল্লি। চুম্মী, তশেংনা মহাকতি অঙাওবীনি ; মহাক্কী পম্বৗং লৈতে। অথৗং অথৗংবা মফমদো মহাক্কীদি য়ুমনি। নোংথক্কা মমলিবা নোং অসিবু স্তারকখিগদ্রা ? মকম মরাং থংব্রবা অইংবা মুংশিৎতুবু শীৎলকখিদ্রা ? অকংবা ফি য়াওখিব্রবা মাগী হকচাংনা অহীং চুপ্পসি কদাইদা, করম্না খাংলুগদৌরিবা ?

থনবগী লোইবা নাইররোই, থম্বগীস্ন কান্নবা ফংলরোই, য়েংবগী উবা লৈররোই। অময়না লাকত্রিঙৈ য়ুমদি য়ৌহৌবনা চুমলগদ্রা ? নিংবা কাইরবা থৌদোক অসিনা পাঙ্গল থৌনা য়াওদ্রবা হকচাংসে কনা কজনা চোকথরকপগুম তৌরি। মীওইবা কয়াগী মরক্তা লৈরিবা অরাবা অমস্ুং মুংঙাইবা থম্বুরুরগদি পাপক্কী মশকনি। মীনম্বগী মপৈ মপৈনা মখোঙ ফুইনা হৌরকতুনা কুপশিনবিগ্রবা মীওইবা সমাজসিগী মরকসিদা অচুম্বা পুন্সি খীবা লায়না থোক্লোই। অসিগুম্বা অরানবতগী ঈপাকসিদা রাথল লংফৈ চৎলবী, য়েংশিনবীবা কনা লৈত্রবী, অঙাওবী অমনা ইরাক্কহুনা লেপ্লিবা পুন্সি কনানস্ন উবীকম থোক্কে।

হীংলিবা ঐ ইশামক্কা ঐগী ইপাবু হাত্তোকপা ঙমনৈ। পোকপীবা ঐগী ইমাবু তাম্মোকপা ঙমনৈ। ঐ ইশামকপুস্ন করিগুম্বা মতাং অমদদি থীনা থীনা চৈবা য়াওরকই। মতাংসিদা কনানা কনাবুস্ন উবীকম থোক্কে। অহুবু ঙসি ঐগী মীনুংশি, করম্বা অমংবা নোংহোগী থৌরাং লোইবগা তারক্লিবা পুক্সিগী অকনবা নোংজু। তশেংনা মসিমদি হায়-গনি- ঙসি অঙাওবীসিগীদমক ঐহাক মতেং য়াম্না পাংনিংই। ঙাইহাক্কী মমাংদস্ন পী তানা ঐ কপখি।

কয়াম কুইনা উংলুবনা Bus কী শেল পীবা কাওরম্লিবা, হৌজিক্তা ইচাতোম্বীনা 'পাপা লাক্লে' হায়মা অমম্বসিদা চেম্থোরকপসিদা খংলবগুম তৌরি। ইচাতোম্বীনা মপাগী খুত্তা পায়রম্লিবা অথাবা কিসে উরগা হংলক্লিবা নুংঙাইবগী ম্বা কয়াম্বুদী পাউথুম হন্নাওনা পীখিংবনি। অম্বু মায় পাক্লক্ত্রবা ময়মদুগীদমক মখোজ থোক্না ম্বা ঙাংনিংম্বে। অম্বু রাহৈসিথক্তংদি থম্মোয় শেংনা ইচাতোম্বীদা হায়নিংই।

—বেমবেম, হয়েংদি মামাগা বাজার চত্নুনা মরূপ অঙাওবীম্বুদা কিসি পীরুচো।

কনা থেংজিল্লক্লে, চাক তোকপগী মপান থোকপদা উরিবা অতিয়াগী নোং মপৈ মপৈ, উ-রাশিংনা হৌন হৌনম্বুনা শীৎলকক্লিবা অইংবা নুংশিৎ তশেংনা থম্মোয়সিদা দং দং পাল্লবগুম তৌরি। তাইবং কনানা থীংবা ঙম্নরোইদবা মহৌশাগী খুৎশেমসিবু অঙাওবী মহাক্কীদমক খল্লুরগদি মখোঙ পাইম্বুনা লেপখো হায়নিংই। অমম্বগী মরোল মরোলনা কুপম্রবা অথেংবা নুংদাংসিদা উরকপগুম তৌরি, "কি য়াওম্রবী মহাক্না সহরগী গলী অমগী ফক্লাংদা ঙাম্বুনা থক থক নিকতুনা নোংঙানবা ঙাইরিবা" অমুকম্বু খল্লক্লি, "মপুক হামলবী চরায়রবী মহাক্না ময়া ল্লাওনা কাখোক্তুনা অইংবা অতিয়াগী নোংবু ঙাইরিবা।"

রাখলসিদা পেন্দ্রবা, নীংঙমদবতনা থল্লকপগুম তৌরি। সহরগী লম্বীদা মৈরা অমা পায়ম্বুনা অঙাওবীম্বুবু কোইথি থিরগা য়ুমসিদা পুরক্তুনা চাক পীক থল্লা পীজনিংই। ফৈজুপ লুমনা গুপচিনবীম্বুনা মরোল কয়াগী নুংঙাইবগী মঙ মঙহন্নিংই। নোংঙাল্লগা ইচাতোম্বীগা লোয়ননা ইখুৎসিনা মথল কয়াগী খুকেদা মখোয়নীবু কেনিংই।

অমুকম্বু মহাক্কী মকমদা মীনম্বগী থবক তোকরবা হুকচাংসি লেমকম খংদনা কঙাওনরগুম তৌরি। অমরোমদনা, অতিয়াগী নীংঙাইদবী থোরাংদি লোইশিল্লক্লি। কৈদৌনি, মীনম্বী মচাকতনা অতিয়া পুম্বা শীন থংম্বুনা অয়াম্বা মতমদা তারবা নোংজু, ওলিম্বু অম্বুমক তারকসনু। নোংসিনা হাংম্রবা মতমম্বুদা মহাক্কীদমক থম্মোয় শোক্লা ঐ পী অমুক শীম্বজগে। —জম্বুরারি — ৯৫

# মীশি মীনা মীরমদম

অথেংবা অহিংনি, নোং নুংশিৎ কন্না তৌরি। খুনগী চিদাইগী পিল্লবা থাংপোক। অমম্বা, কিরবা লানগী পাও ময়াম্না ধং ধং য়ৈরবগুম য়ানা থাংলি। থাংপোক মম্নুংদা চরাম্নরবা, পিখম্নরবা রাখল অমদা লৈপাকলৈ কমুংদা নোংঙানবা ঙাইরি। মনম নমথিরবা মীরমগী চেং য়াম্নবা শেল লৈতবগা কংউ য়াত্রবা খুইরবী মিৎকী পিনগা শিম্ননু য়াদবগা অহিংসিদা মশক খিরবা তাইবঙপানসে অমুক্তা হেন্না থিজিলহল্লি।

—ইমা নংবু য়াম্না য়ায়ত্রনে? ঐনা পঙচৎতা চৎপসিদা মিপাইরত্রা? করিগী নত্তে ইমা, হিংনবা লম্বী থিরিবনিনে।

লৈপাকলৈ পি তৈথোকই। কুইনা উরুত্রবা মচাবু মুন্না য়েংই। চেৎনা কোনশিল্লি। হিক্লা হিক্লা কপই। খঙথা থাদোকতুনা—

—ইমাগী ইবুংঙো, ইমাগীদি নথন্তুনি। য়েংউ! মীগী মচাশিংদি মমাগী মথাদগী অমৎতা হেন্দোকত্রে। নংদি কদাই! মীসি মীনা তোইরবা মরকসিদা নংদি নমাবু হুন্দোক্তুনা পংচৎতা চৎখি।

বোবি কংনা নোকই। মাগী মিনোক স্বর্গদা অস্নুম চৎখিবগুম মমানা য়েংই। মমাগী পি তৈথোকপি। খৌগংননা মমাবু থেমই।

—কমদৌনি ইমা, স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল পুম্নমক শম্নরবনি তাইবঙপানসিদা হিংগদবা কনাবু লৈরিবগেনে? পেম্না নোকথোকউ ইমা, হৌনা নোকথোকউ, লাইরমলেন্দগী লাইশিংনা লৈ থাদরকপ্রা য়েংশি।

নুংশিবা মচানা হায়বা ইল্লুই। খৌগংঙরি লৈপাকলৈ হৌনা নোকথোল্লুই। মানা হৌনা নোকপদা বোবিস্নু মাঙখিবগুম তৌই। হিক্লা কপলকই। মচাবু হৌনা হৌনা কৌরকই। বোবি মশা ঈহিং আহিং ঙাক্তা থোকলকই। মখোল নিক্লা হায়রকই—

—ইমা, হৌজিক্কি লোংমৈ গুলিগী মখোলদো তাহৌদত্রা। মীওইবগী ইতিহাস লোইশিন্নবা শেম-শাবক্লিবনি। মম্নায় কারবা

সমাজশিংগী মথক্তা নেৎথরকলিবনি।.... মচা চৎগ্রগে ইমা, মচা খাংবা ঙমজ্রে।

লৈপাকলৈ খাঙবা ঙমলক্কে মশা থক থক নিকই। তাইবঙ-পানসে পুংমম মমখিবগুম তৌই। মবুকথোক্তি মচানা মথানুংদগী তামখিবদা মখোল থোক্না কৌরকই।

—বোবি, বোবি, ইমাগী ইবুংঙো। লৈপাকলৈ মিকপ থোক-লকপদা মচাবু অহুম কৌহুনা লৈরমই। হুমাংনা পুংচোৎ চোৎলক্লি। মপানগী নোং নুংশিৎ মখোলদা ইমুংগী মুৎশি মুৎশি ঙাল্লিবা পো-দোন্দুনা রানা খাংলি। মচাবু হন্না হন্না কৌহুনা হিক্না হিক্না কপলকই। মপান থোকনা তাখিনি মতাগুম স্বর্গগী নোংনা গ্রুং গ্রুং খোংলকই।

নুমিৎ তরেৎনি শুরবনি বোবি হল্লকত্রিবা। মফমসিদা চৎকনি হায়রমদে। চৎপগী মরম অমৎতসু পল্লমদে। মফমহুদা নত্রগা মফমসিদা লৈ কনানসু হায়রক্কে। খাঙবা রারবি মচা নুংশিবা মমাতনা মচা লাক্কবগী তেংথারি। তুমগদবা অহিং কয়া মচাগী মখোল তাত্রা য়েংবদা নোংঙানবা অমুক্তা খঙহোদে। জাৎ জাৎতা খন্দুমতা লাক্লি। বোবি কদাই চৎপ্রবনো? কাথ্রিবরা, শিরমলদরা, পুম্রমলদরা? নত্রগা মমাগী মফমদা শাওহুনা লাপ্পা চৎগ্রব্রা? লৈকাইগী কনামৎতনা, অচৌবা কনামৎতনা লৈপাকলৈগী মফমদা বোবি লাক্কবগী মরম হংলদে। বোবি মাঙখিবগী খবরদা মীয়ামদা খংহন্দে। লৈপাকলৈনদি রারৌজে। অচৌবা কনাগী মচা, মশু ওইরম্নবদি লমদমসিগী কাচিন কোয়া, অউপ্পা উনা কাওবা লোঙথোক্লুনা থিগনি। বোবিবু কোয়হং হংগনি। অথিবা খাঙপোক্লুংদা আর্থ চেলহন্দ্রবা পিরাং শিন্থহুনা শাংলবা মতমবু লেপ্পি। পিরাংলক্কা বোবিনা তত্তুনা হায়বা রাহৈশিং লৈপাকলৈ নিংশিংহুনক্তা লৈ—

—ইমা ঈরাংদি কল্লেহে! চৎপথক্তমক চৎচবা, হিংবথক্তমক হিংজবা, নহারোল কাওবা মরাল অমা শিজিন্দুনা, হাৎনিংলবদি মহুবু কাপথাইহুনা হেক্তা হাৎপদা কনাত্র করি হায়ক্কে।

—ইমা মীওইবগী পুন্সিসে শাথিনা মরায় চায়থরে। অতোনবা অমগী থম্মোয় শোকপা পিরাংদো নজ্রগা তুহৎপিবগী তেংথাখোলদো ওসিগী সমাজসিগী য়াইতোং কমদোংবশিংনা থুয়াগী উফুলদোনা থল্লে।

বোবি অহায়বা খুদিংগী থম্মোয় শোকই। মখুৎ খুৎতুম তাসিন-হুনা থাংই। অমুক অমুকস্তু নোকখোকই। উপায় লৈতবগী উপায় ওইনা। বোবিগী মত্তৌ খুদিংদা লৈপাকলৈ খাংওমদে। লুপ্রাবি মচা ওইরুবনা মচানা অসি য়ৌনা নিন্দা তৌরিবনি, নিংবা কায়রিবনি হেক হেক থল্লি।

লুপ্রাবি মচা ওইয়বস্তু অহুক শোম্হনা, তোম্হনা লৈবদি বোবি নত্তে। মীওইবগীদমক মীওইবনা য়াজবা, হিংবগীদমক অহিংবনা কপচরা, অসিগুম্বা মশক থিনা মোৎলবা মহু কল্লবা সমাজ অমগী নমথিরবা অপুম অসাদগী লাপ্পা হন্দোকতুনা অশেংবা অহুতং কংনবগী দাবিদা অচেৎপা ওইহুনা গুপ্পতংগী কাচিন অমদা সোল্লবা মীৎ অনি উইশিনহুনা হিংলকলিবা থরায়নি। অস্থুক থিনা খেন্নবা, অনেম অরাং লৈপ্রবস্তু, সমাজসিদা কাওলুপ কয়া থোক্রা হিংনরবস্তু মীওইবগী গুন, হিংবগী অশেংবা ধর্ম্ম মহুমদি বোবিনা মতম চুপ্পদা কংননবা হোৎনৈ। তশেংনমক বোবি মীয়ামগীনি, সমাজশিগীনি, উপায় লৈত্রবা মীওইবা কয়াগীদমক্কি, অহুবু বোবিনা নুমিৎ কয়ানি মকম খওদনা মাংখিবদা কনানস্তু থিজ্রি কনানস্তু রাজ্রি।

—ইমা, নচানা ইমাবু হরাও মোমোন মীনোকহনহুনা থমজবা মহুবু করম্বা মতমদা ওন্নক্কদগে ?

বোবি মমাবু নুংশিনা য়েংই। চাদবনা য়াঙংলবি মমাবু উরগা মিৎতগী পিয়াং শিন্থজে।

—খওদে ইমা লুপ্রাবি মচা ওইরবস্তু নুপানি খনহুনা ঐস্তু হিংলিবনি। অহুবু য়েক্লবা ওাক্তা। থৌনা ফুদোক্লুনা থবক অমতং তৌনবা হোৎনবদা সমাজসিগী অহেনবা কয়ানা ইশাগী হকপু মরু ফংনা মাংহন্নবা হেক্তা হোৎনৈ।

বোবি পেন্দ্রবগী মঙ মঙই। মমানা মচাবু থেমজিল্লি। মোমোন নোকতুনা লৈপাকলৈনা বোবিবু থৌগৎনবা হোৎনৈ। বোবি নোকই লৈপাকলৈ নোকই। মমাগী মকমদা ওইনজে—

—ইমা হিংবদি হিংলিদনা, হিংবা য়াহল্লিদনা, ইমানা মুংঙাই-নবগীদমক ইমাগী শেবা নচানা মশিং খংদনা তৌখিনি।

মচাগী মুংশি রাহৈশিং লৈপাকলৈগী মমাকোংদা হনজিল হনজিল তাররি। লৈপাকলৈ জ্ঞান খংতা তারকই। ফুক হৌগৎলকই। নোং ঙাল্লমদাইগী অঙৈংবা মুংশিৎনা মথম্মোয়দা য়ৈররি, মপান থোকলক্লুনা বোবিবু কৌহুনা তেংথানা কপলকই। মাগী মীকপখোল অঙৈংবা মুংশিৎনা মকম খুদিং হুমহুনা পুখিবগুমনি।

মচাগীদমক মমানা কয়াম রাবগে? মমানা মচাবু কয়াম মুংশিবগে? মমানা বচাবু কয়াম কহল্লিংবগে কয়ায়া মগুন রাংহল্লিংবগে মমা ওইবিগী থরায়তনা থঙবা ঙমগনি চাং ওল্লুবা য়াগনি। মুংশিবা মচাবু মথানুংদগী লাকখিবা, মুংশিবা মচানা মকম খংদনা লম্মাংনখিবা মহুদা চাকপা, রাবা মমাগী থম্মোয়, করম্বা পৃথিবিগী অরাবনা হেনগদগে? মসিদগী হেনজিন্না লৈপাকলৈনা কপ্লি, তেংথারি। নুংঙাইবা হায়বা পুকৈহুদগী মরিক অমতং হুত্থনা মচাগীনি হায়না থোনবিবা ঙমদবা, অরাবা কয়াগী নাহেখোল মরক্তা ওন্ন থোইনা খাংমিন্নরিবা পিদৎ পাদৎলবা মচা বোবিগীদমক হৌজিকস্থু কপ্লি।

নুমিদাংরাইরম য়ৌশিল্লকই, নাহেরবা নুংথিলগী কক্কবগা মীনম্নবা তাইবঙগী শক্তমগা হনজিল হনজিল থেল্লাইনহুনা তোঙানবা শক্তম অমা থোকহল্লি। অঙৈংবা নুংশিৎকি মথানুংদা ওক্কবা ওক্কবি কয়াগী মীনোকখোলস্থু পুহুনা শিনথুংনা শিৎলি। থোয়না পুক্লিংবু নৌথবগী মহুৎতা নুমিদাং য়ৌরকলগা হম্মলাইগী শাংলবা খুৎ, হামচৎনয়বা সমাজগী রারি, মিপাইরবা নোংমৈ গুলিগী মখোল তারক্কদরা পাখৎতবা ঙমদে। লৈপাকলৈ বোবিবুত খল্লি। বোবিগীত কপই। কনাম্থু য়াওদে মথম্নতা রানা খাংই। নুমিৎত্তি অদুম থেংজিল্লকই। ঙসিগা

মাপন্নি শুরে মুংশিবা বোবিগী শক্তম উদবা। নোংহৌ তোইরবা, নোংলৈ কল্লবা, নোংখোং হৌরবা মীকুপতা অথোৎপা শক্তন অমনা কদাইদনো লম্মাংনরমগদবা নত্রগা হিংলমগদবা ?

খুঙ্গংগী চিদাইগী অমনবা লম্বীদা গাড়িগী মখোল তারকই। লোইয়ালমগী মুংশিৎ মরক্তা নমথিরবা মনম ফাওরকই। লৈপাকলৈ কোইনা য়েংই। পাখৎচৈ। পিকলবা খাংপোকশং তুম্বক তাশিন লেপখিবগুম্নি। গাড়ীদি অস্থম অস্থম নকশিল্লকই। লৈপাকলৈগী হকচাং মনুংদা মৈগী চীং কয়া মথং মথং চংখিবগুম তৌরি। গাড়ী থামখি। মুপা অনি অহুম কুমথরকই। লানফি শেৎপা নোংমৈ পায়বা। অস্থম চংশিল্লকই। লৈপাকলৈগী নাক্তা। লৈপাকলৈ মঙ নত্রগা তাইবঙ হৌজিক করিনো খঙবা ঙমদে। মখোয়না হংলকই—

—নংগী নচারা বোবি হায়রিবসে ?

লৈপাকলৈ পাউখুমগী শেম শাদে। বোবি হায়না পনখিবদা চেনশিনখি গাড়ী মখোঙদা, কপ্পা কপ্পা মচাবু মথানুংদা চেৎনা কোম্ন-নবা। মুপাশিংসু লৈপাকলৈবু ফাহুনা মখা তারকই।

—অস্থুক তমথিবা নচাগীদমক করিগী হৌনা কপ্লিবনো। নংসু হৌনা কপ্পবদি ফাওনা হাৎকনি।

লৈপাকলৈ থঙলেপ লেপ্লি। মশা পুম্বা ঙকপনা নিকই। অশোনবী থম্মোয় পোখাইগদৌবগুম্নি। মখোয়গী ৱাঙাং মখা তানা তারি—

—ঙসিদি নচা বোবি শিরবনি। অশিবা মশাদো পোৎলোয়-জনবগীদমক পুরকপনি। পোৎলোয় মিকপ কপশিল্লু.... তেংথাজৌ।

মখোয় লোইনমক গাড়ীদা চংশিনখি। ফিঙৌগী অশাংবা মতুম অমা খাংপোকশংগী মমাংদা পোপ থাদৈ। মখোংশিংনা হঙ্গৎ হন্দা কাওহুনা থরো থরো ওলহল্লি। মথং মথং থোকখি। গাড়ী কন্না থৌখি। মখোলনা অস্থম লাপখি।

লৈপাকলৈ চপ লেপই। তপ্পা তপ্পা চংশিল্লকই। কুইনা অমুক লেপই। অমুক চংশিল্লকই, ফিঙৌ তপ্পা হায়দোক্লকই। বোবীনা

ইহিং নাইহিং শানা মমিৎ উইশিন্দ্রনা লৈরি। কি অসুম হায়দোকলুই। ইহিং নাইহিং ঙাক্তা ঙাইরমই। নোংমৈ মথুন কয়াস্তু লৈরমই।

পৃথিবীনা মশা তুম্বক তাশিন লোৎতুনা লৈখিবগুম্মি। অমম্বনা মুনা মুনা য়েংহুনা লৈরি। অথাপ্পদা জিবা কয়াগী মখোলনা মমা মচাগীদমক তেংথাহুনা খাংবগুম তারি। লৈপাকলৈনা ঈহিং নাইহিং মরক্তা মচাবু চেৎনা কোনশিনহুনা লৈরি। অমম্বা মরক্তা উবা কংত্রবা মচাগী মায়খোংবু হুন্না হুন্না চুপতুনা লৈরি। তাইবং কনামত্তগী মখোল তাত্রি। শুপ্পতংগী লৈপাকলৈনা মচাবু চেৎনা কোনশিনবগী মমি শাম্মি মখোলনা শিনত্রি।

নোংঙাল্লমদাইদা লৈপাক্লৈগী মীকপ মীয়াওখোল কেকু কোঙলকই। অশিবা মচাবু কোন্দ্রনা থরো থরো ওল্লকই। খোন তারবা খোনকমদা অশিবগী মীকপ কপ্পকই। কয়ারক রাস্থখিবা, মচাবু কয়ারক কোনখিবা, চুপখিবা কনানস্থু খংহৌত্রি। শুপ্পতংগী নোংঙাল্লমদাইগী তেংথা মীকপসিনা অতাবা কনাদা বোবী শিরে হায়বহুতং খঙহল্লি॥

—ফেব্রুয়ারী, ৯৬

---

# নুংথিলগী মীকপ অহিংগী খোল্লাও

—করপসন লৈরিবা লৈবাক অসি করপসন লৈতনবা লৈবাক্কী অঙম অথৌ, ওক্সিার কয়াসে মঙক কক্ ককতুনা হাৎপা হৌবা তাই।

—রাইহেন্নবু কনমন্ত্রো। তাখিবা ঝাঙরবদি নংবু ফুবিবা তারেনে।

—কনানা ফুগদৌরিবা, নহারোলদি ঐখোয়নি, মখোয়খক্তা হীংগে হায়বা ঐখোয়না কংশি শিন্নুনা হীংবগী অধিকার পুন্না মুথৎতুনা মাংখো হায়বা শীবু করম্না আইন্নো? শীবু মপী মপা মখোয়গী রাখললো?

—অদো ঐখোয়না কৈদৌগদগে, হীংবা ম্নাহল্লিবা, হীংনবা মফম খজিক পীরিবসে লাইবক য়াম্না করবনে।

—মহুনা য়ারদরো, মখোয়বু লাইরো, মখোয়না লৈরিবা ফুরা দলান, তোংলিবা জীপ কারশিংহুবু মখোয়গী মপা মপুনা থনম্বরো? অশোনবা মীগী মবুক্তগী কোথোক্তুনা চাবা ঙম্বা, মীগী অধিকারবু হুরান্দুনা খুহুম চনহুনা থৌনা লৈনা নোক খেরিবা মথম্মোয়শিংদো মচেৎ মচেৎ মচেৎ থ্গাইহুনা মাংহনগদবনি, মতমহুদা নখোয় ঐখোয়সে নে-তাবা ঙমগদৌরিবনি।

—পেন্দবগী ঙাংবনিকো, ইশা কাওবা হীংহনবা ঙমলকত্রবা ঐখোয় নখোয়না অঙম অথৌ কনাগী মাঙদা লেপতুনা নীংঙমদবা মীৎয়েং অমা কাওবা য়েংবা ঙমলোইনে—নত্তে নংবু সমাজসে খংলবা নত্রা?

—খংই, মীওইবনা মীওইববু খোঙগাওনরবা, সমাজসিনা সমাজসিবু মাংহল্লবা, অশেম্বা ঈগী ঈরিকশিংনা অশেংবা ঈগী ঈরিকশিংবু নমথহুনা মীনম্বগী ঈপাকসিদা চাংজৌ পানা চেম্বনবা হোৎনরিবা মরক সিদনে ঐনা নাইতোম চোংথোকতুনা অচৌবা পল থিংগদৌরিবসে।

—মহাক চোইরোল ফজনা ঙাংলে, তুমদনা মঙলাকনহল্লবা থরাই মচা অহুনা শিদনবখক্কি রা পংঙাং ঙাংলে, নত্তে অহুবু শিরমদাইগীয়ো?

—পুন্সি অমবু অদুক হৃন্থনা য়েংগদবা নত্তে, ঈশ্বরনা শেমগলকপদা মীওইবগী থরাই অমৎতা অনেম অরাং থমলক্তে। মীওইবা হায়বা মী অমনা তৌবা ওন্বা থবকতো মতুদগী হেন্না ঐস্নু তৌকম থোকই। অরানবা কত্তবা ময়ামনা মশাবু লাঙ্গোই চলহনদুনা হীংবগী ঈথক ঈরাংদা তাওরিবা অঙম অথৌ কয়াসে মথোয়গী মথক্তা নেৎথনবা ঐ হৌজিক লেপলিদনা, ইথত্তনি কনাস্থ য়াওদে কনাস্থ চেম্নরোই, য়েংবথক্তং কল্লু ঐ অমা শিগ্রবস্নু নখোয় চাম্মা চাম্মদি ঐ নুংঙাইহল্লকে।

—নত্তে নংগীশিবু অওইবমক ওইগদোইরো — ?

—অস্নুক শোক্লা ঙাংলিবা ঐগী মতৌদা খজিক ফাওবা লৌশিনবা ঙমদ্রিবা নহাক্তি পাংদবনি। ঐ চৎলগে.... .... নংগী মথা তাবা রা তারগদি ঐ শোম্থরকপা য়াই। কয়া অমা খাংলক্লেদনা, কয়া রারক্লেদনা মসিগী মথক্তা হৌজিক্তি ঐ কয়াম কত্তবগে, কয়াম শাথিবগে হায়বত্থু য়েংউ।

........লোইয়া চৎথ্রে, হৃন্নস্থ য়েংলমদ্রে, মথম্মোয়বু চাম্মরক নিন্দা তৌদুনা পেন্দবগী অশাওবা কয়াগা লোইননা অহিংসিদা মাইকৈ খংদনা মাংথ্রে। নোং নুংশিৎ কন্না কনশিল্লক্লি। অমুক অমুক নোংথাংগী মঙাল লাকপদা মাগী শীঙদুনা চৎথ্রিবা খুৎ উহৌই....। রাখলসে লৈতাদে, মহু পাল্লবা সমাজগী থোংজিনসিদা তুশোন মাশোম্নবা মহাক্লা কদাইদনো— ?

লোইয়াগী হৌথিবা পুন্সি রারীবু ঙাইহাক নীংশিংলুই। অরাবা ইমুংদা পোকপা মচীন মনাও তরুক্কী মনুংদা মানা অহলনি। শেম্থোক লৈতে, লৌ-শিং লৈতে— মচা ময়ামশিং শেম্নবথক্তীদমক লাইরবা মমা মপানা মীগী হাজিরা শুদুনা মথোয়বু চাওননবা য়োক্লকপনি, অমদি মহৈ মশিং তমহল্লকপনি। হৌজিক্তি লোইয়া বিঃ এঃ লোইখিবা চহী ৫ শুরে। মপা মমানা মচা অহলগী মকমদা মী অমা ওইনবগী থাক্তা লেপ্পনবা দাবী তৌরক্লে, মনাওশিং শেম্বীরা ঙমদে হায়দুনা মাবু নিন্দা তৌরক্লে। হীংদবা য়াদে শিজ্জিবনিনা, চৎনবী য়াওদবা য়াদে সমাজদা

তিল্লিবনিনা...। মহুগী মগুন হৌজিক্কি শোল্লবা মম! মপানা ঙাকপা ঙমদ্রে। ইমুং অহুগী মহুৎ শিন, সমাজ মীমাংদা, চৎনবী মমাংদা লোইয়া থৌনা লৈনা লেপতবা য়াখিদে।

হীংনবা করি তৌগদগে? হীংকমসি করিদা ওইরিবগে? মীওইবগী মগুন হৌজিক করিনা লেপলিবগে? পুন্নমক লোইখা খংদবা নত্তে। মহুগীদমক মহাক চেল্লি, নোম্লী, অঙম্বা কয়াগী মখোংদা তুরুই, ডিপার্টমেন্ট কয়াগী থোঙজিন্দা লেপলুই। মপা মমাগী হুমাং মরিক মরিক্লা শেম্বী শাবীরকপা মাগী বিঃ এঃ গী Certificate, অঙম্বা কয়াগী থোঙজিন্দা কথোকলম্বা, ঈথেংগী মমল ওইনা মপা মমানা মতীক চাদনা ফংলকপা শেলনা ফংহল্লকখিবা লোইয়াগী মমল য়াম্লবা ডিপ্লোমা গী Certificate মহুগী শীজিন্নকম, মহুগী মগুন ঙাকনবা কোইথি থিরি। শুপ্পথক্কুংগী হীংনবগীদমক, শুপ্পথক্কুংগী সমাজ মীমাংদা মী মান্না লেপন-বগীদমক, মীনোক কয়া, মীচৈ কয়া তানা তানা হোৎনরি। হীংনবা লম্বী অমতংবু ফংলবদি য়ায়দা শীচিল্লকপা তীনহুস্থ তৈথোকপা তাই, ইশাদা য়ানশিল্লকপা থাংগী থাংকম চৈনা খাংনা মুখৎপা তাই। মসিনি লোইয়াগী য়াখল।

অহুবু কান্নবা করিনো? অঙম্বগী মকমদা নোনজরুবা কয়া, য়াওখিবা ইন্টরভিয়ুগী ফল কয়া, মহুদা নত্তনা মীয়ামগী য়াইফনবা সমাজগী অরাবা কোরুবা থৌনা লৈনা হোৎনখিবা কয়াহুগী ফল ওসি লোইয়ানা করি ওইনা ফংলিবগে? ইমুংগী কিভম অসুম শোক-চিল্লকই, পাংদে হায়হুনা মপা মমানা থিনা থিনা চৈবা হেল্লকই, মশাগী শেংলম্বা মমি অসুম অসুম শামজিল্লকই। মসিমক চৎনরি, মসিমক থেংনরি। লমদমসিগী নহারোল লীশিং লীশিং অসিগুম্বা অরা অনা থেংনহুনা অহুম্নক তোম্নহুনা লৈরি। অসুম খল্লবদা অশাওবনা, পেন্দবনা মশা পুম্বা কুপ্পখিহুনা লোইয়ানা অহিংববু শিংনরকপনি। মশানা মশাবু কাওথোক্কুনা অঙম অথৌ কয়াবু হাৎকে হায়না তেমশিংনরকপনি। করিগুম্বা য়াম্বী হোৎনজমল ওইনা থবক

মচা অমতং কংহুনা অরা অনা কয়াসে কোকপা তারয়বদি নত্রগা মশানা মশাবু থবক পীজনবা সরকারনা থোয়াং তৌবিরিবা অচৌবা শেম্নং কয়াহু অমতং কাওবিরয়গদি মহাক অম্নুক শাথিদবা য়াই। য়াওথিবা Interview কয়া, মখোংদা কোনথিবা অওম্বা কয়া, তায়থিবা লোন কম্না ওসিদি পেন্দবা লৌশিং ঈহৌনবথক, মশাগী হৃমাং শীম্নবথক, লোয়ননা মঙোন্দা শিংনবথক ওইরম্বনা লোইয়া ওসিদি ঙাংন-শরুবা য়াদনা লমন খুম্নিংবগী মৈনা ঙাওহুনা চৎগ্রবনি।

মুম্বিৎ মরিনি শুরে লোইয়া হস্তিল্লক্তে হায়না ইমুং মনুংগী মীনা কোইথি থিরিবা, অশোনবী মমানা লাকুনা মচা অহলগীদমক অরা পিরাং শিহ্নহুনা ঐঙোন্দা তম্তনা হংলরি। খুন্দম থংদে অরাবদো য়েংবা ঙমদে। অরাবগী মথক্তা অরাবা, লাইরবগী মথক্তা লাইরবা পুম্নিদা পেন্দবনা থুম্নৎতুনা লমন খুমগনি হায়বা অকনবা খোল্লাও লাওহুনা মশা থক থক নিক্না চৎখিবা লোইয়াগী রাথল ঐথক্তনা থংই। অহুবু অহুগুম্বা পেন্দবনা থ্রমহৎলবা নহা অমা মাইকৈ লাম্না চৎখিদোরে হায়হুনা মথুৎ পায়হুনা থামহৌবদি ঐ তৌহৌদে। ঐম্নু তশেংনা কত্তে ইশাগীতা থল্লি, ঐগীতা য়েংই।

কদায়দনো মানা নৈরমগদবা! হীংকম পীত্রে, অধিকার পীত্রে হায়হুনা মীওইবা কয়াবু অশাওবা উৎলবা মানা হৌজিক থ্রপ্রবা কাচিন অমদা পোথারমগনি হায়বদি থাজবা ঙমদে। চৎলমদাই মুম্বিত্তুদা হায়রম্বা রাহৈ, উৎখিবা পেন্দবা, মতুগী হায়রুরগদি লোইয়ানা করিগুম্বা থবক থরা তৌরগনি হায়বসি মসিথক্তংনি ঐ চীংনরিবা— ।

মথংগী নোংঙানবগনি, হেক হৌগৎলকপগা থবরগী লমায়দা মীৎ থমলুবা, লোইয়ানা হস্তিল্লক্তবা মুম্বিৎ মরিনিসি থবর শুকথা থাক্রে। ওসিদি ঐগী চীংনবা অদো থংহেন হেনগৎলকই। থবরগী মকোক্তা য়াওরম্বা "প্লাজিংগী মেনেজিং ডাইরেক্তরবু ওকিস কাদা থাংনা য়াম্নুনা হাৎলয়ে, মীহাৎপা মী মকম থংদবা চেনখ্রে.....ঈৎ

কোকচাওবী কানা হকচাংসে নীকই। ওয়াং মওদা লোইয়া উরমই, ঈনা পুংতৈ তৈত্থনা মশাদো ময়াং কংব্রিক কংনা লামলবা মবুক্তো পাইদুনা চাক খজিক্তং চাগে হায়না কুইনা লেপ্পমই। ঐনা রা শুকওাং ওাংদনা মাগী মতোবু থম্মোয় শোক্লা য়েংলমই। মাগী চাক পীব্রবদা মহাক নীংবা কাইনা অত্থম চৎখি। ঐনা মাবু তায়বা অত্থম্মক ফংখিব্রে। তায় তায়না ঐ মীকপ থোকখি। মীকপ থোক্লকপগনি ঐনা হৌগৎলক্লুনা খবর য়েংলিবা।

নীংশিংলকই.... মতম থরগী মমাংদা লোইয়া প্লায়িংগী মরী লৈনবা অচৌবশিংদা মাগী Certificate শিং উৎতুনা থবক অমত্তং হাপ্পীনবা কন্না হায়জখি, ইমুংগী অরাবা কয়া তমত্থনা মাগী পুন্সিগী শোথরবা ইতিহাস লীত্থনা য়ায়বা পোষ্টত্থদগী অমতং পীবিনবা কপ্তুবা নিখি। ইণ্টরভিয়ু য়াওখি, হায়দোকরকপদা মন্ত্রীগী, ওফিসারগী মচা মশুশিং ভাক্তা খনখি, লুপা লীশিং মরিফুনা অতোনবা ওইখি পীজনবা। লোইয়া ইকাই ইকি থাদোক্তুনা হায়জখিবা কয়াত্থগী কল করিমত্তা ওইব্রবদা মুমিৎ হুম্নি চরা হেনত্থনা উংখি। খল্লুরগা লোইয়াগী পুন্সিবু তশেংনা কিরকই। সমাজসিদা মহাক অশেংবা মীহাৎপা অমা ওইনা, মীয়োৎ অমগী শক্তম লৌখিত্থনা মাগী পূন্সি অত্থম্মক লৈখা তারগব্রা.... ? অমুকম্ব কনা খল্লকই— লোইয়া মীহাৎপা ওইরমদবম্ব য়াই, হীংনবগী-দমক মহাক লোম্না শেল তানবা চৎলমবম্ব য়াই।

কজনা খেংজিল্লক্রে, লোইয়াগী খনবদা তুম্বা শুকয়া য়াব্রে, মাগী লৈতাব্রবা পুন্সিগী ঐনা তত্তনা নিংভমদবা পোকই। নিং-তমনা হীংগদবা মাগী পুন্সিনা মক্ষম খংদনা পাপকী থবক কয়া তৌরকদরা খনবদা তশেংনা মীপাই। অঙাং ওইরিভৈদগী অচুম্বা অশেংবা নীতিদা ধর্ম্ম ওইত্থনা লাকপা মহাকনা পেন্দবা কয়াগী তুংনকম ওইত্থনা সমাজসিগী মায়োক্তা লেপকনি খনবদা মাবু কোইখি খিত্থনা মকম অসিদা লেঙদনা থমনিংই। নিংভমদবগী মংলান্দা অত্থম ভাওরিভৈ ঐগী থোঙদা দং দং খিল্লকপদো অমুক অনীরক তাহৌব্রে.... নাশোন

পীক্লা কৌয়কই—"মরুপ থোঙ হাংদোকও"....... খাই লাওই, মাগী রাখলতনা লাইনিং ওইদুনা অহিং মুংখিল অনৗদা চীংনবতনা মাংজিল থাদুনা লাকপা ঙজিদি লোইয়া ঐগী থোঙদা লেপলরে। হেক খঙ্‌বগা মহাকপু মীহাৎপরা হায়না হকচাংদা ঈথক থকৎলি। অমুকস্ন থংলুং মুংশিরকই, শুপ্নতংগী হীংনবথকী খনবদা কঙাওনরবা অসিঙুম্বা পুন্সি অমবু অঙম অথৌ অমত্তনা য়েংশিনবিদদুনা মাইকৈ লাম্না চৎত্রবনি....। থোঙ হেক হাংদোকপগনি, ঐগী মাংদা চপ লেপ্লদুনা

— মরুপ, ঐগী পাউ তারবা নত্রা ? ঙরাং খবর পাত্রা.... Director দো খাংনা য়াম্নৎতুনা হাৎলম্বনি। মাগী ঈরিক্লি ঐগী মল্লবা কিজোলশিংসিদা তৈরিবা, ঐনা হায়ত্রা কত্রবদি ঐস্নু কয়াম শাথীগনি হায়বা।

....... তশেংনা ঐ রাখলগী লম্বী মাংবগুম তৌই। মাগী নোক্লা নোক্লা ঙাংবা রা, মাগী থৌনা মাংত্রিবা খোল তশেংনা কীদবা ঙমদে, অদুবু মহাক্না মীহাৎপনি হায়রবস্নু ঐনা মাবু তুকৎচনদি খত্রি। থম্মোয় শোক্লা মখা তারকই....

— মরুপ পুন্সিসে কৈদৌননি, হীংবা য়াবা হীংলেদনা, রাবা য়ারা রারেদনা। অদো মখোয়গী মতেং কংত্রেদনা, মখোয়দি অদুম্মক মুংঙাইরিদনা....। তাইবংপান্দা অরাবগী রারী তাবিদবা মখোয়দি লাইরেমলেন্দা অশিবগী মীকপ তারুসনু....।

— লোইয়া, নহাক করিমত্তা থত্রব্রা ? মতুগী কল করি লাক্তনি নহাক খংলত্রা ?

— উম, ঐবু কারগা ফাঁসি তৌখিবা য়াই নত্রগা খিনা ওৎতুনা পুন্সি লোইত্রিকাওবা জেলদা থমখিবা য়াই ; মতুমক তৌসনু। তৌত্রি-ঙৈসিদদি ঐ মখা তানা অঙম্বা কয়া হাৎখিবা তারি।

— অদুদি নং মীহাৎপা...! অদুদি নং মকমসিদা করিগী ?

— চুম্মী, ঐ ঙসিদগী লাক্লরোই, অঙাং ওইরিঙৈ মরুপনি, হৌজিক্কীস্নু থরাইনি নংদি....নঙোন্দগী ইমা ইপাগী মহুৎ শিল্লা বীদাই লোগে লাক্লিবনি।

—লোইয়া তশেংনা নহাক ভাওরব্রা? নীপা ওইরগা অহুক পুকচেল পীরা থবক তৌরিবসি করিগীনো? হৌজিকসু মতম লৈরি নহাক অচুম্বা লম্বীদা খোঙ থাংজিনসি। ঐনা হায়রবা য়াও মরুপ।

....ঐগী খোল কল্লে, লোইয়া লুকথদুনা তাই, থম্মোয় শোকপা মাল্লি, থংহৌদে কাক কাক নোকথোকরকই। তুম্মিন্না অমুক হৈরগা

—য়াররোই মরুপ, সমাজসিগী চৎনবীসে থজিক্কুং হোংদোকসি অরাবা পুন্সি কয়ানা অহুমক রানা শিগ্রিবা, চাবা ফংব্রবা, উপায় লৈব্রবা থরাই কয়ানা লম্বীগী নাকন্দা, শেগাইরবা থাংপোক কয়াদা হীংবগী অধিকার ফংদনা লৈখা তাগ্রিবা কয়াসে মসিগুম্মা সমাজ অসিগী অঙম অথৌ, য়াইতোং কমদোংবা মখোয়সু শীঙম নাঙমদনা শিসনু, মখোয়গী পুন্সিগা ঐখোয়গী পুন্সিগা চপ মান্নহল্লবা মীকুপতুদা সমাজসে খিত্তং লৈতাব্রা য়েংশি....।

—নত্তে, নত্তে! নহাকখক্তনা মখোয়গী মায়োক্কা লেপ্লগা সমাজসি থল মান্নরক্তনি হায়বদি থ্বাইদগী শোইরবনি।

—পুন্সিদা অরা মৈচাক থেংনদবা নঙগুম্বা অমদদি পুন্সিগী লম্বীসে কজরমগনি মরুপ, ঐখোয়দি হীংলবসু, হীংব্রবসু চপ মান্নরে। লাইরবা মীসু থরাই পাল্লি, থৌনা লৈ খঙহল্লবদি ইনাকখুনবা কয়াসে জ্ঞান তারকপা য়াই, মখোয়না লাইর-অনং কয়াদগী ঈ থকতুনা শেল খোমদুনা থরাই মচা কয়াবু ওৎলিবসে ঐগুম্বা খরনা য়াদে হায়দুনা মঙকশিংদো বৎ বৎ ককথৎপা হৌরক্লবদি মখোয় ঈ থক্রেদনা, মখোয় শেল চাক্রেদনা, মখোয়সু লাইরবসে থৌনা লৈ থংলেদনা অহু ওইরবদি শিনিংদবা অঙম অথৌ কয়াসে জ্ঞান তারকতুনা, ঐখোয়গা থল চপ মান্নরেদনা।

লোইয়া মশা থক থক নীকলে, মমীত্তা অঙাংবা ঈ কারে, তশেংনা ঐ রা ভাংবা য়াক্রে থংই, ঐনা লোইয়াবু থিংনবা পাঙল লৈতে, রাহৈ লৈতে। মাদি শিঙনবনি, লাম্বেংনবনি, ঐনা গুপ্পতংগী মীচম অমা, অহুবু য়াম্মা নুংঙাইতে লোইয়ানা মীহাৎপা, লোইয়াবা অসিগুম্বা রাঙাং শীজিন্নবা।

— ফরে মরুপ, ঐ চৎপ্রগে, সুংতিগী খবর পাও, সুংতিগী ঐগী পাও ঙাইয়ু, ঐ মী হাৎখিনি, অঙম্বা কয়া ঐগী থুত্তা থরাই থাখিনি লোয়ননা ঐস্মু শোইদনা ফাখিনি, অঙম্বশিংগী দন্দিদা ঐগী পুন্সি অমুক লোইখিনি॥ (....মশা থক থক নিক্রুবা লোইয়া_ঐবু মুয়া য়েংলকই, মীত্তগী মপি চহুম চহুম তারকই.... ।)

— মরুপ. পুন্সিসে লাইরবা ইপা ইমানা রানা শেম্বী শাবিরকপনি চরা অমা চা অনী হেন্দুনা সমাজসিদা তীল্লকপনি, পী তাহুনতা লাক্লি ; কয়াস্মু তাখিবা তারি, করিস্মু খম্থনিংঙাই লৈতে, ইমা লৈবাক-কীদমক থরাই থানবা অহুগুম্না ঐস্মু অশেংবা সমাজ ওইননবা কত্তবা থরাই কয়াবু হাৎতোকপনি।

লোইয়া চৎগ্রে, মখা তারমগ্রে, ঐবু হম্না য়েংলমগ্রে, মাবু উথিগ্রে। থাশিগী অহিং, নোংথাংগী মঙালস্থ লাকখিগ্রে, কদোমদনো ? হয়েংনা অঙম্বা কনাগী মঙক ককদোরিবা ? অহুগা নংগী পঙ্গুংকম্না কদাইদা ? পোথাকম খংগ্রে। কম্লি নত্রগা হীপ্লি হায়বা কাওরে। শোল্লবী ইমাহুনা কমদোবা, লাকখিনি হায়বগী রাখলদা মম্নবা পোদোনগী মৈঙালদা মচাগী মায়কৈ য়েংলমগনি। হল্লকহন্নিংবগী ময়াইনা অহিংগী সুংশিৎনা অমুক অমুক হুমলকপদা মচানা থোং হাংদোকউ হারয়ক্রবোই খন্দুনা ফুক ফুক হোৌগৎলমগনি।

নীংশিংলকই, মতম অমগী মা-ঐ বি: এ: পরিক্ষা থাবা চৎলমদাই

— মরুপ. হন্দকীসিনগা কাষ্ট ক্লাসতগা লাক্লগদি শেল থোকদবা থবক অমদি কংলনিদা, নত্রবদি পীক্লিবা ইনাওশিং, লাইরবা ইমা ইপা লোইনা কংহুনা শিরনি।

নোংমন্থনি থবকী ইন্টরভিয়ু অমা য়াওক্লমগা হেক হল্লকপগা,

— মরুপ, ঙসিগীহুদি শোইদনা মায় পাক্রক্লনি, কেন্দ্রদেত শিংহুগী মঙ্গুংদা ঐ থক্তংনিনে কজনা থুম্নম্নিবা, ঐনগা থবক তৌরবা, য়েংউদা কগদবশিংদো।

লাইরঞ্রবা মহাক্না লাইরবা অমা উবদা পী শিন্থবা ওমবা, তোনগ্রবা মহাকনা অতোনবা অমা উবদা হিক্না তেংথাবা ওমবা অহুভৈগী লোইয়া ওসিদি মথুন্তা থাং পায়হনা শাগী থম্মোয় পান্দুনা সমাজসিদা অরোনবা মীহাৎপা অমগী শক্তম লৌগ্রি। অথেংবা অহিংসিদা কনাদনো নংনা মীকুপ অমা পোথারমগদবা? কদাইদনো হাংলবা নবুক্তো থম্নবা চাক চখোম অমগী দাবী তাল্লমগদবা? মহুদা হয়াও হরাওনা পীজরকদবা সমাজসিগী পুকচেল চাওবা অহুনা কনা? থনবগী লোইবা নাইদে, রাখলগী অমম্বস্থ হেন্নকই, চৎলম-দাইদা নংনা থৌনা লৈনস্থ হায়রমলি—

— অওম্বা কয়া ঐগী খুন্তা থরাই থাখিনি, অওম্বশিংগী দন্দিদা ঐগী পুন্সি অমুক লোইখিনি—।

—অশেংবা সমাজ ওইননবা কন্তবা থরাই কয়াবু হান্তোকপনি—।

—ওক্তোবর, ৯৫

---

# পাঙখোংদুদি ফোঙলোদনা

সহরগী অকুংবা মী মরকতা শারবা নুংশাবু নাচুংদনা লুপা খরদংগী, হীংননবগী লুপা খরদংগী ইশাগী অরৈবা পাঙল খোনা পুখোক্না ইকাই ইকি হ্রাংমদা রিক্সো খোরিবা খল্লুরগদি তশেংনা নোক্লিংবা কাওই। ইশা মভিক চাত্রিবৈ পুন্সিনা থাক অমা নেৎশিল্লুবা মতুগী কল ওইনা ওসিদি মাইখুম উপতুনা ইরী নাওরী শুমদুনা শুপ্পতংগী চেংখক্কুংগী, শুপ্পতংগী চরা হেন্দ্রনবথক্কী, মসিদা পুন্সিগী খোংকম শেমহৌগদবা খোংথাং কয়া অদুম্মক নাম্বোকখি।

ঐনা য়ুম হেক য়োৗরকপগা নুমিদাংগী পুং ৬ চপ চানা তারে। সহরদগী তাম্না খুল্লকী লম্বীদা অসুম চংলকপগা পীক্লবা য়ুম, মতুগী মনুংদা মুৎশি মুৎশিরবা পোদোনগী মৈরী অতুগী মৈঙাল মরক্তা অহল ওইশিল্লক্লবী ইমা, লোইননা নুংঙাই য়াইফবতা পামজবী, পুন্সিবু মরেক মহাও য়াওদ্রে হায়দুনা নিন্দা তৌদুনা লৈরিবী সহরদগী ওংলকপী খুজংসিদা লৈশাং তমলবী ঐগী নিরমালা....।

— ঐনা ডাক্তরদা অমুক্তা চৎশি হায়বসিবু কয়াম কাইরবগে, ঐবু মকমসিদা অসুম হাৎলগে হায়রিবরো ?

ঐনা হেক য়োৗরকপগনি, ঐগী অরাবগী মথক্তা নেৎতুনা ইশাও শাওনা—

— করিনো হায়রিবদুবো ? ঐনা কার্মাসি তান্নরগা হিদাকশিং লৈরক্লবনি।

— করিগী কার্মাসিনো ? মুপীগী অনাবসিবু কার্মাসিনা খংব্রো ? ঐনা অঙাং পোকপা শুমদনা শিরগা কার্মাসিনা কোকগদৌরিব্রো ?

— নীরমালা !

তশেংনা কোকচাওবী কাই, রারবা হকচাংসে খাই লাওই, ঐগী মীকুপ অমতংগী পোথাকম পীবিদনা য়ুম হেক য়োৗরকপগা ঐব মখল কমাগী চাংয়ৎ তৌবা শাওগৎপা মাগী অমাইবদি নাত্তে।

পুন্সিগী অরা নুংঙাই লম্বীদা চৎনিনহুনা হীংনবগী তোঙানবা মহাও কংননবা হোৎনবগী মহুত্তা অমক মরক্তা যাদি ঐবু নিঙ্গা তৌই। নীংবা থ্ুংহন্দে হায়রুনা ঐবু থিনা থিনা চৈ। তশেংনা ওকই, মা-ঐ য়ুম্বানমীমরকপা চহী অমা হেন্নরুবনি, ঐগী পুন্সি লাইরৈ হায়বসু মহাক থংই, কয়ারক চরা হেনগ্রে, শেল লৈতবনা কয়ারক মীগী মীরক তিনবসু ওমথিগে, কৌজিকসু ওমজি.... অসুবু গুবদি লেপতে হীংনবদি হোৎনরি। হাজিরা গুহুনা, য়িম্মো থৌহুনা, মরকসিদা যানা কয়া শাওরি, থবক থিদে, নীপা থোক্তে। ঐ ওকই, হীংবগী খোংথাং খুদিংদা শেল য়াওদবা য়াজবা মতমসিদা, মী অমদা হায়জরুবা নোনজরুবা মতমদা নুপা লৌশিং লৌশিংনা মাও থাদবা য়াজবা মতমসিদা চরা কাওবা গুনা চাবা ওমজিবা ঐনা কনাদা চংহুনা থবক কংগদৌরিবা, মসিদা ঐগী নিরমালানা ঐবু অশুক শাওরিবসি করিগীনো ?

মাগী অকোনবা য়াহৈ ঐ তশেংনা নুংঙাইতে। মহাক ঐগী মুপীনি, ঐগী অরাবা কয়াদা মাসু তুং ইনকম থোক্কই। ঐগী নুংঙাইবা কয়াদা মাসু হয়াওনা মাও থাকম থোকই।

— নিরমালা পুন্সিসে থরদি লাইনা হীংনবা হোৎনসিবা।

— নংনা পুন্সিসি লাইথোক্লবা হোৎনবদা ঐদি মরেক মহাও য়াওদনা কংশি শিগদৌরে—।

— অদো নং কংশিমক্তি শিজ্জিদনা, মহাক হৌজিক্তি হীংলিদনা।

— সিবু হীংবনি হায়গন্রো ? থিত্তুং চারগা অশুকপা মকম অমদা গুরু গুরু নৈশিন্দুনা শিবা লাইরিবসিবু হীংবনি হায়গন্রো ?

— অহুদি নংনা পামজিবা মহৌসি করিনো ?

— তশেংনা ঐদি হীংবগী ইজৎ পাম্মী, নংসু ইজৎ লৈবা পাম্মী, পুম্নমক্তা মমাংদা মশক মচু থোক্না লেপ্পা ওমবদো ঐ পাম্মী।

— ইজৎ হায়বসিবু করিনো ? নিরমালা লাইরনা হীংবা চঙ্গা নোংমত্তং হেনবা পুন্সিসিবু ইজৎ লৈথা তারবনি হায়রসিয়ো ?

দলাল মখোল মখোল শাহুনা, জীপ কারদা খোঙনেৎনহুনা লৈবহৌরু ইজৎনা য়োত্রবনি হায়সিরো, মখোয়গী মহীংহুরো নহাক্না অহুক পামজিবহুরো.... ?

— নংনা পামলিবনা চরা হেন্দ্না খাংপোক অমদা শিবা ঙাইনা পুন্সিসিনা লেনবশিয়া— ?

— অদো ঐবু হীংজত্রো, ঐবু শুজত্রো, ঐবু নুংঙাইননবা মীগী মপোৎ হুরান্নচো হায়রিত্রো ? ইনাক খুনবা নীপাদো হাত্তোক্লমগা লূপা খাওজাও খাওজাও মুক্তক্না নঙোন্দা শীম্নৌ হায়রিবরে। ? মহুগী নুংঙাইবহুরো নংনা পামলিবসিবো— ?

— নংনা ওমননবা হেক্তা ঙাংই, য়াম্না ঙাংবা ফবহুনা নংগী পুন্সিবু চাওখৎপা ওইরগত্রা ?

— সিবু ঙাংবা ফবনি হায়গত্রো ? নিরমালা, সংসারসিদা মপুং ফাবা করিবু লৈরবগে ? ইনাক খুনবা, মীগী ঈ খুজোক খুজোক থক্না ইথৌ লাংবা কোক্লিবা কমদোং কয়াইবা কয়াগীস্তু অরাবা লৈবনে, শুপ্পুংগী পোদোনগী মৈঙালদা থম্মোয় থম্মোয় তিম্নরা হীংমিন্নবা পুন্সিদো মহুগী নুংঙাইবা মহুগী থাক নহাক থংত্রত্রা ?

— ঐহাক নহাক্কী রাঙাঙদা তাহুনা লাক্লবনে। নংগী পুন্সিবু ঐনা কয়ারক থনগ্রবনে।

— অহুদি ঐগী ইনাক্তা লাক্লগা মাইথিগনি থংলবদি করিগী মকম অসিদা য়ুম পাল্লকখিবনো ? পোদোনগী মৈরীনা নমায়দো তেজালি পক্না মুশিনগনি খঙলবদি মোন্দ্ম মোজেকী মঙলান্দা তাওহুনা সহরগী দলান্দা খোংদাকয় খিরম্বা য়াদরো ?

— ....মতমহুদা নংগী পুন্সিনা অস্থক থিনা শোক্লমগনি হায়বদি ঐ খল্লদে, নংগী ঈশৈনা, নংগী কবিতানা ঐবু ঙাওহনখিবনি।

— নিরমালা, পুন্সিসে অওনবা নাইবনে, খোংকম খুদিংগী অচু হোংলবা তাইবঙপানে। লৈমি লৈমিবা মকমহুদা পুন্সিগী চাম্নবা অহুম শেমসি। অহুক হাক্না শাওগহু। রা য়াম্না ঙাংগন্নু, খিজং

খিজং ঙাংউ, ঐনা পাম্বদি নং-ঐ থম্মোয় তিম্নবা। ঐগী থোংলোয় অমা ওইনা নংনা ঐবু থাজবা অহুখ্রকনি।

তশেংনা ঐ নিরমালাবু কী, মাগী পুন্সিদা অরাবগী মমি থক তানিংদে। ইজৎ, ময়েক মহাও খোকপা পুন্সি ওইহন্দবগীদমক ঐবু তন্তনা য়েক্নবগুম থনবা ঙমলকইবা চিংনদবা ঙমদে। চুম্মী, মহাক নুংঙাই য়াইকবা ইমুংগী মচানি। গুপ্ততংগী কোলেজগী পুন্সিদা চঙ্গী অমতং থঙনরবা মতুং মকমসিদা লাকখিবনি। হোয়, মতম অতুদা ঐহাক লাইরিক কয়কই, ফি নাল্লকই, ময়ামগী থম্মোয় কয়া শুমননবা ঈশৈ শক্লকই, কবিতা ইরকই। তশেংনা নিরমালা পুন্সিদা য়াম্না নুংঙাইবা পাম্মী, হয়াও তয়াম্বা পাম্মী, মতমমতুগী ঐগী পুন্সিহুদা মহাক তশেংনা কল্লকখি। লোয়ননা লাকখিবনি। ঙসিদি ওয়-তৈনরম্লে, ঐগী কবিতাগী মহুত্তা চাবা কংদবগী মৈচাক, ঐগী নুংশিবা শক্নী মহুত্ত। লাইয়বগী শক....। অহুবু মসিদা ঐ ভুং কোইনা লৈরক্রা.... ? মহাক্না হায়রিবসিস্নু ঐ য়াই— চাওখৎপা ইজৎ, ময়েক মহাও....। সমাজসিদা চাওখৎপা হায়বশিবু করিনা ওইরিবগে? হাৎনৈ, শুনৈ, হুয়াম্লৈ, মীনম্লৈ। অঙম্বহ্নুনা ইজৎ চাওখৎপা—। মোৎপদগী মোৎলবা ঐগী সমাজসিগী ময়াই তাংবন জোনবগীদমক ঐগী নুপীনা ঐগী পুন্সিবুস্নু কান্সি তৈশিন্দ্রনা হুয়াল্ল হায়রি ; মী হাৎলু হায়রি।

নুমিৎ চুপ্পা অমা রিম্লে। খৌরুবগী অরাবদো মাগী অয়াকপা অকনবা রাহৈশিংহুনা পুন্নমক হুমদোকগ্রবগুম তৌরি। মতুগী মহুত্তা ইশাসিদা চময়বা মথা শাবা কয়ানা মথং মথং লাযশিল্লক্রি। ঐনা পামজবদি ঐনা থবক চৎলুরগা রানা হল্লকপদা হয়াও হয়াওনা সেবা তৌবিবা। পুরকপা খরদো খোং থাক্ত্রনা চারগা পুন্সিবু ইচম চমহনবা শান্তিদা লৈনবা। মানা শাযনা ঐনা তলব চারগা মীতোম্বগী শেল চাহুনা জীপ কার তোংবা, প্লাণ কয়ানা থলহল্লগা ঐবু মাগী মপুরোইবা ওইনা থমজবা—।

লেন্দ লেন্দনা চাক চারে, তুম্নবা হোৎনরে, তুম্বা য়াম্লে। ঐ হৌজিক মঙোন্দা রা য়াম্না হায়নিংলি। তুমলিবা মাবু হৌ-দোক্লুনা পুন্সিগী নীতি নিয়ম কয়া, সমাজগী চৎনবী কয়া ময়েক শেংনা থিংথোকনিংই। অমুকস্সু মুংশিরকই মুপী ওইবীগী য়ুম্বালকপগী মাগী পীবুকমুংদা লৈরিরা থা ৬ গুরক্রবা মীতমজিবা অঙাং—। লাজিরসি কনারো? ঐ B.A. নি, লাইরবী ইমানা মীগী খুলং কুমহনা, মীগী য়ুমদা হাজিরা ওহনা রানা ঈহৈ তমহনকপনি। লৌ লৈতে, ওপ্পতংগী পাবুংনা থম্বীরম্বা অপীকপা ইথোক্ল, মসিদা লৈরিবা পীক্রবা য়ুম। অদুগা থবক অমা তৌবদনা Post অমদা লুপা লীশিং য়াথৈ, থরা চাওখৎপ্রগনা লীশিং মরিফু। মতম অমদনা ইয়াগা ইবানিখক। লৈরবস্সু লৈত্রবস্সু চরা অমনা লেম্হনো অরা অনা শরুক য়ামিয়হনা ঈহৈ মতীক চানা হৈহন-বীরকপা। হৌজিক্লা মৌ অমা, ঐগী মুপী। মতীক চাজিংউ পুজিনা রাজিংউ মীকুপ য়ুমপানবগী চাওরবা পোৎলুম। অদুগা নীংবা থুংদে কক্রবা শেংহন্দে... চরা হেল্লি, ইজৎ লৈতে হায়রবা দাবী কয়া।

নিরমালাবু শাওনিংলকই, ফুক হৌগৎতুনা পোদোন থানগৎলগা ইশি শিনা তুমলিবা মাবু মুন্না য়েংলুই। ....ওহ! কয়াদা থরবা মাগী মায়থোং। মুংঙাইবা য়াথল থরবনা মুংজানহনভা লেমবী, অনৌবী মাইথোংদা অমকপা লাক্লিবী ঐগী মুপী—। ভগেংনা মুংশিরকই। ওসিদি মনাক্তা চংহনা তুমলুবস্সু ওমল্লে.... মাবু ইকোয় কোয়রে...., ইরাং থাংলবী চীক্রবা অহিংগী মতমসিদা ঐনা ঐগী নিরমালাবু তগেংনা কীজরে। ঐ মাইথিরত্রা নত্রগা মাইপাক্লিত্রা?

থনবগী লোইবা লৈতে— থনবগীস্সু কান্নবা লৈতে— ওন্নীমথৈ হীংবা তাই; ওন্নবনা শিবা তাই। সহরগী লম্বী য়াম্না পাকই, শাংই দলান মথোল অথোল লৈ মী কুংনা চৎলি মুংঙাইবা থরবা তাঙ্কা উই অহুম্ অরাবা থম্মোয় অমনা শেল শীকী অমতং-কিরবা মতমদদি থিনা থিনা চৈক্কল্লি। শীকী পীবা পোৎ অমা চাদবনা

কংলবী মহাক অদুনা হুযাল্লুবা তারগদি থিনা থিনা ফুবীগনি। মতুগী মহুত্তা ওকুবী ওইদুনা অহিং শেল তাল্লবা নত্রগা কালাবাজার তোদুনা শেল তাল্লগদি চৎনবীনা, মীয়াম্না করিস্মু হায়রোই।

ওসিদি রিক্সো ড্রাইভর ময়াম পুনশিল্লগা মরুপ তৌবগী শেল লুপা ৬০০ ঐঙোন্দা কাওই। রাখল্লসিদা খল্লকই। নিরমালাবু হুয়েংদি ডাক্তরদা কজনা য়েংখোকলুগে। রারবী মাইথোংদো খজিক্তুং মকা লাম্নবা মাগী কি কজবা অমতংগা, ওা মচা অমতংগা লৈখিগে। ঐ মাগী নীংবা খ্ংনবগীখক খনবদা য়াম্না রাই। য়ুম পাল্লবী মুপীনা মাগী নীপাগী অরাবা খংদবা, মাগী নীপানা মরু ময়াং তেকপমখৈ শুদুনা হীংননবা হোৎনরিবা, মসিদা অরাবা পোকপীদবী নিরমালাদা খজিক শাওদে হায়বদি ওমলোই।

য়ুম য়োরকপদা ময়ে, রাবনস্থ তপ তারে অদুবু নিরমালা ওসিদি ঐঙোন্দা শাওদবা য়ারি — মুমিদাংগী মৈ চুখৎলমজ্রি মাঙোল ইচাই চাইবগুম মমি শামি উঁরি।

— হৌজিক করি খল্লিবগে ? মমা লাকপদা মচানুপীস্থ য়াওনা চৎগ্রে।

খাই লাওই, মাঙোলগী দারী মচিন্দা খোং-খুৎ তিংথোকুন্না কমজিবা ইমানা থম্যোয় শোক্লা হায়রকপনি।

— করিবো ইমা, মাবুয়ো চৎগ্রে হায়রিবসিবো ? কৈদৌবগী মাদি হৌজিকপু !

— তাংকমদুদনে চৎগ্রিবসে, মমাদুনা কয়া ওাংলমজিবা, ইজৎ লৈতে, য়ুম পাম্নি হায়বা খংলগা মী ওইলবদি হোৎনদে....ইচাসে কংদুনা মাংলনি....অস করি করিনো।

— মাদি করি খুদ্মী ইমা, করিমত্তা হায়রন্দরা ?- - - অদুম- - চৎখিবরা ?

— মমাগী মচানিদনা, নিরমালাবু নংনা অকবা মুপী, ওনিংবী মুপীনি হায়গে হায়রিবরো ? নংনা অম্মুক রানা হোৎনরিবা, মসিদা

মানা মপুরোইবনি হায়দুনা খাগৎপা য়াওশ্রবয়ো ? ইমুংসিগী মী নত্তবগুম মানা ঐখোয়বু খিনা খিনা চৈরক্লিবা নভ্রো ?

ইমাদো মখোল খোক্লা কপলে, মশাস্থ নিক্লে, কনমক য়ারক্লবস্থ মীগী মখা থানা হৌংউ য়ারকত্রবি, মীগী মকাদগী শেল শিকি অমা কাওবা হাৎলকত্রবি ইমা থম্মোয় শোক্লে। ঐগী খুত্তগী পোৎশিং করম্বা মতমদা কদাইদা তাখিবা নীংশিংবা ঙমজ্রে। নিরমালাগী নিয়ম নীতি খল্লবগা ফজনা মথা শারকই, পুক্লিং সুংশিরকই।

হৌজিক মানা পামলিবসি করিনো ? মমাগী শক্তম নকশিল্লক্লবি, মপান থোকপা য়াশিল্লক্রবি মানা হৌজিক পামলিবসি করিনো ? অনৌবা নীপা অমা খিহুনা জীপ কার তোংহুনা ফুরা-দলান মখাদা লৈবহুরা.... ? সুপৌনি হায়বা কাওথোক্তুনা নীপাগুম্না কোইচৎ চৎতুনা ইজৎ তাল্লিবনি, চাওখৎপা থিরিবনি হায়হুনা থিবহুরা.... ? মাগী মমিত্তা ঐবু কমদৌনা উরিবা ! চহী অমগী মতমসিদা মাবু বন্দিদৌনা ঐনা থমগ্রত্রা ? করম্বা অওনবনো.... ? ব্রাখলগী অমকপা হেনজিল্লকই, অশাওবগী চাং হেনগৎলকখি, অয়োইবা ওইনা মাবু অমুক্তং কৌরুখিগে, করিগুম্বা য়াত্রগস্থ মাগী অপাম্বা অনিংবদা ঐ খিংলরোই খল্লগা ঐগী অরাবা পোৎথানবা হোৎনরি।

উচিন নাচিম্না মাগী মনাক্তি য়ৌরে। মমাদো থেংনগত্রা খল্লা নীংজিং মাংজিল্লকপনি। অহুবু লৈরমজ্রে, মথত্তমক করিস্থ নিংঙাইদনা নিরমালানা মকমসিদা...। সুমিৎ ৭ নিগী মতুংসিদা মানা লাক-মনগ্রবসিদা ঐ মাগী অয়োইবা রা তানবা লাকপনি। ঙসিদি মাগী মমাংদা ইনিং তমনা লেপতুনা থম্মোয় তিংনা রা ঙাংনবগী মকম পীদবগুম তনিক তনিকই। কুইরবা শাংলবা মতম অমা ঐগা য়ুম পানমিন্নরকই হায়না নীংশিংলুরগা ঙসি ঐনা তৌরিবা মওংসিদা ইথমতা পাংদে হায়না নিন্দা তৌই।

— চৎননবা তৌরসি, লোইশিল্লো.... তাংকমসিদা অঙাং মচা তানগুমসি।

— ঐ চৎপা ঙমলোই, মকমহুদা লৈরবদি ঐদা নত্তনা পুক মনুংদা য়াওরিবা অঙাংসি কাওবা তাইবঙ কাওত্রিদৈদা শিরনি।

— অহুক কম্না রা ঙাংলিবা করিগীনো? ঐসিবু নংনা করিনি খল্লিবনো?

— নংদি মাইথিরবা লাম্নীনে, নংবু মী ওইরিব্রো? য়ুম পাল্লগা অহুক থৌনা হম্বনা লেল্লিবা নংগী পুন্সিহুবু ঐনা থাগংকম থোকপরো?

— নংনা পামলিবসি করিনো? ঐবু থাদোক্লগা নহাক মকম অসিদা ওক্কবী ওইনা লেনগে হায়রিবরো? ঐবু অহুক শাথিনা খল্লিবা নহাক অনৌবা নীপা অমা পামলব্রো?

— রা অহু কনমল্লে, রা খিত্তং খিত্তং ঙাংঙো ঐঙোন্দসু হায়-খিবদাই নংসু শাওদবা তশ্নো, পুন্সিসে লাইনা অহুম হিংশিদা....।

—করে, ঐ শাওররোই; অদো হায়রো নং চৎকত্রা চৎলোইত্রা?

—ঐ মতম খরা মকমসিদা খল্লকখিগে, ঐসু পুন্সিসিগী খনবদা তশেংনা কপই। ঐবুসু হৌজিক্তি খরদং নিং-তমহল্লু।

— নংনা নিংতম্বা হায়রিবসি করিনো, নিরমালা.... নহাক হৌজিক কনাগী মথাদা হীংলিবা পুন্সিনো?

— ঐঙোন্দা করিমত্তা হায়রম্ন···· মতম খরা ঐবু থাদোকউ। মসি ঐগী অপাম্বনি।

— করে, ঐ চৎলগে, অদো নং মসিমখক্তংদি নীংশিংউ। নুপীনা ইজৎ অমদি চাওখৎপা পাল্লক্লিমথৈ মখোয়গী পুন্সি লৈখা তারকই। মমা ওইগদোরবী নুপী অমনা মপুরোইবা থাদোক্তুনা চাওখৎপা থিরিবদো মহুগী কত্তবা য়াম্না লৈ। নিরমালা, লোয়ালমগী মুংশিৎ মরক্তা পুনসিবু মরীক চুম্না লেলজরকপা ঐদি মীওইবগী পুনসিসে চপ মাম্নবনি খল্লি। শেল পাইরবসু হীংমিন্নবদা থম্মোয় তিন্নবা হায়বহুদি লৈহুনা কংদে। নংগী থম্মোয়না চৎনবীগী মশক মচু কয়াদা মীৎ থক্তুনা ঐবু তোঙাম্না উয়গদি পোথাকম খিবা খিত্তং রাগনি।

ঐ মথা তারমঙ্গে, নুকথহৌরবা মাগী মায়থোংনা করিবু হায়নিংলমগদবা ঐ থংলক্লে। কনমক থম্মোয় কনবী ওইরগনু মপুরোইবগী অরা মপাও তায়গদি পুক্নিং খজিক পেৎথকম থোকই। মহাক নীংশিংলমলোইদ্রা, অঙোবা কুন্দো পায়দুনা অঙোবা মীয়াম মরক্তা ঐগী ঙকশমদা হুকখিবা লৈ পরেং, পুনসিদি অঙোবা কুন্দো পরেংদো নত্তে। মহুনা মতৎ মতৎ মাংগ্রবদা ঐখোয়গু মাংগদবা নত্তে, শুপ্নতংগী নুমিৎ অহুদা থম্মোয় অনীবু চেৎনা পুনশিনবিদুনা সংসারগী অরা নুংঙাই ঈপাকসিদা মা—ঐগী লেঙলরোইদবা কমকম অমা কমদুনা থম্মোয় অনীবু ইচেন ইতিন্নহন্দ্রনা পুনসিগী থবক থৌরম য়াৎহনবিখিবা—মদুখক্নি। তশেংনমক নিরমালা ঙসিদি মহুগী ওন্ন-তৈনবদা লৈরে।

— ইমাগী ইবুংঙো, নহাক নুপীদুগীদমক করিমত্তা মথা শারুগনু, পামদদনা চৎগ্রবনি, চৎখ্রবদি থল্লৃরনু, কমদৌনি অঙাংহুনা হয়েং তাইবঙ ফাওরকলবদা হেক লৌরুরগা লোইরেদনা।

....নিরমাল', নহাক পুনসিসে খজিক্কং কুপশিন্না য়েংসদি রাৎল-মাল্লে, শুপ্নতংগী মপাম্ভোংগী দৃশ্যদা মীৎ থক্লুনা ঐবু নিংখিবা রাৎলবা খোঙলোয়গুম নহাক্না উরিবা মহুনি নুপী ওইবী নংগী খ্বাইদগী অশোইবা, হায়রুবগী কান্নবা লৈত্তে, পুন্সিবু করিনো হায়না হংলক্লবদি নংসু মহুগী পাওখুম পীবা ঙমলোই, শুপ্নতংগী মতেক খজিক্কী পুন্সিসিদা নংনা নুংঙাইবথক্কং থিনবা হোৎনবদা নংগী ইজৎতি লৈখা তারি! নংনা বন্দিশঙনি খল্লিবা ঐগী লাইরবা থাংপোকসিদা পুন্সিহুনা মোং হাদনা লেনবা ঙম্লগদি নংগী নুপী ওইবিগী মগুন অয়োবী থাক্তা রাংবসু য়াই। অদুবু নংনা চাওখৎপা অমদি নুংঙাইবা থিবদা নংগী লাপ্নগ্রবা নয়মহুদা লৈরুবনা নংগী পুন্সিগী গুন কদাই কাওবা মাংলিবা-। হায়য়ু ঙসিদি নহাকসু অথেংবা অহিংদা নংনা লেল্লিবা য়্রমহুদা তুমিন তুমিন কপতব্রা? অদুবু ঐগী লাইরবা থাংপোক্লৃদা নংগী হকচাংনা পোথাকম ওইরম্নবদি নথম্মোয়গী অপেনবা কয়া কংহুনা নংগী পুরিং হেন্না চাওথোককম লৈয়োইব্রা?

—সেপ্তেম্বর, ১৮

# অহিংগী অঙৈংবা নুংশিৎ

—রানী ঐ হন্দক ভোট লেপপে খল্লি। নং ঐগী ইতেং পাংউ।

রানী লুকথদুনা তাই। হায়কেত্তং ঙকখি। য়েংখৎলকই রাদি ঙাংদনা মহেন্দ্রদা, মখা তারকই।

—ঐ ভোট শোইদনা কাগনি প্রজানা ঐবু য়াই, শেলগী অরাবতংনি ঐনা কিবা।

মুখিদাংগী পুং ১০ তারে, পুংচিক চীকই, মবাম্লিখক্তনি য়ুমশিদা। রানি তপনা রা ঙাংলকই।

—ভোট নত্তবা অতোপ্পা থৌরাং অমৎতা খন্দবরা ?

—মসিমক ঐগী অপাম্বনী, অনিংবনী, নংনবু মতেং পাংলগদি ঐ ভোট কাগনি।

মহেন্দ্রগী রা হায়কেত্তং কনখি। রানীবু ইকাইখুম্নবস্থু উৎখি। রানী মহেন্দ্রবু থেম্বা য়ারয়োই খনগ্রমাল্লে লূমনা হায়রকই।

—অদুদি ঐনা হায়জবা অমতং নহাক য়াবীগদ্রা, মদু য়ারগদি নংগী মতেং চাওনা পাংবা ঙমগনি।

মহেন্দ্র অচৌবা থিকাদারনি, কারবাররালানি। তশেংনমক থিকা, নত্রগা কারবার তৌবশিনা মহাক নিংবা থংদে। মহাকনা অচৌবা ওফিসতা চংদুনা মন্ত্রী ওফিসার কয়াদা হায়জবা, নোনজবা মহাক পামদ্রে। হৌজিক মহাক শেল পায়রে। মীয়াম্না শক খংলে, ইকাই খুম্নরে। অদুনা মহাকস্থু অচৌবা মন্ত্রী ওইনিংলে। মহাকী খুৎতা লৈবাক মীয়ামসিগী শেল কয়া লাকহন্নিংলে। মদুগীদমক মহাক ভোটকী রাখলদা তাওদ্রে, লুপা লাক্ষ লাক্ষ খরচ তৌদুনা মহাক ভোট কাদবা য়াদে খনদ্রে।

রানীগা মহেন্দ্রগা য়াম্না নকৃবা মরী ওইল্লি। তৎলয়োইদবা কিশি অমনা করিস্থু কিশিল্লি। মহেন্দ্র শেলদা অদুক খোইদাবতা

নত্তনা নুপীনু পামজে। মাগী য়ুমদা লৈরিবি নুপীগী মথক্তা খুন কয়া লায়া থমলিবি নুপী অতোপ্পী মশিমক্তা মাবু অদুক শেংই হায়বা য়াদে।

রানী কোলেজগী লেকচররনি। য়ুম্বানবা থা তরুকথক্তা ঙাইরিঙৈ মাগী মপুরোইবা খংহৌদবা লম্বিগী থৌদোক অমদা লৈখিদ্রে। মপূ-রোইবদি অচৌবা ওফিসাররনি, অচৌবা থম্মোয়নি, অদুবু মাগী অশেংবা, অপেনবা মীনুংশি রানীনা থম্মোয় পেন্না ফংহৌদ্রে। ইথৌ লাংবিগী শক্তম লৌ মপাং কাইনরবা পুন্সিদা অরাৎপা অমা অদুম্মক লৈরগদবগুম থম্মোয় শোন্না মপামদা হল্লকখি। অদুবু মপুরোইবগী কংকম থোকপা লন থুম কয়াদি রানীনা মতিক চানা কংখি।

মপামদা লৈরবা মতুংদসু ইকুই কুইদনা মাগী অমৎতা ঙাইরবী অশোনবী মমা শিখি। পুন্সিদা শেৎনা খাইনবতনা মাগী পুন্সিবু থৎলিবা। মীকপ তেংথাখোল কয়াগী মরক্তা মথন্তবু মথন্তনা নিন্দা তৌরকলবা অদুগুম্বা মাগী থম্মোয়, চহি কয়া তুমিন্না থাংহনা লাক্লি।

চহি ১ গী মমাংদনি মাইকৈ লৈতবা অওনবা অমদা রানিনা মহেন্দ্রবু থেংনখি। মহেন্দ্রনা মহাকপু পামখি, খনখি। রানীনা মহুদগী নাথৈবা ঙমখিদে। মথন্তা ঙাইরবা পুন্সিদা নুপী লৈরবা, মচা লৈরবা মহেন্দ্রদা য়ান্নমক থন্নরুবা তৌদনা মহাক্কী পুন্সি খোঙবু ওইননবা অয়াবা পীথোকলুই। মহেন্দ্রগী নিংবা থুংখি।

রানী পুন্সিদা য়ুম পাল্লরোই হায়নদি খনখি। খন্না খন্না নুপী ওইবীগী অওনবা, অহোংবা কয়াদি কাজিন্দুনা থম্বদি ঙমখিদে। মহুগী মপান তাংহনা মহেন্দ্রনা রানীবু নুপী অতোপ্পী ওইনা থমলি।

মহেন্দ্রগী লন থুমদা রানী অদুক হাকনা কল্লকপদি নৎখিদে। হৌজিকসু মহেন্দ্রগী লন থুম মহাক্না শোকলুদ্রি। অদুবু মহাক্কী পুনসিনা য়ুম্বানবগী লমদা খোঙদাহনা অমুক হন্না মহাক মীগী ওইদ্রি।

মহেন্দ্রদা য়ুম হেক পানবদগী রানী ঙসিকাওবদা নীংবা থুংদবা অমদি অদুম্মক কোনহনা লৈরি। মসিনা মঙোন্দা মৈগী চৌং অমা কোনবগুম লৈতাদ্রে। মীপাইহল্লি। অমুক কুইবসিদা অরাবসি কোকনবা দাবীতা তানহনা লাক্লিবনি।

মহেন্দ্রনা রানীবু ওসিকাওবা মাগী ময়ুমদা পুশিল্লি। সমাজ মীমাংদা রানীবু মহেন্দ্রগী নুপীনি খঙহল্লবস্তু সমাজ মমাংদা মাগী ময়ুমদা থমহুনা অসিগুম্বা নুপী অমবু লৈহনবদি পামদ্রি। রানীগী ময়ুমদা, অহীংদা, নুংথিলদা, মাগী অপাম্বগী অনিংবগী মখা পোম্না ফোংনা নত্রগা লোম্না লাকই, অহিং কয়া লেকই।

মসিমক্তা রানীগী থম্মোয়বু তত্তনা চীংখাইহল্লি। মশেল মরাংগী রাখল কয়া লাকই। মথম্লতা তত্তনা হংলি। মপুরোইবা মহেনন্দ্রদা তত্তনা হংলি।

— "ঐবু করিগী নংগী য়ুমদা পুশিনবীত্রিবনো? নংগীদমক লেপ্লবা ঐবু করিগী নংনা ননাক্তা থমনিংত্রিবনো?"

মসিগী পাওখুম মহেন্দ্রনা রানীদা পীদে। লুকথহুনা তাই। নাকোইননা হেক্তা পুখোকখি। মসিনা রানীবু নীংঙমদবা কয়াগী ইপাক্তা লংথরকলি।

মহেন্দ্রগী নুপী অতোনবী ওইরবা মতুং নোংমা রানীনা তাখি, মহেন্দ্রগী ইমুংদা অচৌবা লাপ্পাও থোক্লে। মাগী নুপীনা মহেন্দ্রগী মায়োক্তা থবক কয়া চৎথরে। মচাশিংনা মহেন্দ্রবু খিনা খিনা চৈরে। নুপী অতোনবীগী রাথোক্তীদমক মপাগা মচাগা থাং পায়নরে। মুমিৎ খরনিগী মতুংদদি মহু নেমথখি। অচৌবা রাথোক্তী পাও তাখিদে। অহুবু মহেন্দ্রদি অহুম্মক রানীগী মনাক্তা তত্তনা লাকখি। কয়ারক লাকলি।

নোংমা মঙ-ওই হা-ওই রানীনা মকম অমদা হেক্তা তাখি। মহেন্দ্রনা রানীবু য়ুমদা পুশিল্লকত্রবদি চহী চাম্মা মহেন্দ্রগী নুপী ওইরবস্তু য়ুমগী নুপী অঙাংনা শাওদে, য়েৎতে।

থা অহুম হৌত্রে, ভোটকী মতম নকলক্লে, মহেন্দ্র শোইদনমক ভোট লেপ্লদা তারে। মহুগীদমক মথৌ চিল্লে, ময়ামগীদমক থবক থৌরম কয়া পায়খৎলক্লে। মহাক্তী ঠিকা, কারবার থাদোকত্রে। রাজনীতিগী লমদা অচৌবা নেতা ওইহুনা মীয়ামগী মীতিং, মীয়ামগী অরা অনা সেবাদা মায় লুপশিনত্রে।

মহেন্দ্রগী ভোট কাননবগীদমক মহাক্কী মাইকৈদগী অচৌবা থবক কয়া, অহেনবা খরচ কয়ানা অঙকপা কংনগ্রে। মীয়ামনা ঙমদবা থবক তৌহুনা মানা মহুদা পেগ্নহুনা মাগী মঙলান কয়া শাগৎগ্রে।

মতম কুইনা তুংশিল্লকলবা মাগী লন-থুম, প্রজা কয়াদগী খোমখিবা অচৌবা শেনকম কয়া মাগী ভোটকীদমক কাইখ্রি। মথং মথং চৎখ্রি। ভোটনা অসুম নকশিল্লক্লিমখৈ মাগী থবক থৌরম কনশিল্লক্লি, মাগী মী অঙকপা কংনা হেনগৎলক্লি। মহুগীদমক মহেন্দ্র লুপা লাক্ষ লাক্ষ খরচ তৌবা লেপ্লা য়াদ্রি।

মহেন্দ্র শেল রাৎলকপগী মমী উরক্লে। অসুক চিরিঙৈ তাং-কমসিদা শেলগী অরাবা মায়োক্লহুনা মাগী চাওরবা আশা কায়বদি মহাক শিবা কাওবা য়ারি। মহাক্কী শেল চংনা হৌগ্রবা থবক অসিগীদমক মখল মথেল কয়াগী মওং মতৌ কয়া উৎপা দরকার ওইরি।

শেলগী লম্বী থিরকপদা নত্রগা শেলগী অরাবা তারকপদা মহেন্দ্রনা রানীবু নীংশিংদবা য়াদে। রানীগী মকমদা মহাক চংবা তারি। হায়রবা তারি। কনমক মাগী মুপী ওইরবসু মহেন্দ্রনা রানীবু ময়মদা থমহুনা অপেনবা, মুংঙাইবা কংহন্দবনিনা রানীদা হৌদোকগ্রবা রাফম ওইগ্রবসু মতাংসিদা মাগী অপাম্বা নিংতমনা হায়বা ঙমদে। মুপী অতোনবী ওইরবসু রানী লেকচররনি। লল লৈবীনি। মীয়াম্না কজনা ইকাই খুম্নরিবীনি।

রানী মহেন্দ্রগী থবক থৌরম খংদবা নত্তে। উদবা নত্তে। অহুবু মাবু ইম্বোকপীরিবা, মাগী মকমদা থৌনা উৎত্রিবা মপুরোইব-গীদমক মহাক নিং তমনা রা ঙাংদ্রি, মতেং পাংলুদ্রি। করিগুম্বা চাংয়েং অমগী মখাদা রানীনা মহেন্দ্রগী মকমদা মতেং পাংগনি হায়বসি রানীনা হৌজিকসু চেৎনা খল্লি।

অহিংনি, রানীগী মুমদা মহেন্দ্র লাকই। মথমতা, য়াম্না লোম্না। মতম থরসি ভোটকী অকনবা থবক্কা। নত্রগা করিগুম্বা রাথল অমনা

মহেন্দ্রনা রানীবু কাওথোকপগুম উহল্লকই। রানীন নত্রগা মহেন্দ্রনা মতাংসিদা করি করি খন্নদুনা তোঙাম্না তানবগুম উহনবনো হায়বদুদি কনানসু খঙনদে। মখোয় অনিসু খংদবগুম তৌই। অদুবু মীয়ামগী চাওয়েংদা মহেন্দ্রনা অচৌবা থবকতুগীদমক রানীগী ময়মসিবু থাদোক-পনি হায়না খল্লি। কুপশিন্না য়েংলগদি মহেন্দ্রনা রানীবু অহিং অমত্তা কাওরমগনি হায়বদি থাজদে।

মতম খরগী তুংসিদা রানীনা মহেন্দ্রবু উবদা করিগুম্বা রাখল অমদি শোইদনা খল্লি। অমুকসু মুন্না য়েংই। মহেন্দ্রগী মাইথোং, মহেন্দ্রগী ফীজোল। ঙসিদি মপুরোইবা পুঙহোং হোঙলি। শেলদা অদুক মীকাবা, অচৌবা রা ঙাংদুনা মীবু নমথৎবা অদুগুম্বগী মহুৎতা অচম্বা, অশেংবা মীওই অমগী পুন্সিগুম।

অহিংগী মতম খুদিংদা, ঈরাংগী থবক থৌরমদা পামজবা, অদুগী অপেনবা রানীগী মফমদগী লৌদুনা মশাবু পেনথোকচবা অদুগুম্বা মহেন্দ্র ঙসিদি রানীবু চিংশিনবগী মহুত্তা, মথা শানা——

— রানী, ঐগী থবকসে মায় পাকহনগে পাকহল্লোই নংগী খুৎতা লৈরে।

— করম্না!

য়াম্না পাখৎপা অমা লোইনদুনা রানীনা মহেন্দ্রদা হায়রকই।

— প্রজাগী অপেনবা ফংনবা হোৎনবদা ঐগী শেল, লন-থুম লোইশিনগ্রে, হৌজিক্তি ঐগী নুপী অমা ওইনা নঙোন্দা হায়জবা তারি।

মহেন্দ্রগী রাদা রানী খংয়েং য়েংই। অনৌবা অওনবা অমদা মাগী মায়থোং খংওন ওল্লি, করিগুম্বা অমা মুন্না খল্লবগী তুংদা,

— হোই, ঐ নংগী নত্তেং চাওনা পাংগে নংগী থবকসিমক মাই পাকহনসি।

— মহুম্মক তৌসি রানী,

মহেন্দ্রগী মায়থোং মকা লামই। রানীগী মখুৎপু মুংশিনা চুপই। মখুৎ লৌথোকতুনা রানীনা লূমনা শমথরকই।

— অহুদি, ঐনা মতম কুইনদগী হায়রকপা মহুতং য়াও, ঐবু নংগী ননাক্তা পুশিন্দুনা পুন্সিশিমগী থানদবী নুপী ওইহল্লু।

নোকলম্বা মহেন্দ্রগী মায়থোং, চাওথোকলম্বা থম্মোয় খংমক মকশিনখি। লুকথখি ; তুমিন লৈখি। রানীদি মোমোন নোকই। মহেন্দ্রগী মায়থোং থাঙ্গৎতুনা।

— নুপা ওইনা পোক্লগা অহুক থৌনা য়াওদবা নংদি করমনা প্রজাগী অকম্বা ভার পুগদগে ? ঐবু নংগী নুপীনি থমনিংজ্রবদি নহাক মকমসিদগী লাপখ্রো।

মহেন্দ্র রানীগী রাহৈদা ঙকই। রানীবু মুন্না য়েংই। থৌনা লৈবা মীনোক অমা নোকতুনা নুংশিনা চেজেৎ কোনশিল্লি। তপনা তপনা থাদোকতুনা,

— ঐ নঙোন্দা মাইথিরে, ঐ মীকপ থোক্লে রানী। নংনা হায়বা খুদিং ঐ য়ারে। হৌজিকমক ঐগী য়ুমদা চৎলশিরা ? নংনা থাজনবা ঐ তৌ হায়বহুতা তৌরগে।

মহেন্দ্রগী মচিন মেনশিল্লি। রানী লুকথখি। মাইথোংদা অপীকপা মীনোক অমা লোইনখি। মহেন্দ্রগী মথাদা ঙাথহুনা তপনা হায়রকই।

— দরকার লৈবা শেলহু কয়ানো হায়রো। ঐগী অঙম্বা পুথোক্লুনা শিল্লসি।

রানীগী রাদা মহেন্দ্র থাংকম খংদবা নুংঙাইবা অমা ফংবগুম তৌরি, রানীনা মখা তারকই।

—নংনবু পুকচেল তিংলবদি ঐ করিস্সু খন্থদে। নংগী থবকনা মায় পাক্লবা মতুংদা, মতমহুদা ঐ নংগী ননাক্তা লাককে। হৌজিক্তি মরাং মরাংলিদনা।

চিক্লবা অহিংগী অঙ্গংবা নুংশিৎনা রানীগী ঈংলবা রাহৈশিংবু মহেন্দ্রগী থম্মোয়নুংদা অতৎ অখম য়াওদনা শিৎচিনখ্রি। মহেন্দ্র রানীবু নুংশিনা চুপই। থাংকম খঙজ্রবা অনৌবা নুংশিবা অমনা রানীগী মকমদা ইখৌ লাংবা ওইরুহুনা চেৎনা কোনশিনখি রানীনা মহুগী মত্তীক চাবা পাওখুম পীখি। —দিসেম্বর - ৯৫

# শীংনবা

অহিংগী তুমকম কাগী মীহুৎথোঙ হাংদোকতুনা পীরুবা থাওমৈ অমতং থানদুনা প্রবিন চৌকিদা ফম কবিতা অমতং ইননবা রাখলগী অয়োবী থাক অমদা কলম থাননবা হোৎনরি।

ময়াই কারবা পৃথিবীনা শ্বর ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা অশিবগুম তুমলি। মীওইবগী তমথিবদা, ঈ থাংলবা সমাজগী চয়েৎনবা মতৌদা পৃথিবীনা অমুক অমুকস্মু মংলারুরক্লি। মংলারুবগী লোইবা লৈত্রবা তাংকমসিদা পোখাকমগী ছন্দ কদাইদনো ? কদাইদনো নংগী শান্তিগী খোংচৎ নত্রগা নাউশুমগী মুংশিরবা শৈহেক। মীকুপসিদা পৃথিবী মংলারুদুনা শিরবা য়াই নত্রগা খোরী চরম মেৎলবা অনাবগুম লাও খোংলকপা য়ারি। খল্লু খল্লুরগা প্রবিন, অহিংসিদা হুমাং অনপ্পী কারক্লি, খুৎ নিক্রক্লি লোইননা শ্বর ফুইনা ফুইনা হোল্লক্লি। মপু-রোইবগী মতৌসিদা কাংখল হায়থদনা লোংনা হৌপ্লিবী, অহিংগী ইরাং পক্লবী বাবিতা মপুরোইবনা তুমথবা ঙাইরমবদগী মীৎ উইশিনগে তৌরম্বা খংশিং শিংগৎলকই।

— করি তৌরগে ?

— করিস্মু তৌদে।

— ঙশাইনা তুমলশি হায়বনি, কলমবু পাইগ্রবদি মীগা উবি-পোৎতে।

— তুমনিংলবদি তুমথোক্লো, মঙ কুইনা মঙনবা।

— শুকতুম তুমলোই, ওফিসতা হেক উইরগা ফগদবনি, মীনা ঙাংননবা।

— অদুদি লাও ইনাক্তা, অহিংগী দৃশ্যসে য়েংলু লাও।

— কান্নদে তুমলশিবা, ঐ য়াম্না তুম্নিংলে, হয়েংস্মু ঙন্না চৎকদবনি।

— ঐনা হায়বসি তাও, অমুক্তা হৌগৎলকখো.... ইনাক্তা।

কোমথোকলুরবা মৌনহাগী ফিজোল তনশেম শেমজিন্দ্রনা ফনেক্লা কুপ্পা থংত্রবা থবাক্নী ঙৌরবা মকমদা অমুবা শমলাংশিংনা জ্বাই জ্বাই

তাহনহুনা প্রবিন্দা ওাথ, থেংথ্না কমশিল্লকই, লোইননা য়েংলকই, অহিংগী দৃশ্যা....। অমম্বা অহিংসিদা শুপ্পতংগী থাওমৈ অমতং থানবা কাসিদা মাইথোং মাইথোং থেংননা ফমলিবা তশেংনা প্রবিন রাখলদা কপনিংলকপা কাওরি। ঈংনা শীৎলকপা নুংশিৎনা থোংনাওগী লম্বীদা লাক্ত্না প্রবিনগী মায়বু বাবিতাগী শমলাংশিংনা খুমলরি।

নুংশি লম্বীদা অরা মৈশা কয়া কাওথোক্ত্না য়ুম্বান পুন্সিদা খোংদারক্লবা শাবী শানৌ অনী তুংগী লম্বীদা করি থোকপা থংদনা নুংশিনবগী অয়ৌবী থাক মতাংসিদা থোক্লরি, কনাস্থু উক্লদ্রে, কনাস্থু খল্ল্দ্রে। বাবিতাগী রাখলদা তাইবঙপানবু থম্মোয়নুংদা চিংশিনজহুনা মংলাক্লরবা প্রবিনগী থম্মোয় মীকুপসিদা বাবিতাগী নুংশিবনা পুন-গ্রবগুম তৌরি। কৎথোকপগী চাং রাংগ্রবী, মীনুংশিগী লংলানা চয়োম শানা কিরবী বাবিতাগী ইরাং থাংলবী মতৌসিদা প্রবিনগী থম্মোয় হায়নিংঙাই লৈতনা থোৎতোরক্লি। বাবিতাবু হায়কম থংদনা নুংশিরকই। অময়োমদা লাংতকনরবী ববীতা মপুরোইবগী তুমিন লৈথোকখিবা মতৌশিদা রারৌরকপগুম তৌরকই। অকিবা ফংনা মমগ্রবা মীছৎথোঙগী দৃশ্যা, কায়কম থংদনা হাংলিবা, শাওনা লোন-শিনখি। ওইনবগী লোইনাইদ্রবী নুপীগী থম্মোয়না ইখৌ লাংলবী মতৌদা নুংশিনা য়েংলকই।

য়ুম্বানবা কুইড্রিবী নুপীগী চক্রিবু নুপা কনানা খাংবা ঙমগদগে। ইকাইরম্বদগী পেন্নাইদবি অমা ওইরকপী ইখৌ লাংবিগী মতৌ লৌ অহিং চুপ্পা মপুরোইবগী মথাদা তুমজনিংবা মৌ থুদিংগী হৌনশা ওইরকই। মপুরোইবগী মমাংদা নুংশিবা মতৌ কয়া উৎলকই। তাইবঙ পুম্বগী রাখল থাদোক্ত্না শুপ্পতংগী মপুরোইববু ফমুং য়োহন্নবা হোৎনবদা ববীতা তশেংনা রাজখি।

ববীতা office মনুংদা কয়া কয়া হেড ক্লাক সখিগী অথেম্বা রাঙাং-শিং অহুনা রা অমত্তা ঙাংক্রি। নহানমখৈ চীংনরম্বা রাঙাং কয়া ঙসি সখিগী মকমদগী অতৎপা লৈতনা তারি। ববীতাগী থংনিংলম্বা অমদি

সখিগী মুংশিবা উৎপা মতৌ ওসিদি সখিনা মচীনপী শেংনা খংলে। চিংনবতনা লাঙ্গোই চন্দনা থম্মোয়নু ওমচাকনহন্নুনা থম্মোয়মা ববীতাগী থম্মোয় চিংনবা পুখ কোকলবগী তুংদা সখিগী মকমদা মহু পান্নবি লিল অমোমগুম ওনশিন ওনশিন চিকনিংলুবি। তুমিন্না লৈরবি ববীতাগী খুদোং চাবা লৌমুনা মাগী থবক মায় পাক্লগনি খন সখিনা নাপল কানা কানা রা ঙাংলকখি।

— বাবিতা, নশা নহানি, নশকসু রাৎতে, নংনা অহুগুম্বা শোইনাইরবা মুপাদুদা য়ুম পানতুনা নপুন্সিদো মাংহনবা পান্মুইনে, ঐখোয়গী ওফিসারনা নংবু হায়রিঙৈ, নংগী লেপলিঙৈসিদা নংবু লৈহৌরোনে, ফুরা দলান, জীপ কার, ইমাইপেম্মা, অতোম্বী ওইরবসু সনানা ঙাংগদৌরিবনি, ইবেম্মা ওফিসারসে নংগী রাখলদা ঙাওরবনিনে .... ঐ ফাওবা লৈফম থংত্রবনিনে ....।

সখিগী ব্রজদৌনা শাখিরবা রাঙাংসিদা বাবিতা নিংঙাইদনা লৈখোকপা ঙমলক্রে। য়ুম্বানবগী লম্বিদা খোংদারক্তুনা অতোপ্পা কনাদা মীৎয়েং কারল য়েংহৈত্রবি, মপুরোইবগী মীনুংসিনা সংসারগী পোৎ পুন্নমকপু অথোৎ অমেংগুম উহনজরবি বাবিতা, রাঙাংসিদা মাইকৈ খংদনা ঙাওরি। কনমক কীভম চাত্রবসু, কনমক নংলবসু পুন্সিগী অকা অকুমদা মাগীদমক লেপকনি হায়না চোংথোরকতুনা মীনোক মৈশা কয়া নাথৈরম শোইনাইরবা মপুরোইবগী শেবাদা চহি অমা হেল্লকলবনি। মুপী ওইবীগী শেংলবা ধর্ম্মদা প্রবিনবু শেবা তৌজরকপা মাগী করম্বা অশোইবদা মপুরোইবনা লান্না লৌখিগদগে খনবদা চেকশিন্না চৎচরিবি ববীতা, ওসিদি সখিগী য়াকলবা রাঙাংনা লোইনা মাংখোকপগুম তৌরি। মপুরোইববু মমীত্তা শঙ শঙনা উরকই।

—চিক্রবা য়ুমগী কাহুদা মীহুৎথোঙ হাংদোক্লনা লোইনাইরবা কলপ্পাগী কজবা লৈচল খীরি wall clock কী কাতা য়েংহুনা ববীতা হল্লকদবা মাইকৈ য়েংলি।

অমুকসু খল্লুমগা মীওইবা সমাজবু শা ওইনা লৌরকলি ওফিসার অমদি সখিবু মতুপ মতুপ ককতুনা হাৎত্তোনিংলি। ওকত্রবা রাখল-

শিংসিগী মরক্তগী থাপ্পা চেনখিহুনা মপুরোইববু চেৎনা কোনজনিংলুই। বাবিত্তাগী খাংঙমজ্রবা মস্তৌবু উরগা সখিনা রা লেপ্পগী মহুৎতা মহাক্তি খম্মোর শোনবা মতৌদা ওকিসার অমদি মহাক্কী অনিংবা অপাম্বদো মচিৎ অমত্তা থমদনা হায়্রথরকই।

—ইবেম্মা, পুন্সি হায়বসিদি নুংঙাইগদবনি, নপুরোইবনা মতিক চাদবনা মীয়াম্না নংবু খিনা ঙাংনরিবা ইচেখোয় পামদে। ওকিসারসিদা লৈজরবদি কমন্তু চাওখৎলগনি, মীয়াম্নন্তু ব্যাবহার, মহুগী মথক্তা কজবি, নিংখিবি নশক্তুগী শিজিন্নকম কান্নকম কজনা খংলগনি। ওকিসারস্তু মাগী খোঁরাংবা কোকলবদি মাগী লন থুম নংগী ঙাক্তনিনে ....॥

সখিগী লোইশিল্লিবা মরী মরী শমথরকলিবা রাহৈশিংসিনা ব্রজ চান্ম চাম্নগুম বাবিত্তাগী কোকথক্তা তারক্তুনা মৈশা খাংঙমজ্রবী অমা ওইহুনা চিক্লবা কান্নুংহুদগী চেনখোকখিবা সখি মশামক খংলমগদৌবা মান্দে। নুপীনা নুপীগী রাখল খজ্রবা, নুপীনা নুপীগী লমচৎ চৎত্রবা সখিগী ওকত্রবী রাঙাংহুদা ববীতা অস্তুম নিংশিংলগা মপান্দা হীক্লা হীক্লা কপ্পি।

হীংমীন্নবগী রাংলবা নুংশিনবগী চৎনবি। হীংমিন্নবগী খেন্নবা লৈত্রবা পুন্সি লম্বি মহুগী মাইয়োক্তা শা-খক্তংগী ওইবা চৎনবি, অশোনবা হাৎতোক্লগা অকনবা ঙাক্তা হিংগে হায়বগী চৎনবি, ঙসিদি ববীতা মকমসিদগী তাররি, উররি। তাইবংপানসে খুদকসিদা খোক খোক নোমলক্তুনা মাগী মপুরোইববু মাংহনখিগদরা নত্রগা সমাজগী মীওইবশিংসি শাহিং চাবা শা ঙাক্তা ওইরকতুনা খুদকসিদা মপুরোইববু হাৎপীখিগত্রা খনবদা বাবিত্তা মকমহুদা মীকুপ অমৎতা পম্থনিংজে। অমুকন্তু উপাই লৈজত্রবি মহাকস্তু চিক্লবা কা অসিদা মশাগী অপাম্বা খরগীদমক শারাক তমখিগত্রা হায়না চিংনরকত্তবা ঙমদে। মাগী অমদি মপুরোইবগী হিংনবা লম্বি ওইহল্লিবা ওকিসসি তশেংনমক ঙসিদি মাগী পুন্সিবু কাননবা কৈগুমশংক্তা চপ মান্নরক্লি। খল্লুরগা সংসারগী পোৎ পুন্নমকপু খুদকসিদা তুকৎচরক্লি। অউ-অউবা পোক্নবগী

রাখল পোক্লকই, অসিগুম্বা মীওইবগী নিংতম্বা থুগাইহনা হিংববু কাজিল পুনশিল্লিবা কয়াসিবু মখুৎ পেন্না লম্মন থুমনিংলকই।

থোৎ নৌরিবী, শোইনাইরবা মপুরোইবগী মথানুংদা নাওথি শাজরগা পেনজবি অমদি মপুরোইবগী কাবিতাদা ঙাওজবি বাবিতা, ঙসিদি থৌনা লৈরবি সুপীগুম মথয়াৎ ক্রক ক্রক চিকতুনা খাংলি। অমুক পেনজ্রিঙৈ, অমুক শথিরিঙৈ মীকুপসিদা মাগী ধর্ম্মদা শিংনরক্লিবা ওফিসার মাগী মাইকৈ ঙমলকলি। তশেংনা মীকুপসিদা বাবিতা খংজে। সুপী ওইবিগী অশোনবদা খুদোং চাবা লোননবা তাইবঙ-পানসিদা সুপাগী থম্মোয় য়াম্না লৈ। অমুকস্তু সুপী ওইবীগী থম্মোয়না অরেম্না অমদা চিংগুম্না লেপথ্রবদা তাইবঙগী পোৎশক অমস্তুনস্তু থুগাইবা ঙমদে। ফনমক কাইহৌসনু ফনমক পামজসনু লেংত্রবা থম্মোয়না সুংশি মাগীদমক লেপ্লদা কনানা করিস্তু হায়ররোই।

খন্না খন্না শিন্থরম্বা মিৎকী পী খামজিনজৈ পেন্দবতনা চাকচরবি মথম্মোয় তপ্না তপ্না কাথজে। মোং হাত্রবি মহৈথোংগুম হায়গুমনা ওফিস কাদা চংলকই। অসিগুম্বা বাবিতাগী চাকথ্রবা থম্মোয় হৌজিক-কাওবা মশাগী কান্নবতা থিবী সথিনা খংত্রিবগুম তৌরি। সথিনা নোক খেহনা ববীতাবু কাইহৌবা হন্দক্তি ববীতা তুমিম্না খাংলি। মীকুপসিদা ওফিসারগী খোংথাং মখোয়গী কাদা লেপ্লরি ঙহানমখৈগা মান্নত্রবা ওফিসারগী রাঙাং মীৎয়েং লোইননা পুকচেল চাওবগী মওংদা উৎলিবা শকওং তশেংনা বাবিতা কিজরকই। ওফিসার অমগী চেকশিঙ্গবা থাদোক্লুনা সুপী মমাংদা থোৎ নৌরবা লাইয়েকপগী শক্তম লৌ মাগী পুন্সিগী কান্নফম থিরিবা, বাবিতা খংদবা নত্তে। অসিগুম্বা মতাংসিদা কান্নবতা থিবি সথি, অমগী অমুক অমগী অমুক থম্মোয় শেংবী শাহনা অনিগী লংদাইনফম কোইথি থিরি। মীকুপসিদা থম্মোয় থক থক নিক্লা পেন্দ্রবি বাবিতা পাপ লংশিঙ্গরবা থরাইগুম মীৎ উইশিনহনা খাঙজরি।

ফনমক কৎত্রবস্তু, মাগী অমদি প্রবিনগী পুন্সিদা মাগী ওফিসকি কংজরিবা ঙলবশিনা হীংহল্লিবনি। তাইবঙপানসিদা ঐগী ঐগী

চেকশিল্লকপা মীকুপতা কনানা অততাই ওইনা চোংথোরক্কনি। মপুরোইবা শোইনাইবনি, অইবনি, বাবিতাগী খোংথাং তুংইন্না গ্রাবিন চৎলি লোইননা মাগী বাবিতা বাবিতাগী ওফিসফি খুৎস্নুমন্না থরাই হাপ্লি। মসিগী পুন্সিসিনি বাবিতানা পামজবস্নু অহুবু মাবু য়েক্লবনা লাঙ্গোই চল্লে হায়দুনা মপুরোইবা অমদি মাগী হিংবগী লম্বি অসি থদৎপদি পামদে। তুহৎ তুহৎতুনা চানম্নিবা তাইবঙপান, অঙম অঙম্বথক্তং হিংউ হায়রবা চৎনবি মরকসিদা বাবিতানা সতী ধর্ম্ম ঙাকলিবনি হায়দুনা থবক থাদোকপা তারবদি তুশোল্লবা মখোয় অনিগী নুংশিবা মহিংসিবু সমাজসিদা নীংতম্বা ঙমথিগদ্রা? খল্লু খল্লুরগা তাইবংপানবসিবু পেল্লক্তে। হায়নিংবমথৈ হায়রসনু, খনবমথৈ খল্লসনু, মসিনি চৎনবি, মসিনি সমাজ... বাবিতা হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা, সথি অমদি ওফিসারগী মহু চেল্লবা রা কয়াদো তাহুনা ওফিস ছুত্তি ওইবা ঙাইজরি।

ফনা থেংগ্রে, মপুরোইবা অমদি মাগী তুম্ফম কাদগী তুমিন্না থোক্তুনা মাঙ্গোল দারিদা বাবিতা সথিগী রাহৈশিং অমদি ওফিসারগী মওং মতৌবু নিংশিং নিংশিংদুনা থম্মোয়বু ওমচাকনবা হেলহল্লি। পুন্সিগী কাওবা ঙমলরোইদবা, নিংতম্বা মীওইবা অমগী থম্মোয়দা অমুবা কান্নিগুম অমকপা পোৎশক তৈশিনগে খল্লিবা শাগী থম্মোয় পাল্লবা ওফিসারবু মথল্লতা শিংনবগী চাং অস্নুম অস্নুম হেনগৎলকই। অমুকস্নু সমাজগী পীক্লবা কাচিন অমদা তুমিন্না, শোল্লবা মপুরোইববু শেবা তৌদুনা লৈজরিবি থোৎলবি থম্মোয় অমবু শিংনরক্লিবি মহাকপু নিংশিংবকাওবা কিজরক্লি। হিংলিবা পুন্সি লম্বিসিদা করিবু লানথিবা, কানুংদতা পুন্সিগী পোথাকম ওইরিবা মপুরোইবগী করম্বা মরালদা শিংনরক্লিবা, রাহংতনা থল্লবা লোইনাইদ্রবা রাখলদা মীকুপ অমত্তা পোথাবা কংদ্রি।

করিনো সমাজ হায়ববু! নুপী লৈবী শোল্লবা মপুরোইববু হাৎতোক্তুনা নুপী মুনবহুরা। মপুরোইবগী ধর্ম্ম কাইদ্রিনি, নাওথি

শাজরিবি নুপীচুবু মপুরোইবগী মথাদগী মুনহনা লৌবহুরা ? কয়িনো চৎনবি হায়বহুবো ? সুংশিননা লৈরিবি থম্মোয় কয়াবু হু পীথকতুনা কাইনহল্লগা তেংথা নাওইবহুরা নক্রগা শেল থ,মগী কজবদা থোৎলবি থম্মোয় কয়াবু ওনথোকহনহুনা শেৎতুনা লৌবহুরা !

মীকুপসিদা প্রলয়গী মৈরি লাক্ক,না সমাজগী অমোৎপতনা খল্লবা চৎনবি অমদি খেন্নবশিংসিবু মরুকংনা চাকথেকপ্রবদি মপুরোইবা অমদি মাগী চেৎলবা সুংশি মরিশিবু কয়াদা শেংহনবা ওমগদবা। মসিদি রাখলনি, পেন্দবগী ওইহল্লিংবা মতৌনি, শোইদনা নোংভাল্লকখিনি, ওফিস কারকখিনি, সখি অমদি ওফিসার হনজিল হনজিন থেংনরকখিনি।

বাবিতা নিংশিংলকই, ওফিস ছুতি থারমদাই ওফিসারনা হায়হৌবা নাপল য়াওরবা রাভাং সখিনা থাহৌবা প্রোগ্রাম, তুমিন্না লৈখিবি মহাক্কী খুদোং চাবা লৌহুনা খলহৌরিবা ওফিসারগী মন্নাই কারবা রাখল। মতমসিদা ওফিসারগী রাংলবা দলান মন্নুংদা ওফিসার মথন্ত শোইদনা নোক্লমগনি। বাবিতাগী অনৌবা রাখল কয়াদা চাওথোক-লমগনি। অমরোমদা সখিনা মহাক্কী থবক থৌরম মাইপাক্লনি, খনহুনা পেন্না হরাওথোকলমগনি প্রমোসন ফংনবগীদমক ওফিসারদা তরগে খল্লমলগনি। অমরোমদনা সুংশিবতনা য়োম্লবা মাগী লাইবক খিবা মপুরোইবদি পীক্লবা থাওমৈগী মৈরিলক্কা নীংভাইদনা লৈথোক্লি। ধর্ম্ম চেৎলবি, মীনোক মৈশা নংবি হৈরবি, মহাক্কী মীনুংসি মথাদা হিংবগী লম্বিদা পেনথোকপা তমলি। রাখল মন্নংমসিনা খাংফম থংলক্রবি মরাল লৈতনা চৈনা ফংলবি বাবিতা উপাই মাংলবি থরাইগুম মপুরোইবগী মনাক্কা চংলক্ক,না মপুরোইবগী মথাংনুংদা পেন্না কপ্লরি।

করম্বা পুংফমদা অকনবা নোংলৈ নংহুনা করম্বা মৈচাক খাংহুনা কপলিবনো থংল্লবি বাবিতাগী মীকপ খোনজেল প্রবিম্না লৌশিনবা ওমদ্রি। কনমক রাহবস্তু বাবিতা মপুরোইবগী মনাক্কা হেক লৈরকপদগী ওসিকাওবা অন্নাবা শিরাং শিল্পরকত্রি। চৈনাখোল কয়া কংপ্রবস্তু মপুরোইবনা কবি খনখিগদগে খনবদগী থম্মোয় চাওথোক্ক,নতা

লাকখিবি বাবিত্তা ঙসিদি মরম খংত্রবা, মপুরোইবগী মথাদা থম্মোয় শোক্লা কপলি। হংবগী পাউথুম কংত্রবা, থেম্বগী কায়কম লৈত্রবা মীকুপতদি মপুরোইবা প্রবিন মশাবু হন্না হন্না রায়েরিক্লি। মত্তিক চাদবা পুন্সি ওইখিবনা ঙসিকাওবা বাবিত্তাবু পেলহল্লি। লমাঙগী রাংলবা চৎনবি মরকসিঙ্গা মাগীদমক মীনোক মৈশা থংনবা নত্তনা করিস্নু কংল্লি। নুপী ওইবিগী নিংথিবী, কজবী কয়া মাগী মরমগীদমক চন্নকম থংদনা রাংলি। চনৈনবনা থল্লবা মরকসিদা বাবিত্তানা শোইদনা মাবুদি রারোয়ে হায়রবসিদি চপ য়ুংনা লেপ্লি।

অমরোমদা মপুরোইবগী মথাদা পেম্না কপথোকলবগী তুংদা অরা মৈচাক থরদং কোকচবি। বাবিত্তা মপুরোইবগী মনাক্তা নিংঙাইদবী মুর্ত্তিগুম লৈরি। কাজিন পুনশিনবতনা মশা লুমলবী, নুপী ওইবীগী থম্মোয়, অরা অনা কয়া নংলবস্নু নুংশিবা মাগী মকাদা লৈরবদি থম্মোয় চাওথোকক্কম লৈ। চনৈনবনা থনগ্রবা মপুরোইবগী লাংতক্লবা রাগী পাউথুম পীদনা পেন্দবা কয়ানা মশা চোকথরবী বাবিত্তা তুমিন লৈরম্বদগী মপুরোইবগী মথাদা অমকপা য়াওদনা তুমখ্রি। পুন্সিগী অসিগুম্বা তাক্কক্তা বাবিত্তানা মাগী মফমদা পিরাংগী ঈচেল শেম্লিবা, প্রবিন ঙক্তবদি ঙমদে। অদুবু মরম কয়ানা চোকথহল্লবী বাবিত্তা মাগী মথানুংদা অমকপা য়াওদনা তুমথরি। মাগী মফমদগী মাগী অপেনবা কংদুনা নিংঙাইদনা পোথাখ্রি। চিক্লবা কাগী নিকলবা থাওমৈ মৈরী মঙালদা পিরাংনা লুপ্লবী বাবিত্তাগী তুমলিবী মাইথোংবু য়েংলগা প্রবিন চিংনবা থরা কোকপগুম তৌরি। চোইনা তারিবা খোমজিনদ্রবা শমলাংশিংদো তপ্পা খোমজিল্লগা অহিংগী মতম লোইখিনবা হোৎনরি।

ওফিস কাদনি, চৎলমদাইদা মপুরোইবগী রাহংতনা থল্লবা চিংনবা অমদি থংনিংবগী মরম পীরমদনা বাবিত্তা মফমসিদা থোনা লৈনা লাকলি। মপুরোইববু নুংশিবগীদমক নুংদা ফুমলিবা বাবিত্তাগী অরাবা মত্তৌ কোংদোক্তবনা মরম ওইদুনা প্রবিন্না লাম্না লোরম্নগদ্রা হায়বস্নু চিংদবা নত্তে। অদুবু শা-ঙাগী চৎনবী, লীথোকপদা তুক্কৎচবা

হায়রবদা পাখৎচবা পোকপা, হীংমিন্নবগী অধিকার মাংলবা মতৌংতুগী রারী, পুক্চেল শেংনা লৈজরিবা অশেংবা পুন্সিগী অচুম্বা মথি ভাজরিবা মপুরোইবগী মক্মদা মচিন্না থোক্লা তমনিংলুদে। মপুরোইবনা কনমক মতিক চাত্রবস্থ মহাক্কী খম্মোয়গী মশিঙম লোৎলিবা, মাগী হীংবগী অধিকার মপুরোইবদা থমলিবা বাবিতানদি মপুরোইববু মতম পুম্বদা ইকাই খুম্নজে।

তাইবঙ পুন্সিদা মপুরোইবগী মক্মদা ধর্ম্ম কাইদবী মুপী মহাক্তুদি কনমক হুরানতুনা চারবস্থ সর্গগী লম্বীদা অয়েৎপা লৈরমগদবা মান্দে। মুপী হায়বসিদি শান্তিনি, অহিংশানি, রাববা খম্মোয় কবাগী মবেল্মনি, ইকং থোক্কলবা লমদমগী ফগাইনা শাৎলিবী খুইথত্রবী লৈরাংনি। মুপী হায়বসে মরাই কারবা পুন্সিগী শান্নবা নিশা নত্তে, সমাজগী রাথোক ওইননবা ঈশ্বরনা শেম্নকপা মীত্রংগী থুৎলাইস্থ নত্তে। মুপী থুদিংগী মপুরোইবা লৈগদবনি, মপুরোইবশিংবু কাজিন পুনশিন্নবা মুপীগী ওইবা তোপ তোপ্পা ধর্ম্ম লৈগদবনি। মপুরোইবগী মক্মদা অহিং চুপ্পা ইরাং থাংজরবস্থ মতুদা মরাল পীতুনা কনানস্থ ভাংবিনবা লৈরোই। অতুবু লমলানবা কনানা মৌগী থুদাং পাইরুবা তারবদি মতুনা সমাজগী রাথোক ওইহনবা য়াই। হোই, মপুরোইববু হুন-দোক্তুনা অনৌবা নীপা অমদা য়ুম পানবা য়াদে হায়বগী ধর্ম্মদি লৈতে অতুবু মুপীনা মপুরোইববু থাদোকপা ঙমতুনা অতোপ্পদা য়ুম-পানবা মসিদি ওক্তবিগী শিংলোন্দা চলহনবা য়াই। মসিমক্তি বাবিতাগী রাখলদা তারিবা অতোপ্পা মরম অমস্থ, মসিদগী হেম্না চেকশিনবা মরমনি ওকিস কাসিদা খন্দুনা ওকিসকি খবক শুতুনা লৈরিবা। চেকশিল্লিবা মরকসিদনি য়াম্না কেনা লাক্লিবি সথিনা মখৌ পোংনা ওকিসারগী মরমদা চৌরকখিবা রারি।

পুন্সিদা ইকাই খংদবগী হিদাক লৈতে অতুবু করিগুম্বা ইকাই খংত্রিবতুগী মরমদা কজনা তাকপিরবদি ইকাই খংলকপদি য়াই। অতুবু মতাংসিদা বাবিতা মতুগী থোনাদি নত্তে। ওকিসারগী মরমগী রারি

হৌরকনি খনবদা কুমগী অরা অনা পুম্নমক নংবগা মান্নরবি ববীতা ওসিদি তুমিন্না লৈথোকপা ওমদ্রে। মপুরোইবা লৈরিবি মহুতা নত্তনা মচা মত্ত কংলবি সখিবু মুপী অমা ওইবগী রাখল খন্নবা, মপুরোইববু ইকাই খুম্নবা উৎনবা তাকপিবা নত্তনা সখিগী মকমদা করিগু হায়নিংঙাই লৈত্রে।

পুন্সিদা মথক থোংবা কনাদা রাহৈ কারল তারকত্রবি ববীতা মাগী ধর্ম্ম ত্তাকপা ওমনবগীদমক মচে ওইরিবি সখিবু চৈবনি। তাইবঙ-সিদা লান্দবা কনাবু লৈবগে অহুবু খোংকম খোংকমগী ওইনা মীওইবনা মীওইববু ইকাই খুম্নে। ববীতাগী অরানবা লৈরম্বসু য়াই অহুবু অসিগুম্বা তাংককসিদা নুংশিবিবগী মহুত্তা থম্মোয় কায়নবা শিন্নিবা মুপী মহাকসু মুপী নত্তবগুম্নি ববীতনা অম্নুক খিনা হায়রবসু সখি হৌজিক কাওবা শাউবগী মহুৎতা ববীতাবু থেম্নি।

মায়থোংদা মচু তৈবি, থম্মোয়দা ইরাং খক্তং পকপী, রাখলদা তোংজনবদা খিবি সখি, ওকিসারনা পীগদবা লুপা চবুলগী রাখলতনি খল্লিবসু। মুপীনা মুপীগী রাখল করিগী খংলোইদগে অহুবু ববীতাগী অশাওবা ময়ামহুদা করিগুম্বা মহাকসু তেথরবদি মহাক কান্নবা য়াম্না মাংবা তাই। মসিনি মীকুপসিদা সখিগী রাখল। ওকিসারনা অচৌবা অসাগা লোইননা কি নান্না ববীতা অমদি সখিগী কা তম্লকপা, রাখল লোংলবি সখিদি অহুম খংলবনি। ঙরাং ওকিস মতমদগী থেংথনা ববীতাগী মরমগীদমক সখি অমদি ওকিসার রারি কয়া সাখি, থোঙং কয়া শিনখি। ববীতাবু মাগী ওইবা ক্ষংজনবগীদমক ময়াই কাজরবা ওকিসারনা শেলগী চবুল কয়াসু সখিদা হান্না শিন্নগ্রবনি।

ওকিসার হায়ববু করিনো? শেল চাবহুনি, মুপী লোনবহুনি, অপাম্বা কয়াবু শেল পীহুনা লৈবহুনি। চৎনবিনা হায়বনি, সমাজসিনা তাকপনি। মরমসি লৈবননি অচৌবা অশাদা হরাওনা কাসিদা চংলক্লিবা। হেক চংলকপগনি ইরাং থাংলবা মীৎয়েংনা ববীতাবু মাগীনি খন; চাগদৌবগুম য়েংলক্লিবা মতম কুইনা মুংশি মরি লৈনহুনা য়ুমবানমীন্নরকপা পুন্সিগুম ববীতাগী মকমদা হৌরকখিবা মুংশি রারি।

চুম্মি, সখিনা ওকিসারদা ববীতাগী মরমগীদমক থাজনা রাশকখি। ববীতাবু মাগীদমকনি খলহনখি। অমুকস্সু শেল থুম পাইরবা হায়গুম ভৌগুম্রবা সমাজশিংগী অগুম্বা অমনা মাগী মখা তাবা অমবু করিগী কিকম থোকপগে? অতৎ অখম লৈতনা অতিয়া অনিদগী চুখররিবা পাপ চেন্নবা হুগী নোং, থোংলবি লৈতনা শেম্বা ববীতাগী থরাইনা কয়াম কুইনা থাংবা ভমগদগে?

অরৈবা থৌনা পুথোক্তুনা লম্মল খুমনিংবগী মৈনা তাওরবি, উপাই মাংলবি খুৎতুনা ওকিসারবু থিনা চৈহুনা চৈনা মরিক অমত্তং পীরমলগা অমুক হন্না থাংজিল্লোইদবা থোংকমদা মপুরোইবগী মাইকৈ তমললকই।

কৈদনো চেকলা? নত্তু ইপোন পোন মাইকৈ থংল্লবা লম্বিশিংদা, রাখলগী তময়াদা অমকপনা থল্লে, আশাগী তোর্ব্বান্দা ঈথরা য়্রেরে, লম্বি মাংলে, নোংহৌ লাক্লে।

তোল্লবি কয়াগী পুন্সিদি অম্বুম্বা অম্বুম মাংবা তাই, মশাগী ধর্ম্ম ভাকপা ভমনবগীদমক অগুম্বা কয়াগী লিচৎকী রাংমদা লম্বিগী চাক্লিবী ওইবা তাই। অচুম্বা পাম্বী খুদিংমক মীৎতাংবি ওইবা তাই। নিংশিং-লকই, ববীতা, সহরগী লম্বীদা,.... মাগী থোংথাং তুংইন চাওথোকনা হিংজরিবা মপুরোইবনা মাবু ওকিস হুল্লকপা তাইরমগনি। পীরাং পক্কলবা মাইথোংবু উরগা শোইদনা নীংগুমদ রাহং কয়া হংলকনি। মতমহুদা মপুরোইবগী মথাদা কপ্পা নত্তনা করিস্নু হায়রোই।

—এপ্রিল—৯৫

# অঙৌবা য়ু গ্লাস

খনকোক ত্তৌনা হৈরবা অঙৌবা য়ুগী গ্লাস অমা পায়রগা তোম্বনা য়াম্না জ্ঞান তানা হায়রকই।

—ভায় পুন্সিসিদি পুরা সমশ্ত্তানি....তং তাবা মকম অমবু লৈত্রনে? তিংখঙগী লম্বিসিদা ঐখোয়বু করম্না নে তাবা পুন্সি কংগদৌরিবনো?

তোম্বগী ৱাৱিবু য়াম্না জ্ঞান তানা তারিবা গোপাল উইরুম উইরুম করিস্থু খুমদে, মাস্থু খল্লি,

—চুপ্মি, অহিংবগী লম্বিদা অচুম্বা মকম অমৎতা লৈতে, মীনম্বা ওইদবগী মরক্তা ওন থোইবা হৈনরবা মী খক্তনি ঙসি সমাজসিদা মমীৎ মমায় প্যাংনা পোত্থরিবা।

অয়ুক্তগীনি তোম্বা, গোপাল থবক মকমদগী য়ুমদা হনজিন্ত্রিবা। য়ুমদা মতু মশাশিং লৈহৌরি, শেল পুরকপা শোইদনা ঙাইরমগনি। মচাশিংহুনা শোইদনা মপা মপাবু মঙক থাংগৎতুনা ঙাইরমগনি মরমদি খংলুদে...। মখোয় অনিমক B.A. লোইপ্রবা ঙাক্তনি থবক কম্না থিরম্মি, post লৈখিদে লোইননা শেল লৈখিদে। পুন্সি খোংচৎতা কঙাওননা, মাংগী, তুংগী য়েংদনা নুংশি চৎনবিদা তুরোই ঙারোই তুশিনবদগীনি ঙসি মতু মচাশিং থাক্লনবা ইকাই ইকি ৱাংমদা হাজিরগী post তা খুরিবা, হিংদবদি য়াদে সিজ্রিবনিনা, শিদনবা চাবা তাই, চৎনবি য়াওবা তাই, ইজৎ লৈবা তাই, পুম্নমক শেলগী দরকারনি শেল কংনবা লম্বি থিবা তাই, মসিদনি ঙসিগী মকমসিদা ইরাক্লহুনা তাওরিবা, পুন্সি হায়বসে মসিনি....।

—ভায় তোম্বা হেনমলখ্রে লোইশিল্লসি নঙোন্দা য়াম্না ৱারনি। থক্লি থক্লিখক্তা তৌবা গোপালনা য়ু থকপদা হালেংবা লৈরকত্রবা তোম্ববু থামহুনা হায়বনি।

— ভায় পুন্সিবু করিনি হায়না খনবগে? পুন্সিদি ময়াই কারবা নিসানে, য়ুনে, ঙাওবহুনে....।

থম্মোয় সোক্না ঙাংলকপা ঙাওখৎলকলবা তোম্বগী ৱাঙাংনি, অশাওবগী চাংস্থ হেনগৎলকই।

ওকত্রবা সমাজগী চৎনবিসিদা ঐনা ওক্তবা অমা ওইবদা কনাদস্থু মাংলোই।

ঙাওরিবমখৈ ঙাংবা হেনগৎলকপা অমদি পেন্দবা কোংদোকপা তোম্বগী রাখল গোপালনা খংই। পাখং ওইরিঙৈদগী তোম্বা পুন্সিগী-দমক য়াম্না মথা শাজবা লোইননা সমাজসিগী য়াম্না খনজবা মীনি, শেল পায়দবা ইমুংগী লাইবক থীরবা নহা অমা ওইখিবগী মহাক্কী রাখল, মহাক্কী পুন্সি অতুম্মক চন্নকম খংদবা তাখি। মহু পাল্লবা সমাজগী থাক রাংলবা চৎনবিসিদা হিংবগী মমল লৈহন্নিংলুবা তোম্বা অতুম্মক চন্নখিদে, খনবা য়াবা, খিবা য়াবা খিরুরগা তোম্বগী পুন্সি য়ুম পাল্লবা মথা শারবা নীপা অমা ওইখি।

নিশানা ময়াই কারকলিবমখৈ তোম্বগী রাঙাংস্থু অমুম শাখিরক্লি। মাংলমচৎকি পেন্দবা কয়ানা মহাক্কী নীশা লৈরবা মশাদা হনজিল হনজিল কাইহোৌররি।

—ভায় ঐসে য়েরুবনে। ঐগী কনানস্থু খন্নবিদবা, মতমসিদা ঐনা কনাবুস্থু উশিৎকম থোক্তে। মীওইবশিংস্থু উশিত্তে, সমাজ অসিবুস্থু উশিত্তে, পুন্নমকসে থক্লিবা য়ুসে হৈজিল্লগা পোলোয় থোক্কদবনি।

হন্দক্তি গোপাল তুমিন্না লৈখোকপা ওমজ্রে, তোম্বগী ফিভমসিদা ঙাংলিবা কয়াসে....। নিশানা ময়াই কারক্লিবমখৈ রাঙাংস্থু সাখিরক্লি, মসি য়ু থকপা খুদিংগীনি....।

—ভায় তোম্বা, নং খক্তা ফারগা লোইরে, নংখক্তং হিংননবা হোৎনৌ, সমাজনা নংবু য়েংবা শংদে অতুগা নংনস্থু মখোয়বু স্থকয়েং য়েংলোইদবনি....।

—অতুদি সমাজসিদা ঐখোয় কনাস্থু মরি থোক্লজ্রে, নংগা ঐগস্থু মরি থোক্লজ্রে।

—Yes, ভায় তোম্বা, মসিনি ঙসিগী চৎনবি, নংনা চরা হেনরদা কনানা পীগদগে। নংগী মুপীনা নাবদা নংখকতংনি চেন্নগদবা, নহাক শিবদস্থু নংগী নতু নচাখকতগী কপকদবা।

—অদুদি ঐ শাওবা তাই, সমাজগী অওম অখৌশিং লাইরবগী থরাই মৎলিবা নুংঙাই য়াইকবশিং লোইনমক চিকতুনা হাংতোকপা তাই। ঐবু মী ওইহল্লমহল্লা ইমা ইপাবুস্থ মোংকমদগী চিংথোক্কনা কাওথৎপা তাই।

—No, ভায়, নং রাহৈহন্নমক্তি হেনমল্লে, নহাক পাপ লংশিল্লে⋯।

শাওবনা, পেল্লমনা ভাওরবা তোম্বগী মচিনদো কাজিনহুনা গোপালনা মখা তারকই ....।

—তোম্বা, নংগী পাবাদি নহাক পোকপদগী ওয়া শিত্রিরবনি, নংগী পাবানা নংবু মাংহনবা নস্তে নংনা নংগী পুন্সিবু মাংহনবনি।

—করমনা ?

—ওসিগী সমাজ ইমা ইপাগী দরকার লৈত্রে। পোকপীবগীদমক ইমা ইপাবু থাগৎকদবনি, নংনা মাংলিবা, ঐনা মাংলিবা, ঐখোয়নি, মরমদি মতমদুদা মখোয়স্থ য়ু থকই ঐখোয়দোনা ভাওরকই— নওই। সমাজসিস্থ অদুম্বক শাথিরকই নহাক মখোয়বু চৈগনু, নংবু অমুক নংগী নচাশিংনা শোইদনা চৈগনি।

ময়াই কারবা নীশাগী মরক্তা ময়াই কাবা রারি কয়া শারবস্থ তুংদা চন্নকম লৈতনা অদুম্বক মাংখি লোইননা হাংলবা অমম্বগী লম্বিদা তুরোই ওারোই নুপী লৈহৌবা য়ুম থিরকই। লোইননা নিংশিংলকই চাক পুখম, গোপাল য়ুমদা চংহোরে, তোম্বা মথক্তনি মাগী য়ুমদা খোওদোইরকপা, ফনা ভাওরবস্থ গোপালগী রাহৈ খরদা তোম্বা মমা মপাবু খংমুং মুংশিরকই মোংকমগী লম্বিদা লাকতুনা থুকউ থুদক কুন্দুনা ওক খোংনা কপলকই।

— পাবুং ঐ তশেংনা পেন্দে, অদুবু নচা হোৎনখিদবদি নস্তে, পাজলবা কয়াগী মখোওদা তুখি। ইমা পাবুংনা মীনোক তম্নবগীদমক নচা পাজল থৌনা পুখোকখি অদুবু পাবুং নংদি লাইরবনি ঐস্থ পাংদবনি কনানস্থ ঐখোয়বু মীনুংশি উৎখিদে... উৎখিদে।

মোংকম মনুংদগী হৌপৎলক্কনা মপা মমান্না মচাগী মক্তোক্তা মপী শীস্থনা বর পীরকপওম তোম্বা রাহৈশিং অদু হায়দোকপ্পবগী তুংদদি

মশাদো পুংশেং শেংলহুনা য়ুম চংলকই। অয়ুক থবক চৎলমদাইদা চেংয়েনগী চাক চখোম খরা চাবদগী হৌজিক ফাওবা য়ু গ্লাস মরী নত্তনা পুকতা করিস্সু তাগ্রি। ইমুংদা চাক থোংলমগনি থোংলমলোই তোম্বা খম্বকুদে। পুন্সিগী, হিংবগী ওসিফাওবা চনৈনহুনতা লাক্লি। হাজিরারালা মঙোন্দা সমাজসিগী পোৎলুম অমা থোনগৎচবগুম মতোমতা রাজৈ। মাগী পুন্সিগী মরমদা, অমদি সমাজগী মরমদা পেন্দবা কয়া অমদি কহিন্নিংবা কয়া লৈরবস্মু, কোংদোকলবস্মু মহুদা ফজনা তাননবা কনাস্মু লৈতে হায়বসি তোম্বা খংদবগুম তৌই। অদুবু য়ু ঙাওবা হাজিরা শুবা মাগী চোইরোল মতম চুপ্পদা গোপালনা তাই লোইননা গোপালনা খল্লি,

— করিগুম্বা তোম্বনা শোয়দনা মী অমা ওইরম্বা তারবদি Service তোকথোক্লগা Vote লেপকে হায়রকনি।

মথংগী অয়ুক্কি, থবক শুকমদগী, শুনা শুনা নিংশিংলকই ওসাই ওন্তানা মাগী নুপীনা অরাৎপা কয়াগীদমক পীরম্নবা হায়রকখিবা শেল। নুংদাং চুপ্পা শেগা মাইগা তান্নহুনা অরৈ লৈত খন্নগদবস্মু য়ুগী নিশাদা, হীংবগী অরাবদা, সমাজগী পেন্দবদা অহিং চুপ্পা লেনথোক-তুনা খুদোংচাবা পীরমদে।

ওসিস্মু চেং লৈতবদগী চাক চারক্তে, পীক্লিবা মচাশিং অমদি নুপীনা মাবু রারোনা য়েংহৌই। চৎলমদাইদা শাওরবা নুপীনা মঙোন্দা ঙাংলকখিবা রাহৈশিং হৌজিকস্মু নিংশিংলকই।

— মসি থোকনি খংব্রো, নংবু মী অমগী গুন য়াওরিব্রো ? অস্মুম্না ঐখোয়বু ওৎকদবৈ শরুক সমাজসিদগী লাপ্পা চৎগ্রশে, লৈরম্মি হায়বা খংহল্লগুমসে।

তোম্বা থবক শুনা শুনা জুমাং কারকই মীৎ তন্দন পাইরকই, নুমিদাং মরক মরক্তা য়ু থকতুনা পেন্দবা কয়াগী রারী সাববস্মু য়ুথানবা হেক কুইদ্রিঙৈদগী তোম্বা কদাইদস্মু চোইদনা হিংননবগীদমক গুরক্লিবনি অদুবু ওসিদি চরা খরা হেনবদগী নুপীনা মহাকপু য়াম্না রারৌরি।

মাগী নুপী য়াম্না পঙবদি ওইদে য়াম্না কত্তবস্লু নত্তে, পুন্সিগী অরা অনাদা শরুক য়ামিন্নহুনা অমদি হিংবগী মওং কয়া খঙহুনা লাক্লবনি। অহুবু য়ুশ্বানবগী কুপলবা Law মরকসিদা তোম্বগী নুপী তশেংনা মীৎ তাংহল্লবনি করিস্লু নত্তবা অরাবা অমদা হায়বদি পীক্লিবা মচাশিংনা নুমিদাং অমা চরা হেনবদা মমা অমগী থম্মোয়দা কাওরমগদবা পেন্দবা মমা ওইবী খুদিংমকতী শোইদনা খঙগনি। অসিগুম্বা নিংঙমদবা মীকুপতা থরাই ওইরিবা মপুরোইববু রারৌনা অমদি তুক্কৎচনা খনবা নুপী ওইবিগী মকমদদি লানকম থোক্কে।

চরাম্নরবা পুক পায়না পায়না অমনবা ফিহুনা হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা তোম্বগী মীৎনা অহাংবা লম্বীদা য়েংথোরকপদা থিকাদারনা জিপতগী কুমথরকহুনা শেল পীননবগী ময়ামবু কৌশিনবদো তোম্বা মতমহুদা পাঙ্গল থৌনা খরা লাকপগুম তৌই। তশেংনা তোম্বা উপাই লৈতবা অমা ওইবদগী হাজিরা শুবা, য়ু থকপা অমা ওইজরবস্লু অসিগুম্বা শেনজাও পাইবা অমদি কারবাররালাশিংনা লাইরবা কয়াবু শিজিন্নবা মহাক শাওনিংই চরা হেনবা নীপা ওইজরবস্লু সমাজগী খনবদা অমদি হিংলিবা পুন্সি কয়াগী খনবদা মথা শাজহুনতা লৈরিবা তোম্বা, থিকাদারগুম্বা মখোয়শিংসিনা সমাজশিবু পাইশিন্দুনা থমলি অমদি লাইরবশিংবু মখোয়গী মখাদা হিংহল্লি খনবদা মশা অদো প্রোক প্রোক চাকচৈ।

থিকাদারদগী শেল খরা খরা ফংলবগী তুংদা থবক মকম থাদোকহুনা তোম্বা. গোপাল, য়ুম পাংনরকই।

— ভায় গোপাল, তশেংনা নোকনিংঙ্গ্রা, মীওইবশিংগী মরকসিদা খেন্নবা থমলিবসিবু.... নত্তে ঐখোয়সিবু মখোয়দগী য়ামনা হেন্না পঙলমবজাৎলনে ?

য়ু ঙাওবা, ঙাওদবা রাহংদা ওইহুনতা লাক্লিবা তোম্বগী রাগী পাওখুম পীবগী মহুৎতা

— অহু অদা খংদে তোম্বা, ইতু ইচা চরা হেন্দ্রগা লোইয়ে, হৌজিকতি হীংবসি লুয়ে, ঐগীদি হৌজিকস্লু নুপী অঙাং চরা হেনহৌরিবনি.... ।

মীকুপসিদা তোম্বগী মীৎতা অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তা উরকই, থাং শক্তু না য়ান্নরি, লানক্ষম ময়াইদা লৈরিবা থরাইগুম মথনতা রাই চিনজরি। মতাংসিদা গোপাল অচম্বা রা খরা শমথরকই—

—থবক তৌনবগী শেলদো নম্নমজ্রবদি লৌ শঙম অনীহুস্থু চৎলম্মোই, মহুগী ক্ষৌহুনতা চাবা কোম্নরমগদবনি।

শমথরকপা গোপালগী রাঙাংদা তোম্বগী ক্রক ক্রক লাকশিনবা রাখল অমা লাকপগুম তৌরক্লি। গোপালগী পুন্সি তোম্বগী পুন্সি করিস্থু খেন্নদে। হিংনবগী অমদি হিংবগীদমক মখোয় অনীমক খোংথাং চপ মান্ননা থাংদোকমিন্নখিবনি অমদি চপ মান্ননা মাইথিখিবনি, খেন্নরিবা হায়ববু অমনা তোম্বনি অমনা গোপালনি।

—ক্ষরে ভায়, হিংবা হায়ববু শিমঙাইনা, শেল থোকনবা হোৎনবা, ইচাশিং, নুপী অমদি ঐ নুংঙাইহনবা অহুগা অরোইবা মতম য়ৌরকলগা শিদোকখিবা—।

রা ঙাংবা লোইবগা মথন্তা ক্ষাক ক্ষাক নোকতুনা গোপালগী মওং মতৌবুস্থু য়েংলি।

নুমিদাং অথেংবনি, চাক পুক থল্লগা পোত্থারিবা তোম্বা তুমনিংলকপগী মমি উরক্লি। অঙাংশিংনা ক্ষমুংদা নাখোকপগী মখোল তারি অমদি শাওবা ক্ষগ্রবী মাগী নুপীনা শেল থিন। থিনা তোম্বদা নুংশিবা মীৎয়েং অমহুম য়েংলকই। কুইনা উরুব্রবা মাগী নুপীগী রাশি লৈবী মীনোক ঙসি উবদা মাংলমচৎকী অনৌবা পুন্সি কয়া নিংশিংলকই মীকুপসিদা তোম্বা থল্লকই—

—হোইদা অচৌবা মখোয়না নুংঙাইবস্থু ক্ষত্তবা কয়াহুগী মহৈ, সমাজসিনা রারিবস্থু ক্ষত্তবা কয়াহুগী মহৈ, ঐখোয়নু চরা হেন্দ্রগা লোইরেদা।

—ফেব্রুরারী, ৯৫

# সহরগী অরোনবা কান্নদা

সনা লৈবাক্তি, লাইগী লৈবাক লাইরৈবাক্তি, চীংনা কোইনা পনশাবা, চীংলোন মাপনগী মনুংদা লোম্না চিকনা হিংজরিবা চীংমী তম্মী, অশং অমাঙ্গতনা থোগল্লিবী পোম্বী চেক্লাশিংগী শৈশক্লা নিল্লিবী। চাওখৎপগী থোঙজিনদা লেপতুনা শামান লেংমান্ননা মাই উৎপা ঙমলুম্লগস্থু মশাগী নিংখিবী শক্তম, মাংলমচৎকী ইতিহাসনা ময়েক শেংনা পুখৎলিবী ইমা লৈবাকনি। চরৈ ফিমন ইল্লবস্থু, কনেক খোংদাই শেৎলবস্থু লেংথৈনবদা শংত্রে মনাগী নুংশিরবা চেংহি মনম নমলিবা ইমা মনিপুর ঙসিদি মচু কয়াগী অওনবদা মীওৎ কয়াগী চৈনাখোলদা খাংঙমদবী ওইনা তাররি।

কপউ ইমা মনিপুর, লমলানবা শাগৈগী মীওৎ মীনৈ মরকসিদা জ্ঞান য়াওদনা তারবী, নংগী চৈনাখোল, মীকপখোল কয়াগী মরক্তা নচাশিংবুস্থু চিংশিল্ল। নংনা খাংঙমদনা লেনবদা নচা ওইবী কয়াস্থু লমলানবগী মীওৎ মীনৈসিদা থরাই পান্দবী লাইফদবী ওইরকপা করিদা ঙক্তিংঙাই লৈবগে? লমলানবশিংগী খুৎ শাংই, তম্নলাই ওইরি, নংগী নকোক নক্লবু মতৎ মতৎ থৎদনবা হোৎনরি, নংগী নথাম্নুংগী নচাশিংবু নুংপাক্তা হায়হৎনবা হোৎনরি। চেংহি মনম চেল্লিবী মৈতৈ মুপী কয়াসে মরেক মহাও থাংত্রবী হামচৎনরবী পুন্সি লোইনা ওইখিবা তারত্রা?

নুমিৎতো August ১৩ নি। মৈতৈশিংগী থম্মোয়দা কাওবা ঙমলরোইদবা, লেংলি পাল্লিবা তাইবঙপানবা অসিনা লৈরিবমখৈ নিংশিংবগী পলনা খনজিনদুনা লৈরগদবা- অথোবশিংগী নুমিৎনি'। ইমা লৈবাকপু কন্ননবা হোৎনবদা মথরাইবু য়েক্লবদা শিল্লথোকপা ঙমখিবা, লৈহৌরিবা চারোল শুরোলগীদমক অশিববু মমাংদা লেম্নখিবা মৈতৈ ইপা ইপুশিংগী নিংশিং লৈরাং কৎপা নুমিৎনি। ইপা ইপুশিংগী মোংকম লম্বী য়েংদুনা ময়েক মুৎলরবা ইতিহাসকী হৌখিবা লমায়

কয়া কাকৎতুনা মীত্তগী পীরাং শিন্নজরবী মচানা অথোবা মথোয়গী মোংকমদা লৈ মনা অমতং থম্মোয় শেংনা কৎকে খল্লুই।

নুমিৎনা তরং তরং থোক্লকপা অয়ুকনি, অশেংবা অতিয়াগী মাইথোংদা পক্লিবা অঙোবা লৈচিন মতুম মতুমগী মরক্তা অথোবা মথোয়গী মমি তারকপগুম ঐবু কাইহৌরক্লি। মচা ওইবা ওইবী কয়াবু মীকুপসিমক্তদা অনোবা ইথিল অমা পীদুনা মথোয়গী নিংবা থুংলমজবা আশাবু নিংবা থুংহল্লকউ হায়না ইনশিল্লকপগুম তৌরি। পুং নিপাল তাশিল্লক্লে, ইম্ফাল সহর ময়াইদা লৈরিবা অথোবশিংগী নিংশিং মোংকম মীৎতা শং শং উরকই। নিংশিংলকই, শেংলবা অথোবশিংগী মোংকমদুদা লৈরমগনি মশা শেংজবা মীওই কয়া, রাজনিতিগী কম্বাক্তা তোংদুনা লাইরবা কয়াগী ঈথেং থক্লিবা, লমদমসিগী প্রজাশিংগী চাকখাউবু খুৎপাই চেৎনা পাইশিন্দ্রুনা হাৎকে তুপকে, মনিং তমজরবা মবুক কংবা Politician শিংনা অথোবশিংগী মোংকমদা লৈ-গু কৎলমগনি। মথুক্তা খুৎলাই পায়শিন্দ্রুনা অহিং নুংথিল তম্মলাইগী শকলোন লৌদুনা লমদমসিগী তুশোল্লবা প্রজা কয়া হাৎনিংবা মতমদা হাৎলিবা, ওৎনিংবা মতমদা ওৎখাইদুনা মীওইবগী হিংবগী অধিকারবু শিংনরিবা, মৈতৈ, মীয়ান লাম্মী কয়ানা মোংকমগী লৈমাইদা কোইশিন্দ্রুনা লাইশোল ঈশৈ শক্লমগনি।

খল্লুবদা থম্মোয় পুবা য়ারক্কে। ইরমদমবু নুংশিবা, অথোবশিংবু মীৎলু পীরাং শিন্নুনা থম্মোয়দা চেৎনা লাৎচরিবা মচা ওইবা কয়াদি চৌগদা মান্দা, অমম্বা জেলগী চেকপল মনুংদা নিংবা থুংদনা কপ্পমগনি। করম্বা মতমদনো মরৈবাক কন্নিংবগী মৈনা ভাওদুনা শিবা চংবা মকম খংজজবা মৈতৈ চনু, মৈতৈ পাখং কয়াগী মথুক্তা অথোবশিংগী অসেংবা মোংকম অসিবু শিন্নরক্নুনা নিংতম্না লৈনা অমতং, পী মরিক অমতং কৎপা কংজরক্নদবা....? পেন্দবনা ইশাসে পুংফুন ফুনজিল্লকপগুম তৌরি।

সহরগী লম্বি ভানবা, অথোবশিংগী অশেংবা মোংকম ভাননবা ঐগী খোংথাং অম্নুম থাংজি। থাপ্পবা খুজংদগী মৈতৈগী অশেংবা কি

শেৎতুনা সহিদ মীনারগী মমুংদা চংবা য়ানবগী চে মচেৎতু পায়দুনা বস তোংলকপা হেক কুমথরকপদা পুংসে খংখেং খেংখিবগুম তৌই। ঙসি অখৌবশিংগী মুমিৎনি মৈতৈ থম্মোয় কয়াবু অনৌবা থৌনা হাপ্না মুমিৎনি অদুবু ঐনা ইম্ফাল সহর য়ৌরকপদদি মৈতৈশিংনা নিংতমনা চৎপা, মৈতৈশিংনা কুক কুক ইন্নয় চৎপা হায়বদো সহরসিদা থোক-লমদরে। মদুগী মহুৎতা সহরগী লম্বি শিনথংনা, মীয়ান মচাশিংনা নোংমৈ তেঙ্গল পায় পায়দুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎ চৎতুনা অউবা খুদিংবু খানা য়েংদুনা লৈরম্রে। মী ইতাক তাকলবা সহরগী লম্বীশিংদা শিকাইগী গাড়িশিংনা কয়া কয়া হঙ্গৎ হন্দা থৌবা নত্তনা লাইরবা মৈতৈ নুপাশিংগী অমনবা রিক্সো থৌবদুদি ইউ উখিন্রে। থৌনা লৈনা পেন্দবগা লোইননা মীয়ান লানমিশিংনা ঙাকলিবা ইম্ফাল সহরগী লম্বীদা ঐগী মকমদি য়ৌননবা পরপ পরপ থৌসাদনা চৎলি।

কদাইদা চৎখ্রবগে ঙসিদি মৈতৈ লান্মী? মখোয়গী মরমনি, মখোয়গী সহরনি মখোয়না ঙাকচদুনা মমা মচা কয়াসিবু থোগৎপা য়াহৈনা ঙাকপি শেমবিদুনা অখৌবশিংগী মোংকমদা লমজিংবিবা মখোয়বু ঙমজ্রব্রা? মথুত্তা খুৎলাই পায়রিবা মখোয়বুসু মীয়ান লান্মীশিংনা বন্দি ওইনা থমজিনবীগ্রব্রা? চুম্মি ইরমদমসিগী অচৌ অশাং, খুৎলাই পাইবা লান্মী পুম্বসু মীয়ানগী খোংচৎ তুংইনগ্রে। মখোয়গী তান্থা তুংইন্না জগোই শাদুনা রান্থগ্রে।

সহিদ মীনারগী মখোংদা অহৌবা বেঙগুল খোংবা তারকই। থম্মোয়সিদা থুক লাওবা অমা কাওরকই। মীৎতগী পী শিন্দুরকই, মাংলমচৎকি অশেংবা মনিপুর নিংশিংলকই। লম্বীগী নাকন্দনা মীয়ান লান্মীশিংনা খুৎলাই চেৎনা পাইদুনা থৌরাংলিবদু উরকই। ঐহাক তশেংনা চমৈয়, কনাবুনো মখোয়না য়েংখিরিবা—সহরসিদা কনাবু চৎপগে? তুশোন মাশোম্নরবী ঐগুম্বা খরদংনি—অচৌবা মুকান বীজদিং, অথুবা গলি মখোয়গী মজাত্তি ঙমকত্তনি। বেঙগুলগী খোনজেল তপ্না তপ্না তপথত্রি ঐগী খোংথাং অসুম কনথৎচৈ।

মক্মদো থাঙ্গাল বাজার ময়াই য়ৌরকপদনি, পুং মাপল তাগ-দৌরে। মী খজিক খজিক চিনখৎলকপগুম তৌরি। নুমিৎনা অতিয়াদা পুংশেং শেংনা থোকলকপগা লোইননা ঐগী ইশাগী কজবা মীকুপতুদা খজিক হেনগৎলকপগুম ইশানা কাওজে।

খংহৌদে থংনবা মীকুপতনি, অরাং ওইরপ্পা য়াম্মদু নক্না অহৌবা মখোল অমা খং হায়না পোকখাইখি, পুংনিল নিঙ্খি লম্বীদা চৎনরম্বা মীশিং পুংকায় কায়না চেয়ে। পাখৎপা অমদি মীনিলদা খুৎলাই পাইবা শিকাইশিংনা থংনবা মীকুপতা অতৎ অথম লৈতনা নোংমৈ কাপথোরকই। তশেংনা জ্ঞান তানা চৎলম্বা ঐ জ্ঞান মাংখ্রে। মক্ম খংদনা চেনখ্রে। ইনাক্কী মীনাক্কী শীকাইশিংগী blank fire দা নাকোং পংশিল্লবা থরাই কয়া কপ লাওবা মখোল্লকতা মক্ম মরাং খংখিদরে। শোল্লবা শোল্লবি কয়াগী থরাইশিংনা হিংননবগীদমক মতাংসিদা করিনো খনবা ঙমখিদ্রমাল্লে।

মখুত্তা খুৎলাই পাইরবা মখোইগী নোংমৈগী শক্তিদা ইম্ফাল সহর পুংলাং লাংলমলগা কাম্লদ্রমাল্লে তপ্পা তপ্পা লেপখ্রমাল্লে। থকৎপা অমাদ পাখৎপদুনা খরা ফরকপা মীকুপতাদ ঐ অসে খংজরে, ঐ হৌজিক অচৌবা মীয়ানগী দুকান অমদা চংদুনা লৈরম্লে। লোনগদবগী ঙাইদুনা লৈরমলবা দুকানগী থোং ঐ হেক চেনশিল্লকপগা চিংল্লখিবা ওইখ্রমাল্লে। বম্ব অমখক্কি অমম্বা মৈঙাল নত্তনা করিগুম্বা মঙাল অমৎতসু চংলমখ্রে। সহরগী লম্বীদা মীগী মখোল অমত্তা তাখিদ্রে মরক মরকতা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল, কয়া থৌবা শীকাইগী গাড়ী মখোলদি তারি।

চীংনবা অমা পাখৎপা অমা লোইদুনা থরাইসিদি হীংহৌরে। অদুবু ঐনা লৈরিবা মফমসিগীদনক ঐহাক পাখৎপা চাম্মা চাম্মা লাক্লে। দুকান মনুংসিদা মী অমত্তা উদে.... মুৎশিনা ঙাল্লম্বা থাওমৈগী মঙালসু মুৎখ্রে। তশেংনা কোকচাওবী কারে, থরাইগীদমক ইশাগীদমক ঐহাক কয়া লাওরুরে। থংনবা মীকুপতা অচৌবা খুৎ অমনা ঐগী

চীন মেনশিনগ্রে। ঐবু শুপকোন কোনশিন্নুনা, পুশিনখিদ্রুনা অঙানবা ফজবা কা অমদা য়োহনগ্রে। খোংলৈ থুনা কাগী খোং লোনশিনগ্রে। ঐগী হকচাংবু কমুংদা হেক থাদবগা, মায় য়েংলুবদা, মহাক অচৌবা কারবাররালা মীয়ান মচা ওইরগ্নে। নোক্না নোক্না ঐগী নাক্তা চঙশিল্লকপদা ঐ রাখল খন্নবগী মতম লৈখিগ্রে। জ্ঞান মাংলক্লবা হকচাংনা কন্না লাওহুনা কনবিনবা তেংথারুবা ঐগী তেংথাখোল কান্নুং অহুদগী হেনখিগ্রমাগ্নে। ঐগী পাঙ্গল থৌনানা লোইগ্রবদা ঐগী নৌরিবী হকচাংদা মাগী মনিং তম্বা হৌরক্লে। অপাকপা কেপশোনগী কমুংহুদা ঐবু নমজা নমথেকুনা ঐগী শেৎলিবা মৈতৈগী পুমঙৌ কনেক লংথোকগ্রে। চন্দোন মচুগী ফুরিৎ থদত্তুনা লৈমায়দা তাহনবিগ্রে। মাগী কল্লবা শক্তিনা, কাজিপ্পবা ঙমগ্রবা মাগী ঈথৌ লাংবগীদমক নৌরিবী ঐগী হকচাং কায়াৎশিংবু মথং মথং মনিং তমগ্রে............।

মীকুপ অমত্তুদা খনখিগ্রবা থৌদোক, খাংবা রারবা চৈনাখোললনা ঐবু জ্ঞান মাংহনগ্রে। মীয়ান মচা মাগী অপেনবা, নুংঙাইবখক্কী ঐগী ইজৎ, ঐগী পুন্সি, লৈমাইথক্তা নৈথৎতুনা তারবা লৈনাঙুম ওইহনগ্রমাগ্নে। জ্ঞান তারকপদা ঐগী ইশাপুম্বা কি অমত্তা খোং-লমগ্রে। ঐগী হকচাংগী মকম অয়াম্বা খুৎকী মমি লৈরগলে। খাংঙমগ্রবা চৈনাখোল ফাওরে। ঐ থম্মোয় শোক্না কপখি। মীকুপতুদা শিরশিরা চাম্মরক খনখি, পেল্লবা, নিংঙমদবতনা খ্রুবা থম্মোয়না নোকুনা পোথারিবা মীয়ান মচাহুবু মতৎ মতৎ, থদৎতুনা হাত্তোরিংখি, অহুবু চাওরবা মীয়ানগী বৌল্ডিং মনুংসিদা কি থোংদনা তারিবী ঐগী করি থৌনানো? মৈতৈ ইপা ইপুশিংগী মোংকমদা থম্মোয় শেংনা হে-লৈ খরদং কচ্ছগে লাকখিবা মহুগীদমক শেৎচরকখিবা মৈতৈ পুমঙৌ কনেক মীয়ানগী লৈমাইদা তাহুনা লৈরি। মীকুপ খরগী তুংদা কাপ্পগ্রবা ইশাসিদা, তারিবা কিশিংদো শেৎচিনবিহুনা ঐবু অথুবা গলি অমদা তপ্পা তপ্পা থাদোক্লিরক্লে।

চৎনা চৎনা জ্ঞান, মাঙলবা ঐনা মীয়ামগী মমাঙদা ইকাইজবীগী মতৌগুম নৈহৎপিবগী চাইরবা শমলাংশিংবু তপ্পা তপ্পা পুনশিল্লকই। করিম্নু তৌদবী মৈতৈ লৈশাবী ইশেং শেংবীগুম গলিদগী, সহৰগী চাওরবা লম্বী তায়ব্রি। লেংথৈনবদা চীংহি মনম নম্বী মৈতৈ নুপী গুসিদি সহৰগী লৈমাইদা মীয়ানগী শাম্নপোৎ ওইরুরি। ইমা লৈবাক্কী তশেংলবা নুমিৎ অসিদা মচা গুইবী ঐনা লয়ানবা জাতিগী মকাদা চগুহুনা অয়োনবা ওক্তবী গুইনা শক্তম লৌরুরি।

মথং নোং তাল্লকপদা মৈতৈ খবরশিংগী মকোক্তা চাওনা চাওনা ইরমলি—"মৈতৈ অথৌবশিংগী মকমদা চাওনা শ্রধাঞ্জলি কৎদ্রে, গুরাং ধর্ম্মশালাদা মালরারী অজিৎ জেনগী পোৎ পুবা তাতা গাড়ীগী চাক্কা পোখাইরকপগী মখোলদা সিকাইনা ব্রেক কাইয়ার তৌবদা মীয়ামশিং মীপাইনদ্রে" ........মথং মথং য়েংখজরুই, খোইদোকপা পাও য়াওরমদ্রে। অদুবু অসিমতংদি ইথন্নতা খঙই,

"অথৌবশিংগী মোঙকমদা হৈ-লৈ কৎপী লাকপী মৈতৈ চনু অমা মীয়ানগী খোঙপাক্কা পেম্না নৈথৎপিদ্রে।"

—আগষ্ট, ৯৫

# মোহেন্গী তলব

কুনমাথোইশুবা সেনচুরিগী হৌগৎলকপা পুংকমসিদা মচা তরেৎকী মপা ওইরুবা তলব মচা চাবা মোহেন লাইবক কবনি হায়রোই। থায়নঙৈগী মতমদা মচা মশু য়াম্না পোক্লগা খুৎকন পাঙ্গলবনি হায়না নুংঙাইজনরম্বা ঙসিদি মতুগী ওম্না, মচা য়াম্লগা সমাজগী লম্বীদা নাইতোম তারবা, তুশোম্না হীংনরবা ঙাক্তনি। সমাজসিগী ময়াই তাংবলদা কম্বা কংজতুনা লাইরবা অশোনবা কয়াগী কোকথক্তা নেৎথতুনা মতুদগী কংজবা মহৈনা মথোল কয়াগী দলান শাতুনা লৈজবা কংবগী খুদোংচাবসু কংগ্রবা শুপ্রতংগী মাগী তলব থর থরদংনা থরাই কয়াতুগী পোথাকম অমদি হীংননবা শেমলি।

মোহেন মাগী ওফিসতগী অচা অরম কংদে। হৌজিকী মতমদা ডিপার্টমেন্ত অমদা অচা অরম কংদনা থবক তৌবা ওফিসকারি, মতুদগী হেম্না লাইবক থিবা লৈত্রে। তলবকী মথক্তা শেনজা থুমজা, শেংনা লুহোংতুনা লোজবা মুপীগী মথক্তা লোম্না লৌবা মুপী য়াইমা, অতোপ্পী, মসিনি চৎনরিবা সমাজশিদা। অতুবু মোহেন্দি করিমত্তা থংদে, চুমচৎনি, ঙম্না য়ুমপানবগী মচা য়াম্বগী অশেংবা মপা অমগী হৌনবী মচাশিংবু লাইরিক লোইনা তমহনবনি, মতুবু শেম্বা ঙমনবা হোৎনবতদা মহাক মকোক মমৈ থংদবনি, মাগী নুপীসু অতুমঙাই। মপুরোইবনা চমলবদি মাগী নুপীসু চমবা তাবনি। মপুরোইবনা ওফিসকী অচৌবা থবক তৌতুনা শেনজা থুমজা হৈরমলবদি মাগী নুপীসু লীক-কোন, জীপ-কারগী রাথলদা তাওতুনা শেলবুত লাইনিং ওইরমগনি।

হন্দকী থাশিগা পুনশিল্লগা থা অহুম শুরে, মোহেন ওফিসকী তলব কংদবা, থা খুদিংগী কংলিঙৈ কোম্নদনা ঙাওতুনতা লৈরিবা মোহেন হন্দকী তাংকমসিদা কোক শাবা অনৌবা নত্তে। লাংবনগী কল্লবা নুংশানা কোকথক্তা য়েতুনা কাহৎলবা থুনগী লোমী তশেংনা

মাগীদি সুংঙাইবা রাখল লৈজে। অশংবা ফোনানা লেং লেং চত্তুনা মাঙোন্দা ঙাথ, খেংথ্রবদা তশেংনা মৈশাবু কাওবা ঙমই। অদুবু হন্দক্কী মোহেনগী কোক্তা শাম্বিবা ইমুংগী, মচাশিংগী, অরাৎপগী মৈশা অসিদি মহাক্কা তলব কংলকপা তারবস্থ কোক্কনি হায়না মশাফাওবা থাজজে। ইমুংগী নুপাগী অরাবদগী ইমুংগী নুপীগী অরাবনা হেল্লি হায়বসে হন্দক্কী মোহেনগী ইমুংসিদা নৌহোননা উবা ফংলি। ফনমক পায়ত্রবস্থ মোহেন্দি ওফিস কারি, চৌক্রীদা কমদুনা ওফিসকারী-শিংগা মীকুপ খরদং ওইরবস্থ নোকতুনা রারী শান্নরি। অদুবু মাগী নুপীদি মচা তরেৎকী অরাৎপা, ইমুংগী লৈত লাইর খনবদা অরাবগী পোৎলুম পুরি। ইরুজখোকলগা, চাকঙল চাখোক্লগা ইংনা মোহেন্দি মচাশিংবু খরা চৈবোই, ঙাংবোই, লৈতে, খোৎতে হায়রম্লগা ওফিস কাথ্রি।

কালেনগী সুংশানা চাকথেক্লা শারবস্থ মোহেনগী মায়খোংদদি মকহন্দবা ঙম্মি, মসি মহাক্কা ইমুংগী খন্দদুনা তৌবদি নত্তে। তলব ফংত্রবা উপাই লৈত্রবা মতমসিদা অস্সুম্মা খরা লৈখোকত্রবদি মহাক চাকথেকতুনা শীবা তাই। অদুবু মোহেনগী নুপীদি তুমিন্না লৈখোকপা ঙমদে। চানবগী শেৎনবগী, লৈকাইগী, মসিগী মথক্তা মচাশিংগী মতম মতমদুগী তৌত্রবা অচিনবশিংগী। শুপ্নতংগী থা অহুম তলব ফংদবগী অচিনবদুনা মোহেনগী নুপী মায়খোং ফজনা মকশিল্লে। রাখলখক্তংদা লাইমল কাংজবি ঙম্বী নুপীনি অরাবা অমতংদা শিদোকপী ঙম্বী নুপীনি অসিগুম্বা পুকচেলসিদা মোহেনগী নুপী মচাশিংগী পেন্দববু কয়ম্মা তাদনা লৈখোকপা ঙমগদগে।

মপাদা হায়বা ঙমত্রগা মমাদা ইনশিনদুনা হায়হনবা মচাশিংগী লীচৎনি। মচাগীদমক মমানা হায়রুবা মতমদা মপানা মচাবু তখি তখিনা চৈরকপা মদুবু তমখোক্তনা মমা মথম্নতা রাজবা মসিস্থ মমাশিংদা তৎতনা খোকই। লৈরগতদা সুংশিনবনি, চায়বনি, লৈরকত্রবা মতমদদি মমা, মপা, মচা, মোৎ মায়রকতবা তৎতনা খোকই। মসিমক মোহেনগী ইমুংদা খোকই। মোহেন্না ওফিস

হেক কাখিবগা চাকথুমদা উংহুনা লৈম্বিবা মমাবু মচানীপা অহল প্রেমনা হোৌদোক্লম্বি।

—ইমা ববাগী তলব কংখ্রিত্ৰা ঐনা মীং চম্নবগী হায়বা শেলদো পীরমলব্রো।

মচা অহলগী রাদা মীপাইজরবী মমা তপনা মচাবু থেমজিনবা নৎতনা উপাই লৈতে।

—প্রেম নং য়ারবদি নুমিৎ ৪/৫ নিদা ঙাইখো, কৈদৌগে। তলব কংননবা কন্না তকনরি হায়।

মমাগী রাদা খংশাঙ শাওগৎলকতুনা অরৈবা থৌনাদা লাওহুনা হায়রকই।

—মচাবু মনিং তমনা, মী ওইনবা হোৎনবা ঙমজবা নখোয়দি ঐখোয়বু করিগী পোকলমলিবনো। ঐনা হায়রিবসিবু ঙসিথক্করো।

প্রেমনা হায়রকপা ঙসিতগীদি নত্তে। মপাদা হায়বদা কল তাবা ঙমদবদগী মমাদ হায়রকপনি। মমাস্থ মপাদা হায়দবা নত্তে। তক্কবা নত্তে। করমদি তৌনি, চেং কাওবা ঢুকান্দগী শোৎ শোৎতুনা চারি। পুকমস্থ লৈতে, লৈরবস্থ পীরক্লোই। কাম্নয়োইদবা লৈরবদি লৈকাইগী মীস্থ শেল পুথোকপা হৌজিক্তি চৎনজে।

মমানা লুকথখিবদগী হায়গৎলক্কবা উবদা কাম্নরয়োই খংবদগী পেম্নবা ঙাংলম্নগা মাগী কাদা চুমত্রিং চংখ্রি, প্রেমস্থ খংই, ইমুংসে মপাখক্তনি থবক তৌরিবা, মসিস্থ মচানি, মসিনা মখোয় কোম্নবা ঙমদে খনবদি খল্লি, টিঃ দিঃ সিঃ গী পরিক্ষাসিদা পিপ্রগা থবক থিগে, থবক থিগে খল্লকপা ঙসি ঙরাংতা নত্তে। অহুবু খন্দুনতা লাকলি, খন্দ্নতা লৈরি। ঙসি মহাক শেল লৈতবদগী কোরগী ম্নিং চন্ত্রি। মনাওশিংস্থ অহুমঙাই, নিং-তম্না লাইরিক তমবা কংব কাওবা ঙমত্রিবা তাল্লকসিদা কদাইদগী থবক, লুপা লিশিং-লিশিং। থবকী রাখল অমুক অমুকস্থ খাদোকই। চৌক্লিদা উংহুনা কম্নমখৈ কম্নম্নগা উপায় লৈত্রবা ঋণগা লোইননা প্রেম লৈকাইদা পোথাকম থিবা চৎখ্রি।

উপাই লৈরকত্রবা মতমদা মীওইবগী রাখল পুরা ককচিল্লকই। মহুনা হোৎননিংবা উইল অদো মাংথরকই। মহুনা অমাংবা হায়বদো ওইরকই। মমাদো প্রেমনা ইমুংদগী থোকখিবা খংহোই। সুমিদাং কাওবা হুপ্পিল্লক্লরোই হায়বসু খংই। অহুবু মচাবু চৎখিনু হায়না খামহৌবদি ওমহৌদে। ওসি প্রেমনা মমাবু রারোরম্বা য়াই অহুবু মমানদি মচানা খিনা চৈরল্লিবা রাঙাং রারোবা ওমলোই। মচাগী অসিগুম্বা তাঙ্ককসিদা মমা মপা ওইবগী থৌনা ফুদোকপা ওমল্লিবা খল্লরগা পেল্লি।

মপুরোইবগী মকমদা তত্তনা প্রেমগী শেলকম পীনবা হায়জে। লৈল্লবা মতমদা থোক্লকপা উপাইদি পংশিল্লবা মসি নত্তনা উপাই লৈতে। মোহেনসু খংদবা নত্তে। মচাশিং খক্তগী খনবদা অহনবা খোংগ্রাও অমা কাওবা নাম্না শেৎপা ফংল্লিবনি। মাগী নুপীনা হোদোকপা রাকমশিং মহাক মুন্না তাই। তাবা লোইরগা উপাই লৈতবদগী শাওশিল্লরগা লাওশিল্লবনি। লৈকাইগী থোদোক রাখোক চৎতবা য়াদে। ওফিসকী তলবনা থা অহুম ফংল্লবসু কাদবদি য়াদে মহুগী খরচ চাকচা হৈজানবা মহুগী শেনখাই থবক পীক্লবসু মহাক ওফিস কারিনি।

তুমিন তুমিন্না ওফিসকী মমাল্লবশিংদগী লৌশিনবদা থা অনিগী তলবতি শোইদনা চৎল্লগনি, মহু মোহেন্না মাগী নুপীদা হায়দোক্লে। লৈতে, উপাই তৌহুনা মীঙোন্দগী পুরগা শীজিন্নৌ হায়বসিনা মপুরোইবগী মঙোন্দা পীবা উপাইনি।

প্রেমনা চৎখিবা মতুং ইকান কায়দনা মচানুপা য়াইমা সুরেসনা তহা তহা চংশিল্লকতুনা—

—ইমা পনিক্কা ওসি মঙানিখক্তা ঙাইরবনি, লাইরিক লৈতবা য়াওরি, প্রাইভেৎ কী লুপা চহুম শুপ্রে, পুন্না লুপা ৫০০ পীয়ু।

মমাগী পাওখুম ফংল্লিবা মচানা পাওখুমতনি ঙাইরিবা, হৌজিক্তা প্রেমনা পেন্দবা কয়া তকথরম্বদগী রাখল শোক্লা হৌগৎলকপদা ঙাইরিবা মমা মচা য়াইমদা করি পাওখুমনো পীগদবা। মমানি

হায়কম থোকপনি, মপাদনি, মমানা তানকম থোকপনি. মপুরোইবগী তলব ফংদবগী অরাবা অমরোমদা মচাশিংগী শোইখিগদরা খল্লবা খোংকমশিং, তৌদবা য়াদবনি, কদাইদগী। কায়থোক্লবা, য়োনথোক্লবা মাল চাং লৈবস্নু নত্তে। মমানি হায়দুনস্নু কদাইদগী থৌনানো ?

—ইবুংঙো হোরেল নপাবুং লাক্লগা হায়গে ইমানা ঙসাই নপাদদি খিরকউ হায়খিবনি।

অরাবা পেন্দবা ফাজিল্লগা মোং হাদবিগী শক্তম লৌহুনা মচাগী মমাংদা রা ঙাংলি। মপাদা তশেংনা হায়খিব্রা ? তলব ফংদবগী পুকম লৈতবগী, ঙাওরবা মপুরোইবদা অস্থমনা হোদোক্লবগী পাঙ্গল তশেংনা মঙোন্দা লৈত্রবনি। অহুবু মচানা ঙাওগে, চাগে হায়বগী নত্তে। করমদি তৌনি। করম্না লৈতে হায়গনি, পেন্দবগী রাঙাং কয়ানা মমা মপা মথোইবু রায়োনা ঙাংলকনি। সুরেস, মমানা অস্থুম্না খুমলকনি খংলমাল্লে, মথন্তা মুরুম মুরুম শোল্লগা মমাবু হন্না য়েংলমদনা চাকখুম্নদা চাক চাবা চংগ্রি। ঙাইহাক্তং কান্নরগা চাকশংদগী হৌনা মমা তাননবা [illegible]।

—ঐথোয়দি লাইরিক তমজ্রবস্নু কাইদেয়ে। নথোয়না পেন্নি হায়রবদি ঐদি য়ুম থাদোকজ্রবস্নু কাইজ্রে।

সুরেসনা নিংবা কাইনা ঙাংলকপা মমানা তারগা করম্বা রাথন খল্লমগদবা মমা ওইবিনদি হেন্না খল্লম্বা য়াই। মচানা অসি য়োনা নিংবা কাইরকপা অসিগুম্বা খোংথাংসিদা পুন্সিবু মাংননবা শিংনরকপা অক মুংঙাইদি নত্তে। খনবগী মুংঙাইকম লৈত্রবা মচাশিংবু পেলহনবা ঙমজ্রবা মমা ওইবিগী থরাই করিনো হায়বদো হৌজিক্তা খংলকপরা। নিংশিংলকই, মচা অতোম্বনা অয়ুকী স্কুল কারমদাইদা ফুরিৎ শেগাইরে, খোংগ্রাও তৎলে হায়দুনা কপ্পমথে কপলম্নগা স্কুল কাখিরা হল্লকলগা মমাদা করিবু হায়রগা নিংঙাই তৌরগদবা। স্কুরেল লৈঙোইদগী হেন্না কুপ্পি হায়বা য়ুমপানবা মসিগী মথকতা য়াহৈ মশিং তমলিবা মচা তরেৎকী পেন্দবগী রাকৎ।

মুপী ওইবী খুদিংমক মপুরোইবগী মবেম্মনি, মনাইনি, মপুরোইবগী খোংথাং তুংইন্না চৎকদবনি, অদুবু মপুরোইবনা খিংবা ঙমজবা পণ্ডদুদি মনাই ওইবী মহাকস্তু খিংবা তস্বা তাই। মসিদনি মুপীবু মুপী ওইনা উগদৌরিবসে। মতম কুইনা মচা তরেৎকী মমা ওইরকুনা মচাশিংবু য়োক্লক্লিবা মহাকপু শুপ্ততংগী মচাশিংনা পেন্দবখক্তং উদুনা ইমুংদা নৈশিন্দ্রনা লৈকম থোকপ্রা? মুপী হায়বসে ইমুংগী অকুপ অনোমখক্তং তৌবা তারবদি মুপী হায়বগী মীংচৎপু রাংকম থোকপ্রা? খুন লায়া হাজিরা শুরু হায়বদি নত্তে। মুপাগী কিজেৎ শেৎচিন্দ্রনা মীগী মংপাৎ হুরাল্লুচো হায়বদি নত্তে। মমা অমা ওইবা তারবদি মচা তরেৎকী মমা ওইবা তারবদি মহাক মচাশিংনা মপুং মবৈ কাম্রিকাওবা মচাশিংগী খোংথাং খুদিংদা য়ায়মক নত্রবস্তু মত্তেং পাংবা ঙমনবা হোৎনবা তাই। মুপীনি হায়না শুরু শুরু নৈশিন্দ্রনা অথোৎ অমেং লোইননা ইমুংদগী হেন্দ্রবদি মচাশিং মাংবা তাই, লোইননা মী ওইদবা তাই। তশেংনমক মুপীশিংনা থৌনা ফুদোকপা ঙম-লোইদবা তারবদি মাংজোননা মমা ওইক্রিভে খলহৌবা তাই।

ঙসিদি মোহেনগী তলব কংগনি হায়বা মুমিৎনি, মোহেন তলব কংগনি হায়বদা তশেংনা মীপাইবা পোক্লে, তশেংনমক মীপাইবসিনা মাগী মুপীদকাওবা তলব কংগনি হায়দোক্রে। ওকিস চৎলমদাইদনি মচাশিংনা মথং মথং মাগী মাগী পেন্দবা অরাৎপা, মীং চনবা হেন্দোক-খিবগী মীপাইবা, পরিক্ষাদা লাইরিক য়াওদনা থাবগী মুংঙাইতবা, কী পীদবগী ওঝানা ঙাংলকপা, ফুরিৎ লৈতবগী, সাইকল তেকখিবগী শেল পুক্রবগী মথং মথং হায়থরকপা। নহানমথৈ মপাগী মমাংদা মচিন্না থোক্লা হায়নরমদবা, তলব কংগনি হায়বা পাও তারব্রা? ঙসিদি ইকাই ইকি লায়না পেন্না পেন্না কোংদোক্লরকপা মোহেন তাবদা মুংঙাইবা অমা য়াওশিল্লকপগুম তৌরি। তাবতমক তাই হোয় হায়নদি খুমদবা মপাগী মত্তৌদা অশাঙবা পোক্লবা প্রেমনা কাদা চংশ্রগা মপাবু খিনা খিনা ঙাংলকপা ওকিস কাগদবগী থোক্লবা মোহেন্না তারকই।

—মচা শেম্বা ওমদয়া মপাসিবু লৈকম থোক্লিব্রো ? ইচিন ইনাওদি অমুক য়ামহল্লগা নিংবা থ্ংহন্নবদি হোৎনদবা, নহান্না লাই-রিক তম্বা তোকহন্দ্‌না হাজিয়া ও ছায়রম্বা য়াদরো, মচুনা ঐখোয়গী মতীক চায়মগদবনে।

প্রেমনা কাদগী ঙাংলক্লিবা রা তারগা মোহেন তুমিন্না অচুম্মক লৈ। পাখং চাওবী মমানা নিংবা কাইরবা মচাগী থম্মোয়বু নেমথহন্নবা কাদা চংচুনা প্রেমবু থেমলি।

পেন্দবনা ঙাংবনি, আশা কায়চুনা শাওবনি, মোহেনসু থংই অচুবু কমদৌনি! সরকারনা তলব পীদ্রি, ডিপার্টমেন্টনা অরাবা উবীরমদ্রে। ইচাগী মপানি তোকম থোকপনি, অচুবু ইপাগীদি থবক চাওদে, অচা অরমসু লৈতে, তলব চাং নাইদে, লাইরবা ইপাগী শেল পুকম লৈতে। ঐবু থংদবা তারব্রা ? নখোয়গী রাখলদা ইপা অহিং অমত্তসু মপুং কানা তুমদ্রিবনি, নখোয়বু ফহন্নিংবনা ঙাওরিবনি, নমাগী অরাবা ঐসু উদবা নত্তে। নখোয়গী অরাৎপদো অচুম ইপাসু উইনে। মোহেনগী নুংগী রাখলনি, মচাশিংগী মফমদা কোংদোক্তবা থম্মোয়গী অয়োনবা মপাওনি।

অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিল্লবা, মৈরীচুনা মোহেনগী কোকতা চাক্লা চাক্লা মোহেন রা লান অমত্তা ঙাংলমদনা তপ্পা ওফিস কাদ্রি। লম্বীদা সাইকল থৌনা থৌনা ওরাং অহিং তুমিন্না পাথিবা শেলকমদো নিংশিংলকই। ডুকানগী পীগদবা লুপা ১৭০০, লৈকাইগী শিংগদবা লুপা ৮০০, ওফিসতগী পুরিবা লুপা ২০০০, প্রেমগী লুপা ৭০০, সুরেশকী লুপা ৬০০, অমগী ৪০০ মথং মথং পুনশিল্লগা চৎকদবা শেলকয়া লুপা ৯০০০ কংগদবা শেলকমনা থা অচুমগী তলব শুপ্পতংগী লিশিং ৫০০০। লোইনমক তৌদবা য়াদে, অপুবসু মখোইনি, মচাশিংসু মরুনি। কুইনা শেলগী নিং তম্বা কংলকত্রবা, ফুরিৎখাওদা লুপা ২ কাওবা হাপতনা কোলেজ কারকপা মচুগী মথক্তা পেন্দবনা লৈতবনা লাই-রিক তম্বা তোকখিদৌরিবা মচা অহল, য়াইমা। মোহেন নিংশিংই,

তলব হেক কংবগা য়ুমদা অহুম হল্লগনি। মচাশিংনা ঙাইরমগনি শেলগী ইখৌ লাংবনা ঙাওরবা মখুৎশিংহুনা পীননবা খুৎ তিং-খোকললকনি। মহুগী মথক্ত। অহিং সুংখিল কাংদনা খোঁবা লাক্লিবা হুকানগী শেল।

ময়াই কানা হিংনবগী লমজেন্দা অমগা অমগা থৎনহুনা অঙম তাম্নহুনা মায় পাকপা তাম্নরিবা চৎনবীসিদা তুশোননা চৎপা য়াক্সবা থরাইনা মচাশিং অমদি মুপীগা লোয়ননা খোঁনা লৈনা খোঙ থাংবা তাম্নি। হিংবথকী খন্দুনা থরা চা, থরা শু. পংহিং হিংবা য়ারমজ্ববা সমাজললকসিদা মীমায়বা ঙমনবা হোৎনগদৌরিবা মোহেন করম্বা ফিভম য়ে লগা নুংঙাইগদগে ? হিংদবা য়াদে, মচাশিং মী ওইনবা শেমদবা য়াদে। সমাজসিদা মায়পাকপা অমা ওইহুনা মচাশিংগী মহৈ চাদবদি য়াদে। মীওইবগী লাইবকতা, মপা মমা ওইনা হিংলিবা পুন্সি, অরাবা পুন্সিনি হায়বা য়াদে অহুবু মচা য়াম্বা মোহেন মসি থংনা থংনা মংলাক্নবা তারবরা ?

—জুন—৭৫

# থরায়বু ডাইরী

তরাতরেৎনি পানবা মকোয় মায়ক্রবা থাজনা ওসিদি খনবিনবা লৈচিল য়াওদনা মকা লাম্না মালেমবু য়েংজরি, অহিংগী অচিকপা থুগাইহুনা মরক মরক্তা লাক্না লাক্না খোংলকপা চেকলা নত্তনা অহিং-সিদা কনাগী খোনজেলস্থু তাজ্রি। সেগাইরবা খাংপোক্কী অহোবসিদা নীংডাইদনা থোক্লিবী তারমদাইগী থাজনা মূনা মূনা ঐবু য়েংলকপগুমস্থু তৌরি। থাজগী মঙালনা য়ৈবদা ককলাংগী অহোবদা উরিবা মালেমগী ফজবা, কবি অমা ওইরম্বমক তারবদি নীংথিরবি কিডৌ শেৎপী কৈন্যা অমগুম উরম্বস্থু য়াই অহুবু অরাবগী কীজোলনা পুংকুপ কুপগ্রবা শেগাইরবা খাংপোক মনুংসিদা নোংঙাল্লমদাই মীকুপশিকাওবা অহিং মীংশেল খাংলিবা ইকমদদি নিংখিবশিংসে মহু পাল্লবা পোৎকুম উররি।

—ইমাগী ইবুংঙো মতমসে কয়াম খেংগ্রে—
ওহ! রাখল অমনা লম্মাংহন্দুনা ঈপাক্ত অমদা তাওরুরবা হকচাং, ইমাগী নাহে মখোল মরক্তা য়াওরকলিবা তনিক্লবা রাহৈ অহুনা জ্ঞান খংতা তাহল্লরি।

—ইমা নোংঙানগদবা পুং খজিক্তা ঙাইরে।
ককলাংগী অহোবদা তারমদাইগী মঙাল শামলক্লবা থাজদো য়েংলগা ইমাদা হায়খিবনি।

—ইমা করি তৌরে? তুম্বা য়াজ্রব্রো কৈজুপ হাপলকউরা ইমা? ঐগী মচেৎ মচেৎ হোরকলবা হাওকিদো লোৌখোক্লগা ইমাদা হাপ-চিনবিগে খল্লি।

—নত্তে নত্তে, ইমা ইঙদে, ইচা ইঙগনি, নংবু মীকুপ অমতং ওইরবস্থু তুম্বু কৈদৌবগে, ইমা করিস্থু তৌদেয়ে।

ইমাগী চোকথবনা থল্লবা রাহৈদা 'ইমা করিস্থু তৌদে' হায়রকপা হোই, মচানা ইংলবা নীংথমগী অহিংসিদা অহোবা খাংপোক মনুংদা শেগায়রবা কি অমতং ইনহুনা অনাবি মমাগীদমক মৈচাক খাংলি। মমা ওইবী থম্মোয় খুদিংনা মচাগী মতৌ অসিদা অপেনবদি পোক্লোয়।

অহুবু মন্থরকলবা, শেমজিনবীরবা ইমাগী মুংশিরবি শকতমনা তাইবঙ-পানবা অসিদগী লাপ্না ইচিন ইপ্বাগী পুন্সিবু বীদায় পীরমগদরা খনবদা অনাবী ইমাগী নাকতগী মীকুপ অমকাওবা থাপতোকপা ঙমদ্রে। ইমা হায়বা পোৎশকসিখক্কনা ঙসিফাওবদা মতিক চাদ্রবা পুন্সিবু তাইবঙ-পানবসিদা পাঙ্গল থোনা পীরকলি। অরা মুংঙাই পুন্সি লম্বীদা হিংবগী খোংথাং ইমান। ঐবু তমবিখিবনি অহুবু মচানা মতীক চাদবা ওইখিবনা ঙসিদি, ইমানা অয়ো নাহেরকপদা মপুং ফানা শেবা ফংবা ঙমদ্রে। অসিগুম্বা মীকুপসিদা ইমানা মচা ঐবু কিরিনি হায়না খল্লমগনি, হোই ঐ হীংলি, ঐ শুরি, হিংননবগীদমক ঐ নোমলি অহুবু লানফম ময়াইদা মাইথিহুনা তারবা লাম্মিগুম ঙসি ঐ পাঙ্গল থোনা য়াওদ্রে। মীকুপসিদনি ঐগী পুন্সিবু ঐনা শাওনিংলিবা—

— ইবুংঙো নহাক তুমলো হয়েং interview চৎকদবা নত্রা? ওহ! হন্দকতি ইমাগী খোলজেনদো নিকলকখিদ্রে ঐ জ্ঞান খংতা তারকই নিকত্রবি ইমাগী খোলজেনদো তারুরগা মতম অমগী মচানা B.A. Final থাবা চৎলমদাইদা হরাওনা বর পীখিবা হৌজিকতা নিংশিঙলকই। অহিং মীংশেল থাংবগী চোকথরবা মীৎ অসিনা ইমাবু থোনা লৈনা য়েংলুই অহুবু ইমাগী খুইরবী মাইথোংহুদি পীনা পুমচোৎ চোৎলমলে। অঙকপনি, করম্বা রাখলদা করম্বা পুঙজাদা শীষ্কহুনা থল্লমলিবা ইমাগী মীৎকি পী। ঐনা ইমাবু য়েংলুবদা ইমাদি অহুম্মক লৈথোকদ্রে। ঐ খংই, ঐগী পুন্সিগীদমক ইমা মীৎতগী পী কয়ারক তাগ্রবনি। ময়াদা চাগদবগী হুকলুরবা চাক চখোম কয়া মচাগী মফমদা পীজগ্রবনি। নোংলৈ কয়া নংবদা চোকথরবী ইমানা ঙসিসু থোনা লৈনা হায়রি ঐগী থবক্তী interview গীদমক।

ঐ য়াওদবদি নত্তে, হোৎনদবসু নত্তে অহুবু মহু পাল্লবা সমাজসিদা পাংত্রবা থরাই অমগী লেপকমদি শুকলৈ লৈতে। খুৎতা থাঙপাং পায়হুনা ঐ অঙম্বনি হায়না লাওরবসু মহুদা অকিবা পোকত্রবা সমাজসিগী মীওইশিংগী মরকসিদা মতু ইপোন পোম্না লেপলিবা ঐনা

কৈদৌগদৌরিবা ? অদুবু হায়দবদি য়াখিদে ইমাগী মকমদা, য়াজবগী ইচলতোম্বীগী মকমদা, ঐ থবক থীরি, ঐ থবক কংখিনি। মচাগী রাখলদা হিংজরিবি মমাগী মকমদা থুংলায় য়াওজবা মচা লাম্মি ঐনা পেম্না হায়রি ঐ জয় ওইখিনি। মসিমক মচা ঐগী মীনম্বনি, লওশিল্লুরবা পাপনি। ইপাগী ইমীংকাওবা ইনিং তম্না হায়বা ওম্বগী পাজল লৈত্রবা সমাজসিদা, খোংথাং থুজিং রাইহে থুদিংগী শেলগী মখা পোল্লবা মতম- সিদা কদাইদগী ঐনা থবক। অদুবু অয়ো নাহেরিবি ইমাপীদি মথম্মোয় অদো হয়াওনবা ঐনা মীনমল্লি।

— ইমা ঐ তুমলুরগে ইমানা রারক্লগা নচাবু হেক্তা কৌবিরকউ। য়াম্না হয়াওবা মতৌদা অরাবশিংবু থুম্নগা হায়রম্নগা করোংনা থারিবা ইচলতোম্বী অমদি ঐগী অমনবা কাহুদা অহুম লাক্লে।

মুপীমচা অমা ওইবগী মনিংতম্না হিংজবা কংত্রবি ইচলতোম্বী, কাংখল য়াওজবা রাগী কমুং মথক্তা শেগাইরবা ফীগী মরুম থুপ্তুনা নীংথমগী অহিংদগী নাথেরি। চয়া হেনবগী অরাবা লৈত্রবী লাইরিক পাবদা হালেংজবি ইচলতোম্বী চোকথমল্লহুনা পোদোন অসিদি মুখৎপা কাওগ্রমাল্লে.... থাও য়াওদনা মুৎকদৌরবা পোদোম্না শেগাইরবা লাইরিকশিং চাক্কদবগী মুনা মুনা য়েংহুনা অরোইবা মতম ওাইরম্মি। তুমলিবী ইচলগী মাইথোংদো য়েংলগা মীৎতগী পী থরা তাগ্রমাল্লে। ওপাই থবক হেক হল্লকপগনি মবুংদা ওইনহুনা হায়খিবা, 'তামোচৌ পরিক্ষা য়ৌশিল্লক্লে লাইরিক শুনা লৈবিরো, ফনেকস্তু শেগাইরে" নুংওাই য়াইফবী কনাগী ইমুংদা ইচলসি পোকলমলবদি ওহাম্না মীয়াম্না শক কজবী লাইরিক হৈবী লৈশাবি মচা Renu নী হায়নরম্বাস্ য়াই। অদুবু পুন্সিগী খোংকম থুদিংদা পুথরবা ঐগী ইচল ওইরম্বনা ওসিদি কুমগী নোংজু নংলবী পখরবা লৈরাংগুম মশক মচু থোকত্রি। ইচলবু মুম্না য়েংহুনা হয়েংদি লাইরিক শুনা লৈবিরগে খনখি। কদাইদগী লাকখিবা খোনাগী ইরিক মথং মথং নিংশিংলকই, ইমাগী হীদাক লৈনবগী শেল, চেং রাম্বগী, doctor গী দক্ষিনা। করিগুম্বা খিকাদার লাক্লগনা পাজল থৌনা মাংগ্রবি ইচল অমদি ইমাগী কিভম কমদৌবা ?

তশেংনা য়েংশিল্লুত্রবস্থ নিংথমগী অহিংশিদা ইশা পুম্বা হুমাং মরিক মরিক কায়ে। মরকসিদা ইমাগী তনিক্লবা খোলজেলদা "ইমাগী ইবুংঙো তুমলো নংগী interview থেংগনিয়ে"।

করম্বা মীকুপতনো করম্বা পুংজাদনো মল্লবা খাংপোক অসিদা পুকনিং লৈতানা পোত্থাবা কংগদবা? পুন্সি অসিদা হীংজিবা কনাবুদি য়ারৌবদি নত্তে য়ারৌকমস্থু থোক্কে। ঙসিগী সমাজ ঙসিগী চৎনবি, অহেনবা তান্নবনি অঙম অঙম্বা হাৎনবনি। তশেংনা লানকমনি পাংদবা খুদিংদি অত্থুমক লৈখা তানা লৈহৌবা তাবনি। মায়গী হুমাংদো নপথোকলগা ইচলতোম্বীগী কাইরবা ফৈজুপতো হায়কেত্তুং শেমজিনবিরমলগা নোং ঙানবা ঙায়বা ওইনা মোনপাক য়াওজবা কম্মুংত্থুদা অত্থুম....। লেপপা লৈত্রবা মতমগী খোংচৎ, লোইনাইজবা তাইবংগী ইপাকনি শাগৎপগী কাইত্থুনতা লৈরবা আশা অমগী মপাল তাংত্থুনা তুমননবা অত্থুম হোৎনখি।

তনিক তনিক নিংথমগী থুমিৎসে কজনা হায়গৎলকলে ঙবদা ইনাং তারবা ঙৌরুনবা ফুরিৎতো লীৎলত্থুনা ঐ লেপলরি হীংনবগীদমক পুন্সিগীদমক ইনাক খুল্লবা মশা নাল্লবা মীওইশিংশিগী মরক্তা থবক্তী interview য়াওননবা। চৎলমদাইদা ইমানা চোকথরবি মমাই থাংগৎতুনা মচাবু অশির্ব্বাদ পীরকখি। চমলবী ইচলতোম্বীনা ধুপ থাওমৈ কৎতুনা,

—তামোচৌ কজনা খুমলমউকো নং থবক তৌদবা য়াদেকো। অমুকস্থু নিংশিংলকই লৈকাইগী হুনে শখিদগী ইচলতোম্বীনা মবুংগী interview গীদমক চেং পুত্থুনা পীজরকখিবা চাক থরদং।

—তামোচৌ ঐদি হোরেল নংনা শেল পুরকলগা য়াল্লগা চারগেদা।

পুং কজনা থেংজিল্লক্লে ওজা ১৫ গীদমক লাকলিবা মীশিং অঙকপনি জীপ, কার, scooter মখোইস্থু interview গী থবক্তীদমক, পুং ২ দনি থীকাদারনা থবক ঙবগী শেল থরা থরা পীগনি হায়রকপস্থু থীকাদারগী কংগদবা শেলত্থুখক্তংনি ঙরাংদগী ঐনা মীকুপ অমত্তা

কাইদনা নিংশিংলকলিবা। ইচলতোম্বী চাৱা হেলহৌৰি, ইমাগী হীদাক লৈজ্রি, ইমা চাক চাহৌজ্রি। চহি মত্তাং চাদনা শোকচিনগ্রবী ইমাগী-দমক মচানা মতীক চানা লাইয়েংবা ঙমজ্রি। অৱাবগী মমীনা কুপশিনগ্রবী লাইবক থীৱবী ইমা কৱম্বা মতমদনো মচা ঙইবা ঐনা মুংঙাইবগী শুৱ অমতং ঙংহনগদৌৱিবা? ফুঙবংনৱবা ৱাখলগী মৰক্তা তারকখিবা খংহৌদে, "হন্দকী ওঝাগী Post অসিদা Candidate অমদা লুপা লিশিং হুন্ফুনি, ঐগীদি Director দা হান্না লুপা লিশিং য়াথৌ পীজগ্রে"…. খংয়েং য়েংথোকলুই মশা নানবা নীপা অমা চীং লেম্না, মীওই খৱগা ৱারি শান্নৱম্হ উবকখি। খুৎতা পায়ৰকলিবা Certificate য়াওবা অমনবা file তাখিবা খঙহৌদে। মী হায়ৰেৎ য়েংলগা লৌখৎখি। ঙসিগী থবক্তী interview গীদমক পুৱক্লিবা B.A. গী Certificate, M.A. গী Certificate, ইমানা শাৱবা কালেনগী মুংশা মৰক্তা হাজিৱা শুহুনা মচাবু B.A. pass তৌহনখি। মীগী খুলং কুমহুনা য়াইফবা কনাগী থবক শুনা মচাবু M.A. pass তৌহল্লকখি। মহুগী Certificate তুনি ঙসি interview গীদমক পুৱকখিবা।

ঐস্থু য়াওদবদি নত্তে, হোৎনদবস্থু নত্তে। Employment Exchange গী চান্নবা থবক খুদিংমক্তী Card লোইনা থাই। য়াওবা য়াবা interview লোইনা য়াওখি—অহুবু ঙসিকাওবা কক্তনা খুমখিবা থিনা খুমখিবা interview অমৎতগী মুংঙাইবা পাও অমৎতা তাবা কংজ্রি। অহুবু লাইৱখি ইমাদদি তত্তনা হায়ৰি—"ইমা নচা শোইদনা থবক কংখিনি" ইমানা মচাগী ৱাহৈদা তত্তনা নোকচৈ। ইমাগী মীনোক্তী মরুমদা ঐদি কপখিদবা নৎতে। পেন্দবগী খোল্লাওনা, তুহৎপিবগী খোম্থাংনা মাইকৈ খুদিং নিল্লবা, ময়াই কানা ঙাওৱবা সমাজ অসিদা ঐনা চোকথৱবা হকচাংসে পুন্নহুনা অঙাওবগী মতৌগুম চৎলি office খুদিং department খুদিং ঐগী হিংনবগীদমক।

ঐ খঙদবস্থু নত্তে, সমাজসিদা পাজলবখক্তংমক হিংলি মুংঙাইব-খক্তংমক জেপালি। ফুৱা দলানগী মখাদা অকে অমৌগী নিংখিবদা

মখোয়না সমাজসিবু শান্নপোৎকুম শান্নরি। অহুবু মীওইবা খুদিংগীদি মান্নবা হক লৈ। হিংননবগী অধিকারশু ফংগদবনি। করিগী ঙসি ঐনা রারিবা, অঙাওবগুম হীংলিবা? তশেংনা ইথম্নতা থাংকম থংদে। office মমাংদা লেপলিবা নুপা নুপীশিং রা রা মরাং মরাং তৌনরকই। মরী মরী থোকনরকই। থরনা নোকতুনা থোকখি থরনা মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লগা থোকখি। শাংনা থারিবা office গী ভেরেন্দাগী ফানশাংদগী অমনবা file দো পুথুনা হোৌগৎলকই। মরম থংদনা পাউথুম ফংদ চনৈহুনতা লৈরবা কোকসিনা খঙবদি থংলে ঙসি য়াও-হোদবা Candidate শিংগী interview হুমিৎ মঙানি লৈরগা তৌগনি। শাওনিংবা অমদি পেন্দবতনা থল্লবা পুন্সি অসিদা ঙসিদি কান্নজবা মরমসিগীদমক করিসু পেন্দবা পোক্রে। মশিং য়ামজবা থবক্কী post কীদমক মশিং য়ামলবা নহারোল কয়াবু মৈ থকতা ঘী হৈবগুম হৈবীরি।

মশা মতিক চান্নিবা নহারোল কয়ানা মশাগী য়াইফনবা অচৌবা আশাগা লোইননা interview য়াওবা লাকলি। চমলবা লমদমশিগী নহারোল কয়াবু অঙম অথৌ মখোয়গী মচীন নাইরবা খোংপাক্লা হন্না হন্না নেৎথবিনবা হোৎনরি। চৈনাখোল কয়াসে থাংননবা মফমসিদা লাকলি। অস্নুম থল্লুরগা লম্বিগী নাকনদা লেপলিবা অমনবা ঐগী শক্তমসে ময়াই কারবা নোংসাগুম মশা ফিংগৎলকই।

অশাওবগী মরক্তা থংনিং নিংশিংলকই, নুংথিলগী পুং ২ দা থিকাদারগী শেল পীগদবা লৈহৌরি। থাংগদবা খোঙথাংসে মখোল খোক্লা কপলকপগুম তৌরি। লেং-ওৎপা ঙমদনা হকচাংসে নিক্লকপ-গুম তৌরি। মাইথিহুনতা লৈরবা পুন্সি লম্বীসিদা করম্বা মতমদনো মাইপাকপগী লংলা লংজিন উবা ফংগদৌরিবা। থাজদবনা থনপ্রবা থম্মোয়সিনা থিকাদারবু উরকপগুম তৌরি, থারবা মমিগু্গা লোইননা খেক্লা খেক্লা নোকতুনা হাজিরা শুরিবা হাংলবা চাকথাও কয়াদা হু হৈজিল্লকপগুম মীৎসিদা উররি। নত্তে, নত্তে ....ইমাদো অনাবা হেনজিল্লপ্বা য়াই, ইচলতোম্বীদো মবুক পারহুনা শোইদনা তামোচৌগী

মাইকৈ য়েংলহুনা ঙাইরমগনি। Interview-গী পাও তাগদবগী ঙাইহুনা লৈরমগদব। শোল্লবা থরায় অনীদো মীকুপ অসিদা খংনুং নুংশিরকই। মচাগী য়াইফনবতা খনবদা ঈশ্বরগী মকমদা কোক নোনহুনত্তা লৈরবী ইমাদো ইমাংসিদা ততনা থোক্লকপগুম তৌরম্বি।

মখোল থোক্লা মগুম শাল্লবা পাবানা থম্বীরম্বা সাইকল হমুবদো তোংনা তোংনা লম্বীদা মীনুংশি পকত্লবা থিকাদার বাবুদো হল্লা হল্লা খুরুমজরি। মীকুপ অমগী মমাংদা থম্মোয় শোক্লা নিন্দা তৌরুরবা থিকাদারবু মীকুপ থরা খম্লবগী তুংসিদদি থরায়দগী হেল্লা চেৎনা নুংশিজরকই।

— ঙসি নংগী মীনুংশিদনি ঐগী য়ুমদা লৈহৌরিবা থরাইশিংহুনা হল্লাও মীনোক তমগদৌরিবা, নংগী পীগদৌরিবা হুমাংমলগী মতিক চাল্লবা মমলহুদা ইমা অমদি ইচলতোম্বীগী চাওরবা পুন্সিগী আশা য়াওরিবা।

মুন্না খল্লবদা থিকাদারবু থাগৎপগী ঙমথৈ লৈরকত্রে। হিংকম লৈত্রবা পাক চাওরবা তাইবঙ পানসিদা মানা ঐখোয়বু হিংবদা তেংবাংলি। অহুবু মসিমদি খংই, "নহাক লল্লোনবনি, সমাজসিগী পাজল থৌনা লৈত্রবা অশোনবা কয়াবু নংগী খুৎগুমল থরা থরদংনা মখোয়গী শিংলি নাওরিদা চেল্লিবা অঙাংবা ঈরিকশিংবু লেপতনা চিংলি। অঙাংবা ঈখেংশিংহু নংগী লাওরবা খায়াৎনা পামজনা থক্লি"

........ খল্লবদা মখোল থোক্লহুম নোকনিংলকই।

মীওইবা সমাজসিদা মীওইবা অমত্তবু ঈশ্বর মানা শেল্লকপদা মায়হল্লক্তে। কনা অমনা হিংনবগীদমক থরাইবু য়োল্লি। কনা অমনা অহিংববু শায়পোৎকুম শায়রি। চোকথরবা হকচাংনা লেং ঙৎতুনা খোরকপা সাইকল হমুবদো থিকাদারগী থবক শুফম চিনফা পুরমাল্লে। খংলেপ লেপ্লি। অহিং চুপ্পা তুমদবগী চোকথরবা ইমিৎসে পাজল থৌনা লাকপগুম তৌরকই। মিৎসিদদি উরে, হিংনবগীদমক শুররিবা অহল-নহা, নুপী-অঙাং কয়া থিকাদারবু লাকপা ঙাইরি। অকিবা অমদি চিংনবা পোকপগা লোইননা তুয়োই ঙায়োই মখোয়গী মরক্তা

খোঙ অপে অহুম থাংজিনখি। ঐস্থু খংই, ঐগুম্না থবক শুরম্বিবা থরাই কম্না চিল্লবা মরম কম্নাগীদমক নত্রগা হাঙলবা চাকথাও কম্নাগীদমক থীকাদারগী শেলবু থোরাংনা ডাইরি। মরকসিদা ঐস্থু ম্নাওরি।

ভশেংনমক শুকই নহা ওইরিবা থোনা করিবা ইশাগী ইহৈমু মতিক চারবা থরাই অমনা মাইথিরবা লান্নি অমশুম মথোয় মম্নাগী মরকসিদা মতু ইপোন পোন থীকাদারগী শেলবু ডাইরিবা।

রাখল কয়াস্থু খলকই, শেল হেক কংবগা ইচলতোম্বীগী লাইরিক লৈখিগে ইমাগী হীদাক, মুমিদাং চেং ডাক্তরগী দক্ষিনা.... ইমাদো কজনা লাইয়েংলবদি শোইদনা কগদবনি। ম্নারবদি Hospital দা পুহনা লাইয়েংলগা ইচিল ইপ্রাবু মতম কুইনা নাওকোনহনবখিগে। অহুবু মুমিৎ তারমদাইগী অঙংবা মুংশিৎনা পারম্বা ফুম্বিৎকী মথকসিদা হন্না হম্না য়েম্বরম্বি অমরোমদা হায়গৎপা রারবা শুক অসিনদি থীকা-দারগী লাকদবা লম্বী য়েংহনা লৈরি।

অরাপ্পা থুজংগী খাংপোকশংগী দারিহুদা ইচলতোম্বীনা লেপতুনা মবুংবু লাকপা ডাইজবদো উরকপশুমস্থু তৌম্নি। কমুংদা নাহেম্বিবী ইমানা ইচলতোম্বীদা নবুং লাকলত্রা হংবশুম তত্তনা তারি অহুবু মমশিল্লক্রশিকাওবা থীকাদারগী মখোল্ল থোকত্রিবা অহনবা জীপতুদি হৌজিককাওবা মফম অসি ম্নোরকত্রি।

—দিসেম্বর—৯৪

# সাহারাগী মীকপ

পুন্সি হায়বসিদা য়াম্না খন্নবা অমদি দরকার ওই। হিংনবখক্কিদি করিস্নু খন্নবা য়াই। লম্বিগী চাকনিবস্নু অহুম হিংলি অহুবু হিংবগী-দমক্তদি ঐখোয় য়াম্না মথা শাদবা য়াদে।

জ্ঞান তাবা অমস্নু কম্না দরকার ওই। মরমদি অম্নুক য়াম্না নৈন নৈননা অম্নুক য়াম্না হৈ-শিংননা ঐখোয়গী পুন্সিশিংবু হেন্না শাগী লমচৎ চৎলকপা, হেন্না অমগা অমগা নুংশিনরকতবা অমা কম্না য়াওরি। মসিমকনা ঐখোয় য়ামনা মরায় চাইথরকপা য়াই। য়াম্না লৈবাক মচা তাদবা অমা ওইবা য়াই। অতুক হান্না খওবদি নত্তে, অহুবু মসিমদি চাওখোক্না হায়বা ওস্মি।

"সমাজসে শাথিনা মরায় চাইথরে। মোৎলে। মীশিংসে হিংলি হায়বগী মমীংহুতা ওাইশিল্লক্নে।"

মীশিংসে রাখল লোইনা পীকই। মসিদগী হেন্না ঐনা পীকলমস্নু য়াই। ঐগী ইচাবু ঐনা হাৎতোকপা তারগস্নু মহুদা ঐ কপতবা য়াই। অসিগুম্না মপী মপা ওইবা অমনা সমাজ অসিবু মাংহনবা তারগস্নু মহুদা মহাক করিস্নু মীপাইদবা য়াই।

মসিমক্না লৈবাক অমা মাঙহনবদা কয়াম রাগদগে? হৌজিকপু মী অমা শিবদা কনাগী মিৎতগী পিরাং শিন্থরিবগে? নুংশিবা অঙাং অমনা তুরেলদা শিনা তাওথরকপদা কনানা থম্মোয় শোক্না তেংথাবিরগে?

রাখল পীরুবগী মতিক থম্মোয় কনশিল্লকই। নুংশিবা য়াওরক্কে, মিনুংশি পরক্কে, ইকাইবা থংলক্কে। অমনা অমবু তেংবাংনিংলক্কে। শিগদোরবা থরাই অমগীদমক মহুবু হিংননবা কনানস্নু তেংবাংনিংদে। চাক্কিবা অমা চেং নিবা লাক্লে হায়রগদি মথোল তরেৎ শারিবা মুখ অদো থোং লোনশিন্দুনা খাওই। অয়েৎপা পীগদববু লৈরবদি মস্ত্রি ওকিসার অমনা হেক্তা অচুম্বা পামজবা মহাক অদো হাৎতোকপা কনানস্নু থীংদে। য়েৎতে।

মসিদি খজিক্তং শেমদোকমিন্নসি, চৎনবিসি খজিক্তংদি হোংদোকপা য়াই। সমাজসে মমীৎ মমায় পাংননবা ঐখোই পুন্না খন্থবা অমদি দরকার ওই। নত্রগদি লোইনমক শিরগদবা। লাইরবদি লোইনমক মুৎখিবা তাবা, অতোনবশিংদি পুন্নমক হিংদবা তাবা। অচৌবা মহাক্কী মখোল মখোলগী দলানশিংদো খরা শিথদবা তারবদি ঐখোয় লৈকম লৈরোই। মখোয়গী লন থুম, জীপ, কার ময়ামদো খরদং হন্থহন্ত্রবদি ঐখোয় চয়া হেনহুনা শীবা তাবা।

লাইরবা অতোনবা ঐখোয় য়াম্না খন্থবা অমা দরকার ওইরি। মখোয়গী শুপনম শাশন, খেক্না খেক্না নোকপা মখোলদা অস্থম পঙথহুনা লৈবা তারবদি ঐখোয় পুন্সিবু করিনো হায়হুনা, হংহুনা নৈনক্লবগী দরকার শুকলৈ লৈতে। মহু ওইবা তারগদি পুন্সিসে হিংলি হায়বগী মহুৎতা নীং তমনা লোইনমক তাননবা লাওথোকশি।

পুন্সিসে মখোয়গী শান্নপোৎনে
মখোয়গী তিন শীৎকমনি—

ঙসিগী থৌদোকতুমক য়াম্না পেন্দে। মহুদগী হেন্না পেন্দবা ঐগী পুন্সিসিদা অমুক হন্না লাক্কনি ঐ থাজদে। মহাক কনাদস্থ লানখিদে, মহাক কনাদস্থ য়েৎখিদে। হোই মহাক য়েৎখি, লানখি, মহাক্কী লামলবা পুক থন্নবগীদমক, মহাক্কী চীংলিবা পুন্সিনা শিদনবখক্কী, কনাগী থোঙজিন্দা কনাগী থোঙান্দা থবক পীয়ু, চাক পীয়ু, নত্রগা সহরগী চিদাইদা ভীক্কারি ওইনা চাক চখোম অমগীদমক।

অহুবু ঙসিদি কয়াদা মীহাৎ থীনা হাৎলমলবা। মহাক অমা হীংবা নত্রগা শিবদা সমাজ অসিগী অমাঙবা নত্রগা অতোংবা লৈররোইদবা মতমসিদা মাগী মীসি কয়াদা মীহাৎ থীবা। মসিমকনা তাকলি, সমাজসিদা মীমুংসি লৈবা মী অমৎতা লৈত্রে। মহাক অমা শিবদা কনামত্তনস্থ কপখিদবা মহুনস্থ তাকলি, সমাজসিদা লৈরিবা মী খুদিংগী পীগী ঈরিক লোইনা কংব্রে।

ঐ নিংশিংলি, মাগী পুন্সি রারী। কাওবা ঙমদে মাগী রারী; থৌদোক। "পোলোয়কম লৈতহুনা তাহৌরিবা নংগী অশিবা হকচাংবু

য়েংলুবগা ঐগী রাখলদা নংবু হায়নিংঙাই লৈতনা মঙন য়াংহল্লিংই। শোইদনা পুমখিহুনা, নমথিরক্লুনা নংগী হকচাংদি, নারক্লা নত্রগা চীংলক্লা য়াংখিবা য়াই অহুবু চোইরোল, রাখল্লোল ময়ামহুদি ঐগী খশ্নোয়সিদা মথং মথং ইহুনা লৈহৌরি।"

"পাউনা বাজারগী গলি অমদা"

নুমিৎতো লৈচিল য়াম্না থাই, অয়ুকনি। মথং মথং মী তিনখৎ-নরকতুনা সহরগী লম্বি অহুদা মী কুক কুক ইম্নরকলবদা মাগী উপুমচা অম্মদা য়োনবা কা ঐনা মতপ অমা লৈহুনা চাখি। থক থক নিক্লুনা মানা মাগী কাগী শেলতবু ঙাইহুনা লৈখি। মুংঙাইমন্দহুনা ঐনা মঙোন্দা মথং মথং রারি শাখি।

—কী অনী শুনা লৈত্রব্রা অস্মুক য়াম্না ইংলবসিদা ?

— ঐগী কী অনী শুরমলগদি অস্মুক ঈংনা ঐ থাঙলমলোই, নং খংদত্রা ঐদি য়াম্না রাই।

—শেন্দোং করিমত্তা লৈতত্রা ? শেন্দোংহুনা কী অথাবা অমা লৈয়ু।

—নংখক্তনি ঙসিগী ঐঙোন্দা কা চারিবা। নং চৎত্রগা ঐগী উপু পুঙহাং হাঙহোরনি। মহুনদি ঐ পুক থনবা য়ারোই।

—অহুদি মসি নত্তবা থবক অমা, কারবার অমা তৌনবা হোৎনৌদনা

—হৌংবখক্তং য়াহল্লিবা অসিনা লাইবক য়াম্না করবনি। য়ুমস্থু লৈতবা, ইংখোলস্থু লৈতবা অথুং অথংবদা য়ারেকক্ম ওইবা ঐগী থবকপু কদাইদগীনো ? সরকার অসে মমীং তাংলবনে, মনা পংলবনে, ঐখোয়গী য়ুম মচা অমতং, কী অথাবা অমতং থোনবীবা ঙমব্রিবসে, হায়য়ুনে নংস্থু নোম্বিংত্রা.... করিস্থু নত্তবদদি লমলেমশীংদা য়ুম লিশীং শায়হুনা য়াংহল্লিনে মসিদবু ঐনা মখোয়বু করম্না ব্যবহার তৌগদগে ?

মথা য়াম্না শানা রা ঙাংই। য়াম্না পেন্দনা হৌংবা মাল্লি। পুরমকী মথক্তা, মহাকী রাখল্লোলদা ভারিবা মমী তশেংনমক ঙকই। অসিগুম্বা শোথরবা তাংককসিদা অস্মুক খন্থরিবা অহুগা মহাক্না.... । অহানবা থেংনবা নুমিৎসিদা মতুংত্তানা থেংননবা বার্ত্ত্ন তৌবগুম ঐনু খল্লহল্লি। মথা তারক্কই।

—নঙস্থু তৌরিবা মওংসে য়ানিংব্রনে? অতোনবা কয়াগী পুন্সিশিংনা সহরগী গলিশিংদা কৈথেল শঙ মথাদা, হীপতুনা, লেক্তুনা অমদগী খরা নি, অমদগী খরা লাক নত্তে মসিবু তৌনিংদনা তৌবিব্রো। হীংননবা পোক্লকপা মীওইপোক্নে, হীংননবা ঐখোয় হোৎনবা নত্রো? অদুগা ঐখোয়বু হুরানবা অঙাওবা, থীনা থীনা ফুবা চৈবা।

মীৎতুদগী পী মরিক মরিক শিন্থরকই। ঐবু নিংঙমদনা য়েংলকই। লুকথখি। মুংশা খরা খরা লাংথোরকই। মীনিল হেনগৎলকই। থৌনা লৈনা মথা শমথরকই—

—অঙম অথৌ মখোয়গী মচা মশুনা নুপী অঙাং কয়াবু নৈহৎতুনা খোঙ্গোইনবা, মাঙহনবদি করিস্থু হায়দে। অঙম অথৌ মখোয়না লুপা ক্রোর ক্রোর য়ুমগী লল্লাইগী তানশিনবদদি য়ায়েনশঙগী বীচারস্থু মরু লুকই। অদুবু তোল্ল তারবা ঐখোয়গী য়ুম খরদং শাবিয়ু হায়বদদি মখোয়না ঐখোয়বু থীনা থীনা ঙাংই। মসিদনে ঐনা অঙম অথৌ পুন্নমকপু থাঙনা ককথৎতুনা হাৎকদৌরিবা।

য়ুম য়োরকলগা, কুইনা ঐ তুম্বা য়াখিদে। মহাক্কী রাহৈশিংহুদা অশোয়বা অমত্তা য়াওদবগুম ঐ খল্লি। খম থেংনা পেন্দবদগী খোক-লক্লিবা নিক্লবা রাহৈশিং ঐগী নাকোংসিদা তত্তনা নিল্লম্মি।

মহাক শোয়দনস্থু ঈংলমগনি, চাক চারমদবস্থু য়াই। মহুগী মথক্তা মহাক্কী কা লুবাক মীয়াম্মা লংখাইরম্বা য়াই। য়াম্না চীংনৈ। সমাজগী মুংশিৎসিদা মহাক খাঙবা য়াম্না রাগনি।

“থাঙ্গাল বাজারগী ডুকান মমাংদা”

থবক অমথক্তংগী লম্বী অদু কাওরুবতনি। মীয়াম্মা য়োমশিন্দুনা কনাগুম্বা অমথকপু দন্দি পীবগুম পুন্নাঙ লাঙলম্মি। চংশিনহুনা য়েংলুরি। খাই লাওই। ঐগী থম্মোয়দা য়েক্নুনা লৈপ্লবা মহাক অদো ঙসিদি সহরসিদা ঈ তাহুনা চৈনা খাংহনা লৈরম্মি। ময়ামহুনা ঙাঙবিবা ঙাক্তা, মাগী মীচঙ অমত্তা লৈতে। মরম করিগীদমক মাবু ফুরিবা, চৈরিবা, কনানস্থু থঙনদবগুম তৌরি। য়েংলম্বা ময়াম মথং মথং চৎনখি। ঈ তারিবা মথক্তমক ঙাইহৌই! মাদি চৈনা থাঙলি। ঐনা হংলুই।

—করিগীনো অমুক শাখিনা অরাবা নংলিবসিবো। নহাক কনাগী মকমদা কায়রুরে ?

—ঐনা লাল্লুবগা ফুবা ওইরমলবদি ঐহাক শীরবস্থু কায়দে। কনা লৈজদবী ঐখোইগীদি কয়া চুমলবস্থু অতুম্মক শোকপা তাবনিনে।

—নত্তে। নংনবু লাল্লবদি নংগীদমক খোনা মরিক অমতং পুখোক্তুনা ঐস্থু পাম্বোমতিংবা য়াইনা।

—পুন্নমক মীনম্বনি। মায়স্থু মায়খিগনি। নওনা খুৎলাই মতিক চানা পায়বা লাম্মী নত্রগা লালহৌবা ওইরগস্থু নহাক মকমসিদদি শোইদনা মায়খিগনি।

— করম্না ?

— ঐহাক করিস্থু লান্দে। গুপ্পতংগী অহিংসিমতং মালরারীগী বিল্ডিংগী চিদাইসিদা লেকপনি। মকমতুদা ঐনা করিমত্তা থুগাইখিবস্থু লৈতে। ইংবা কোরুবগী গুপ্পতংগী চেথী চেগুম খরা পুনশিল্লগা মৈ হৌরুবতনি। ঐ মখোয়দা চেগু নিরবস্থু লৈতে।

মখোল নিক্লকই। তপ তপ তারিবা ঈ মরিকশিং তৈথোকখি। মপী চত্থম চত্থম তাই। মীয়ানগী তুকানশিং, অচৌবা দলানশিংতুদা পেন্দনা য়েংলি। মখয়াৎ চিকতুনা থাংই। মখোল খোক্সা কপ্পকই। কন্না লাওরকই।

— মীয়ান মচাশিং অসিবু কনানা লাকশিনবীরিবগে ? থাজাল বাজার অসিদা মখোয়না অকনবা নোংশাগুম অহিং নুংথিল অনীমক নিংথৌগুম্না পানবা লমদমসিগী য়াইতোঙ ফমদোংবা কনানা মখোয়বু অখিংবা পীবা ঙমগে ?

মাগী খোল্লাও কনখৎলকই, মাবু কাথরুই, লাইবকী ঈ তপ্পা তৈথোকলুই। লম্বীদা চৎলিবা মীশিং মুম্না মুম্না য়েংলকই, মৈতৈ মচা মশেলগী ঙাইহাক্তং লেপতুনা শোক্লিবা মাবু হংলমদে, য়েংলমদে। মাগী পেন্দবা মরক্তুদা ঐস্থু য়াম্না পেনখিদে। ঐতোক্সা মুম্না য়েংলগা হায়রকই।

— নংস্থ য়ানিংব্রনে, ইংগ্রবা নিংথম অহিংসিদা মকমসিদা অহিং অমতং লেকপদা মীয়ান মখোয়না ঐবু শাখিনা ফুরি। মৈতৈ মচা-শিংনা ফুরিবদো অহুম য়েংহুনা লে। নন্ড হায়মুনে, য়ুম লৈতবা ঐনা সহরসিগী পীক্লবা দারী অমদা লেকলুবদা করিগীনো অস্তুক কল্লা ফুবীরিবা?

— তোক্লোসে, নংগীদমক ঐ লৈশে, লাকও নঙ ডাক্তরদা চৎসি।

— ঐ চৎলরোই, ঐ অমা শিখিবদা কনানা পী শিন্থগদগে? অহুবু মীয়ান মচাশিংসে ঐ পেন্দে। মখোয়গী মপা মপুনা থল্লম্বা ছোতোদোনা মখোয়না অস্তুক য়াম্না অকন অরেন শীংলিবশিবু মৈতৈ মচা ঐখোয়না অহুম য়েংহুনা লৈরব্রো?

খুমকম খংদে, কককম লৈতে, মাগী রাঙাং। চৈনাখোল মরক্তা খোক্লকপা পেন্দবশিংহুগী মরক্তা ঐস্থ হায়কম খংদনা শাওনিংই। মাবু খেমজিলুই।

— মসিদি তোল্ল তারবা নখোয় ঐখোয়না খনগদবা নত্তেনে। অঙম অথৌ মখোয়না য়ারিবসিদি লৈনিংবমথৈ লৈজশনু। মীয়ান মচাশিংনা সহরসে শিন থংনা কুপখিসনু। ঐখোয়স্থ হিংবা ঙম্নবহুতং হোৎনরগা লোইরে।

— নংস্থ মহুমক হায়ব্রা? মহুদি ঐগী লাইবক্তা তারিবা ঈ অসে নহাক তৈখোক্লনু। সহরসিদা নিংতম্না চাক্তারিবা মখোয়গী মখোঙদা তুহুনা নংগী পুন্সিগী জীবিকা থিক্ল। মীয়ানগী নুংঙাইবা, অরোনবা পাও কয়া পুহুনা নখোয়গী অঙম অথৌশিংদা চহিগী অখেনপোৎ কাক্লচো।

মহাক চেনখ্রে, মকম খণ্ডনা মহাক মাঙখ্রে। লাইবক্কী ঈ-শিংহুদি তপ তপ তাখি। মাগী চৈনাখোলহুগী মনিল ঐভোন্দা লৈহৌরি। মীয়ামগী মীনিল মরক্তা মাগী পেন্দবা খোনশিংহুদি থম্মোয়দা কোন্দুনা লৈহৌরি। রুমালদা পকহৌরিবা মাগী অঙাংবা ঈখেংশিংহুনা ঐবু অনৌবা পারা অমস্থ তম্বীরম্লি।

থা অহুম হেনলক্রে। ঐ মাবু উথিদবা। সহরগী গলীশিং নত্রগা মকম অমত্তদস্থ ঐ মাবু উখিক্রে। ঐ মাগী মম্বিং মথাস্থ খঙহৌবা নত্তে। খঙলগস্থ মহুগী কান্নবা লৈতে। অফং-অফংবা চাহুনা অথুং অথুংবদা য়ারেকপা, কনাগী পুন্সি ঈশৈবু ঐনা করম্না চৌনকা পুগদগে? অহুবু ঐ মাদি য়াম্না উন্ননিংই। মাগী খোনজেলগী খোম্থাং ঐগী থম্মোয়দা তাহৌরি। কি মতৎ শেৎপা, য়ুম লৈতবা থরাই অমা ওইরগস্থ মাগী পুন্সিদা তোপ তোপ্পা গুণ অমদি চেপ্লি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

"থা অহুমগী মতুংদা"

ঐ মাবু হেক উবদা অনৌবা অহোংবা অমা লাকই। নুংঙাইজে, লাংতক্রে। মতম কুইনা অরাৎপা অমা লৈরম্বা হেক কংবগুম তৌই। মতম থরা ঐগী মীৎয়েংগী রাংমদা লৈরুরবা মাবু থংনুং নুংশিরকই। ঙসি মহাক ইতপ তপই, লাঙদে। পেন্দবা কয়া, অরাৎপা কয়া লৈরবস্থ মহুবু কাজিন পুনশিনহুনা নে-তাবা পুন্সি অমদা খোঙদারবগুম মানা হোতেলগী ফালহুদা খবর পাহুনা লৈরি। তপ্পা চংশিন্নুই, মনাক্তা কমলুই, নাপ্প চিরা রা অমতং হায়রুই—

— নঙ নহালমথৈ কদাইদা লৈরুরে? ঐ নংবু মতম কুইনদগী থিরক্লবনি।

মহাক খুমদে, ঐবু ঙকলপ মুন্না য়েংলকই, খঙলমাল্লে, তপ্পা লুকথখি। খবরদো ঐঙোন্দা পানবা পীরকই। য়াম্না পেন্দনা রাখল অমা খনবা মাল্লি। ঐনা মখা তারুই—

—নংগী পুন্সিদা অওনবা থরা লাক্লবরা? নংনা নুংঙাইবা মী অমা ওইরকপা হায়বদো ঐস্থ পাম্মী।

— ঐ থা অহুম চুপ্পা জেলদা লৈরুরে। ঙসি নীনিদা ঙাইরি ঐবু থাদোকররকপা।

— ঐ থ্বাই লাওই সংশারগী অঙকপা মথৈ পুন্সিন্নগা ঐঙোন্দা হৈৎররকপগুম মাগী তপলকপা রাহৈশিংহুনা ঐগী থম্মোয় কায়হনখি।

মাবু মুন্না য়েংলুরি। চুপ্মি, মহাক ময়াং কংলম্লে, মাইথোং ওল্লম্লে। মথা তারকই।

—পুন্সিসিদা ঐস্তু মপুং ফাবা হায়বহুদি পাম্মী। ঐগী ইমানা, ইপানা, ঐবু পোকপদগী সহরগী গল্লিদা হুন্দোকতুনা থম্বিরমলবস্তু লময়া শারাগী থরাইসিনা, ময়াই কানা মোৎলবা সমাজসিগী মথক্তদি পেন্না নেৎথনিংবনি। অদুবু ইখোং ইখুৎ ককথৎপীনবা, ফাজিন পুন্সিনবিনবা অঙম্বা কয়া লৈরম্বনা ঐহাক মকমসিদা অস্তুম্না অস্তুম্নক শিবা তারিমাল্লে।

মাগী রাহৈশিং ঐ তাবা ঙমদ্রে। মাগী রাহৈ অমমমনা ঐগী থম্মোয়বু মচেৎ মচেৎ তাহনবগুম ঐবু খাংবা রাহল্লি। ঐনা মরক থৎলুই।

— নত্তে নহাক করম্না জেলদা লৈরুবনো, মহু ঐঙোন্দা হায়য়ু।

— নুমিৎতো ঐহাক রাখলদা চরাংনবা অমদি পেন্দবতনা থম্মোয়সে অস্তুক্কী মতিক খাংঙমখিদে। হাৎতোকনিংবা মী ঙাক্তনা ঐগী মীৎমাংসিদা হঙ্গৎ হন্দা লীশিং লীশিং চৎলি। মখোয়গী মীনম্বনা তানশিনবা ঐখোয়গী ফংহৌদ্রবা চাকথুং ময়ামগী মমলনা লৈশিনবা জীপ, কার, মীনাই মীশন ময়ামদো উরুরগা ঐহাক হায়নিংঙাই লৈতনা শাওনিংখি। নংস্তু নিংশিংলিদনা, সহরগী ময়াই মকতদা তাখিবা ঐগী হকচাংগী ঈ। অদুগুম্বা মপুনা থাকতুনা থমলিবা হুই কয়াগী মখোল, মখোয় কয়াহুনস্তু নাকোং শীংজা য়ৈশিনহুনা ঐবু খাংবা ঙমহনখিদে। মহু পুন্নমক কোকননবা ঐ অচৌবা মী অমদি হাৎতোক্কে চপ য়ুংনা খনখি।

— নত্তে, নুমিৎতুদা নহাক মী হাৎপ্রা ?

—নং পাখৎকমু, ঐনা ঐগী থাং পায়হুনা অহিং অদুদা হাৎনিংবা মী অমগী থোং কাওখাইরুবদা ঐবু অদুম্নক সিফাইশিংনা ফাপ্রে। মরুপ, ঐনা জ্ঞান তারকপদদি ঐহাক জেলগী পীক্লবা কাথু অমদা চৈনাখোল কয়া খাংনা লৈরম্মী। মকমহুদা ঐ থা অহুম খাংগদৌরি হায়বা ঐনা নুমিৎ মঙানি লৈরগা খঙখি।

মহাক্কী ৱারি তারগা ঐ খিক্তংদি কোমথোকই। চাকথুং কিথংগ্রবা, অথিবা মীং শিজিনবিহুনা মীয়ামগী তীন শীৎকম ওইরবা মাগী ৱাখলদবু মতম চুপ্পদা করিনো নুংঙাইগদবা ? থম্মোয় পাল্লিবা, মীওই মপোক্তা পোকলক্লবা, মীওইবা কয়াগী অৱা নুংঙাই উহুনা সমাজসিগী চৎনবী কয়া, মহীং কয়াগী মখল মথেল কয়া য়েংহুনা, তাহুনা লৈরক্লবা অহুগুম্বা মী অমবু তোখাইনা ইম্থোকতুনা, চৈহৎ পীহুনা থম্বিবা মসিমক্তি তশেংনা লাইবক থিবনি।

পুম্নমক থম্থবা অমা দরকারনি। ঐস্মু থম্থবা দরকার ওই। খনবতা নস্তে, মথোয়বু চেৎনা কোনশিনবীহুনা থমগদবনি। চাকথংং কীথংবিদ্রবা মথোয়গী থরাইনা অক-কত্ত খংলকত্রিবঁে মতমদগী কনানা ঙাকপী শেনবিরক্রবা, অকং অকংবা চারকপা মথোয়গীদমক, মীৎয়েং অমতংদি য়েংবা মসিমদি শুকলাল লাল্লোই।

নুমিৎতুদা ঐনা মাগী থম্মোয় চাওথোকননবা, সমাজসিগী হাক্না মোৎলবা মক্ষমসিদা মশানা মশাবু নীন্দা তৌদনবা কয়ারক থেমখি। ঐস্মু খংই, মহাক পুন্সিদা মায়থিরবনি, তশেংনমক মঙোন্দা মাইপাকপা লৈতে। নিংবা কাইরম্বদগী, পেনমনদবদগী মহাক্কী ঈ কারবা মীৎতা উরকই, মীশিংবু হীংচাবগুম। য়াইতোং, ক্ষমদোংবা পুম্নমকপু শঙলিংবা অচৌবা, থাংশাং অপাকপা পাইবগুম লোইনা উরকই। মহুবু লাম্থেংননিংই, হাৎতোক্কনিংই মরমদি মহাক্কী পুন্সি হিংননবগীদমক।

“ঙাসিদগী নুমিৎ হুমনিগী মমাংদা”

মহাক ক্ষজনা লৈতাদ্রে, হিংবা ৱারে, চাবা ফংদ্রে। খাংঙমদ্রবা থরায়বু পূহুনা সহরগী লম্বী খুদিংদা মহাক চৎলি, ঈ কারবা মীৎকা লোয়ননা। ৱারবা মতমদা পোথাই, সহরদা লৈরিবা অরং অরাক-শিংবু য়েংহুনা। মথয়াৎ ক্রক ক্রক চিক্তংনা। ঐ মাগী মনাক্তা চংবা কিরে, মরমদি অম্বুক কুইনা মাগী মনাক্তা, মাগীদমক্তা থরককপা, নক্লকপা কম্নাহুনা মাগী পুন্সিদা মরিক অমতং পোথাহনবা অমদি য়াইকনবা ওইখিদ্রে। মহাক পেন্দ্রে, পুম্নমকপু শেন্দ্রে। অহুবু ঙাসিম্ন

মাগী মনাক নকশিন্দ্রনা থম্মোয় শোক্না করিগুম্বা থরদং ঐগী পেন্নবা নত্রগা মাগী পোথানবা হায়রুরি।

—নত্তে নহাক হিংবসে য়ামনা চোকথরত্রা? হায়য়ু নংনা হৌজিক করিবু পাম্বগে? মত্তুগীদমক ঐ শেম শাগে।

ঈ কানা ঙাংলবা মমীৎ, মীনিল মরক্তা খজিক নৌথোক্লকই। পী মরিক থরদং লোম্না সহরগী কোয়লা মথক্তা তাখি। মাগী পেন্দবা চাম্ব চান্মনা থরায় পানত্থুনা সহরগী মাইকৈ থংনবা কন্না কন্না লাওরকই।

—ঐ কনাবুসু লোয়নবা পামদে। মীনমলবা তাইবঙসিগী ওক্তবা সমাজ মরকসিদা ঐনা ঐগী পুন্সিগীদমক কনাদগীসু চাক চখোম অমা নিরোই। কনাগী মফমদা তুত্থুনা ঐগী হিংবগীদমক দাবী তান্নরোই।

চেল্লিবা মাবু তাপ ফাত্থুনা মাগী মচিনবু মেনশিনলুই। অচিকপা মফম অমদা নত্রগা হোত্তেলদা মাবু ফজনা পোত্থাহনগে খনখি. অত্থুবু ঐগী অপাম্বা মানা খংবীখিদ্রে। ঐগী মীৎয়েংগী রাংমদা মহাক চেনগ্রে। লাওর লাওরগা—

—ঐ পুম্নমক্কী য়েক্লবনি, নখোয়সু ঐগী য়েক্লবনি, ঐগীদমক মীম্নুংশি মচেৎ অমত্তা পক্রবা নখোয়বু ঐনা করম্না উগদগে....।

সহর ঙাক্লিবা পুলিস, আর্মিনা মাবু তুকৎচনা য়েংলি, থিনা চৈরি, ফুত্থুনা তাল্লি। অচক-অওক্না লোম্না অঙাওবনি ঙাংনৈ। ঐনা উপাই মাংলবা মাগীদমক নিংঙমদবা পীরাং কয়া শিন্নুহোই।

'ঙসি অহিংদা"

মাগী তোল্লবা থরায়বু মীহাৎ থিনা হাংলমখি। কনা লৈত্রবা চাক্লি-কীনিবা, অথংঙ-অথংঙবা মফমদা পুন্সি পোত্থাকম ওইরিবা, অকনবা সহরগী মৈগী মুংশিৎ মরক্তা ফী য়াওদনা লান্নবা পুক্না

লোয়ননা, শিবা ভাইবগী অত্তোনবা শ্বয় হোন্দুনা হীংলিবা মহাক অচৌবা সমাজগী য়েরুবগুম মীহাৎ থিনা হাৎলমখি।

চাক্লিবত্তুবু মীহাৎ থিনা হাৎপদা কনাস্নু ঙক্কবা য়াই। ফিনিবত্তুবু অস্নুন্না মাংহনখিবদা কনানস্নু কপতবা য়াই।

অচৌবা কম্লাইবা কয়াগী থবাক মনুংদা চোংলিবা মীহুলদা থুক লাওবা পোক্লমদবা য়াই। অত্তুবু—

ঐগী পুক্সিদদি অস্নুক য়াবা মৈচাক অমুক হন্না লাক্লরোই।

—ডিসেম্বর, ৯৫



# অস্নুম্না ঐদি চৎলেদো

(১)

নাইতোম চৎলিবা পুন্সি লম্বীসিদা কনাগী খুৎজেং পায়হনা ঐনা চৎনিংলিবা ? হাংলবা থম্মোয় লকান্নুংদা করম্বা লৈরাং শাৎহন্দ্রনা পুক্লিংগী অপাম্ববু নিংবা থ্রংহনগদৌরিবা ? তশেংনমক পুন্সিসে অপাইবা লৈচিলনি, অমংবা নোংনি। অহুবু শরতকী তঙৌরবা থাবলগী মথাদা মপাং কায়নহনা তেংথারিবা চেক্লাহদি ঐদি ওইরুব্রি। সমুদ্রগী লম্বীদা মায়কৈ ভাওরবা হিহোনবনা ধ্রুবতরাগী শক্তমবু কোয়থি থিরিবা, অদুগুম্বা হিহোনবহুস্ন নত্তে।

বসন্তগী লৈনম মরক্তা নুংশি মাগী শক্তমবু পেন্না য়েংজরগা থম্মোয় ভাওনা পংথরিবা থরায়নি। ওলাংথাগী কল্লবা নুংশিৎ মরক্তা নুংশি মাগী মথানুংদা নিংভাইদনা তুম্লিবা অদুগুম্বা মোং হাল্রিবা থম্মোয়নি। তুংগী পুন্সিগীদমক কনাগী মথাদা তুক্তক তুকাই চম্নবু কপলুগদগে ? ইমাংদা লেপ্লিবী নুংশিবত্তনা থল্লবী পাম্মুবতনা য়োমলবী মহাকপু থাদোক্ত্রনা করম্না ঐনা অকনবা নোংলৈগীদমক তেংথারুগদগে ? মসিদি হৌনশানি, পুন্সিনা পুন্সিগীদমক কনানা কপ্লিংগদগে ? য়েকশ্রবা শক্তমহুনা থম্মোয়গী নীংশিংবা ওইহনা শাংলবা সমাজগী লম্বীসিদা ঐনা মঙ অমদা তাওববু ঐগী করম্বা ইরালবু লৈগদগে ?

মমিৎ মমায় ভাওরবা লৈচিলগী খোঙথাং য়েংহনা মোং হাল্রবী থাজনা থম্মোয় তনিক্লা চৎলিবা মতৌসে উরগা বীন্দিয়ানা মোমোন নোক্লি। ইংনা শিৎপা নুংশিৎনা মাগী মশা কনখৎহনগ্রব্রা খংদে—

— বাবুমচা, নঙ ঐগীদমক তশেংনা লেপ্লা ওমলব্রা ?

তত্তনা হংগ্রবা য়াহংসিমক অনৌবা ওইনা হংলিবা মাগী অনৌবা নুংশিবা অমা য়াওরকপনি থংই। মথোল অহুমগী দলান মথকসিদা কনা খংদ উদনা নুমিদাংগী অচিকপবু থুগাইহনা বীন্দিয়ানা ঐবু কায়হৌরি। মখা তারকই—

ঐবু নুংশিবদগী সমাজগী চৎনবিনা হেন্না লুই খল্লকপদা, মতমচুদা বাবুমচানা ঐবু ইন্থোক্লনি।

অচাইবা শমলাং কয়াগী মরক্তা নুংশিবি কজবী মমায়দো লোৎশিনখিত্রুনা বৌন্দিয়া কপলকই। অমম্বগী নুংশিবা নাওশুম ইশৈগী মচুত্তা তাররিবা মাগী চিংনবা, পাখৎপগী মীকপ খোনজেল তশেংনমক ইকমদা পারা অমা তম্বিরি। মাগী শমলাংশিংবু পুন্না খোমগৎলুই পীরাংনা থ্‌মলবী নুংশিবী মমায়দো থাঙৎতুনা মপাল নাইদবমথৈ য়েংজরুই। য়েংত্রুনতা লৈগ্রবা নিঙোলগী মাইথোং ঙসিস্থু অচুম্বক পেনবা নাইদে। মাগীদমক থৌনা পোকলকই। লানকম চান্মা ওইরবস্থু বৌন্দিয়াগীদমক থম্মোয় তিংনা লেপনিংলুই নুংশিবা অসিগীদমক পুন্সিসে কয়ারক শিনিংই। থম্মোয় তিংনা হায়দোকলুই।

— কয়ারক হায়খোগে, কয়ারক খনখোগে? তাইবঙ পাম্বগী নুংশিবা পুম্বা তোঙান্না অমা লেপহল্লগা, নংনা তোঙান্না অমা লেপ্লদা নংনা অচুম্বক হেনগনি বৌন্দিয়া। অচুগুম্বা নুংশিবচুদগী ঐনা লাপথোক্লনি হায়বসে থাজব্রা?

মোমোন নোকই। করিস্থু খংত্রিবি করিস্থু থেংনত্রিবী মহাক ইকাইবা পুম্বা থাদোকতুনা চেৎনা কোল্লকই। পাখৎপা কয়াদো কোকখিবগুম্নি। খংথা থাদোক্লুনা মখাদা পরপ পরপ চেস্থখি।

(২)

মীকুপ অমদা চৌক বৌন্দিয়াগীদমক নিংশিংবদা অস্নুমা মমী তাই। মথাগী চহি কুন শুবদা মহাক্তী মপা লৈখিত্রে। নোনা মমা কাইনখিবগী অরা মৈচাক কোকত্রিঙৈ, অনৌবা মৈশা কয়ামুক থেংনবা তাখি। পুন্সিদা অরা অনানা চয়োম শানা কুপ্লবি, নিংরা কায়বগী হুগৎলবা কম্নুংদা হীক্লা তেংথারিবী অচুগুম্বী লম্মাংনরবী অমগী তেংথাখোল সমাজশিদা কনানস্থু তাখিদে। মৈচাক কয়াগী তুংনকুম ওইরিবি অচুগুম্বী পীদং পাদংলবী নুপীজা অমনা চম্বকম খংদনা মাঙবা নত্রগা মীগী মীনাই ওইত্রুনা পুন্সিবু মরেক মহাক থোকহন্দবা ওইখিবা

মসিগী অরাবসিমক ঐগী বাবাদা হান্না কাওখি, উখি। মচানুপী য়াওদবগী অরাবা মায়য়োক্নহুনা লৈরিবৈ ঐগী ইমা পাবানা বিন্দীয়াবু মথাদা কোনহুনা লোশিন্নুবা মতমহুদা ঐস্নু চহী কুনমরীতা ঙাইরি।

বীন্দিয়াগী শেৎন খায়নবগী মৈচাক মথম্মোয়দগী পুরা কোকত্রবস্নু অনৌবা মমা মপাগী মথানুংদা নুংশিনা অমদি চেৎনা কোনশিনবগী মহৈনা মাগী অরাবা পুন্সিগী মমিদি খরমক কোকখিবগুম্নি। মচাদগী হেন্না লুনা তৌরবা মানা অরাববু থেংনখিগত্রা ? ঐস্নু খঙই, মতমহুদা মহাক নুংঙাইবা মীনোক অহুমমক নোকখি। অহুবু অসিগুম্বা অয়োনবা অকোইবা অমদি ফুমখিমাল্লে। মহাক্কী পুন্সিদা য়োকপীরিবা থাকপীরিবা মসিমক মহাক্কী মপুনি। পীদৎ পাদৎলবী মহাকনা অস্নুক থাক রাংগ্রবী ইমুংসিগী মচা করমনা ওইবা য়াক্নগদগে ? রাখল্সিদা তাওখি, মতু মমান ইপোন পোন্না চাওরবা য়ুম্নহুদা মহাক্কী পুন্সি লম্বীগীদমক হিংজবগুম তুমিন্না লৈখি। অমবু ওইরবস্নু অমবু ওইরবস্নু মতমহুদা ঐদি লাইবক থীবা হায়বদো ওইখি। য়ুমদা ঙাম্নরিবী নত্রগা অনৌবা থুংলয়িবী অতিথি অহুগী রাঙাং, মওং মতৌ অমত্তা খঙদনা ইকোয় কোয়ননা অহুম্মক কায়নবা তাথি। মতমহুগী ঐগী থিংঙাও লৈঙাও পুন্সিনা মাবুদি তরাম্না ওকখি। অহুবু ইনিং তৌনা মীঙ্গৌ অমকাওবা হেক কৌবা নংদনা লাইরিক মথাগীদমক মাত্রাজতা চৎখি।

ঐস্নু খঙই, ঐনা চৎলমদাই মাস্নু নুংঙাইখিদে। পাবানা মঙোন্দা তত্তনা হায়খি— নবুংমক্নি তামোচৌ কৌ। ইকাই খাঙহুনা য়াখিদে। লুকথহুনা য়েংহোই। থা অহুমগী মতুংদা চিঠি অমা মাত্রাজতা থারকই।

... .... বাবুমচা, ঐদি করিমত্তস্নু খঙদে। নখোয়গী তোল্লবীনি, নহাক লৈত্তবসে ইহাং হাংই। ঐদি নহাক কদাইদস্নু চৎখিদৌ মান্দে। চৎলমদাইতদা খঙই। পুন্সিগী চোকথরবা মীকুপ্পসিদা নখোয় থেংনহুনা ঐবু হিংহল্লিবা নখোয়গী লমনসিবু করম্বা মতমদা শিংগদগে ? ঐদি কনা লৈত্রবীনি। নঙনা থোক্রক্রগা ঐবু কদাইদস্নু চৎলু হায়গনু।

অরাবা তাইবগু লম্বীসিদা নখোয়গী নরুম থ্‌ৎপতুনা কুইনা ঐ হিংজগে। ইমা পাবুংনা ঐবু লুনা তৌবিবা মসিদগী হেন্না ফবা লাইবক কদাইদগী লাকখিগদগে? নহাক লাকলগা নঙগী পেন্নবা সেবা তৌজগে। কুইনা উহৌদবনা শকস্নু কাওখ্রে। য়ুমদা হেক লাকপগা ঐবু বিন্দীয়া হায়না নুংশিনা কৌবিয়ুকো।

—নংগী বিন্দীয়া

থম্মোয়সিদা অকনবা শাফু অমা ফংখি। পুন্সিগী অঙনবা তাক্কা অহোঙবা অমা লাকখি। ইঙাও ঙাওনা চৎচবা পুন্সিসিদা মাগী মকম চাওনা কনখিবগুম ঐ ঙাইহাক্তস্নু লৈতাখিদে। ইচম চমজবা মাগী মতৎ মতৎকী রাইহৈশিংহুনা ঐগী থম্মোয়বু পুংগুপ গুপচিনখি। মাবু ইচম চয়া খনবা ঙমখিদে। নুংশিবগী, কৎথোকপগী অহানবা লম্বী তাকপী খোঙলোইগুম ঐনা লৌখি। মরকসিদা মাগী লৌশিনবা ঙমজবা "বাবুমচা" হায়বা মীঙ্গৌহুনা মাবু অমুক্কা হেন্না থলহনখি।

চহী অমগী মতুংদা অতেনবা মতম খরদং থোক্লকপদা ঐনা বিন্দীয়াবু কয়ারক লোন্না য়েংখিবা, মাগী ইতপ তপ্পী, ইকাইগনবী অহুক নুংশিবী মায়থোং ঐনা মকম কদাইদস্নু থীবা ফংখিদ্রি। মানা ইকোয় কোয়না কৌরকখিবা "বাবুমচা" হায়বা মীংহুনা ঐবু অহুমক থম্মোয় ওলহনখি। মাগী নুংশি লংলানা কীশি কন্না কীশিনগ্রবগুম ঐগী পুন্সিনা বিন্দীয়াগীদমক অহোংবা রাথল অমদা থলহনবা ঙমখিদে। থম্মোয়বু কয়ারক থেমখি, ইমা ইপাগীদমক, সমাজসিগীদমক পুন্সিনা অহোংবা অমদা লাক্লবা কন্না হোৎনখি। অহুবু মানা ঐবু ইখুৎ পায়হুনা চিংলবগুম পুন্সি লম্বেলসিদা মাতবু ইয়ান য়ান্নখি। চৎলম-দাইদা পাঙ্গল থৌনা পুন্নমক পুথোক্লনা নাপ্প চিক্না হায়রমই,

— মকম কদাইদস্নু চৎলমগনু, বিন্দীয়া? নঙগীদমক কনাগুম্বা অমদি থাংকম খংদ্রিবনি। ....নঙবু হায়কম খঙদনা নুংশি বিন্দীয়া।

লুকথখিবা মায়থোং অহুর্মক হায়গৎলকখিদে। ইখুৎ পেন্না মাগী লুকথখিবা মায়থোং হায়গৎনিংখি, অহুবু ইকাইবগী পজনা চৎলমদাইক্নাওখা মাবু পেন্না য়েংজবা ঙমখিদে।

থা মরীগী মতুংদা বীন্দিয়াগী মকমদগী খুদোলপোৎ কয়াগা লোয়ননা চিঠি অমা ফংখি।

বাবুমচা,

সমাজগী চৎনবী করিমত্তা উত্ত্রব্রা? ইমা পাবুংগী আশা করিমত্তা খংত্রব্রা? নঙনা অচৌবা ওফিসার ওইরগা থাক ৱাংবী নুপী লৌহুনা পুন্নমক্কী অপেনবা ফংহনসি। নখোয়গী মীনুংশিদা হিংজবা ঙমলিবা ঐদি পুন্সি চুপ্পা নখোয়গী ননাই ওইহুনা লৈজগে। করম্বা মতমদা নঙনা ঐগী ৱাখল থাদোকপীগদগে? অতোনবা পুন্সিগী চন্নফমবু ঙসিগী তাইবঙসিদা মফম কদাইদা লৈগদগে? তোল্লবী থম্মোয়না ইত্তিক ইপা নত্তনা অৱাংবা ৱাখল খল্লবস্তু মহুগী চন্নফম লৈতবা ওইসন্নু। চৈনাতা ফংহুনা লাক্লবী থম্মোয়সে নঙনা অমুক রাহনবীরিবা মসিবু করি হায়রিবনো?

নহাক্কী মতিক চাত্রবী
বীন্দিয়া—

মাগী চিঠি পাবা লোইপ্রবস্তু থম্মোয় শেংনা নাপ্প চিক্লা শেন্দোকলুই।

“পুন্নমক্তো নঙবু নুংশিরুবদগীনিনে বীন্দিয়া” মনাক্তা চৎতুনা “নঙগী পুন্সিগীদমক চাওনা ল্পেপ্পনবা ঐ লৈরি” হায়হুনা মাবু চেৎনা কোনজনিংলুই। শোম্থরিবা মথম্মোয়হুবু ফাজিনবীহুনা “নঙগীদমক পাম্মোম তিংলি” অস্নুম্না থম্মোয় পেন্না হায়নিংলুই।

মায়কৈ খঙদা কঙাওনরবা মথোঙ হুক্ত্রবা পুন্সিশিনা কদাইদনো পম্থুং থিগদবা? চহী অহুম চুপ্পা, নকশিন্নত্রিবী মাগী নাওশুম ঈশৈদা পঙথরক্লবা ইথম্মোয়না মাগী মনাক্তগী কমদৌনা তামগদগে? খোঙথাং কাম্নবা খোঙচৎকুম, মাগী ৱাখলবু হেক তামলুবদা, মসিমক্লা করিনো ওইগদৌরিবা? কল্লবা সমাজগী চৎনবীদা মৈরী ৱাংনা চাকলিবা অহুগুম্বা খেন্নবগী পল মরক্তা বীন্দিয়ানা মাগী পুন্সিগীদমক ঐগী নুংশিববু হিক্লা তেংথারি। নুংশি নুংশিনা পেন্দবা ফোংদোকলি। কয়ারকস্তু খল্লে, খনল্লে, থম্মোয়বু কয়ারক থেমজিল্লুরে অহুবু অহুগুম্বী

ঐগী য়ুমগী অরোনবী লৈরাং অতুদি অহুমক কাওখিল্লে। কনমক কায়গদবী ওইরবস্থ পুন্নমক্কী য়েক্লবা ওইরক্কদবা তারবস্থ ঐনা বীন্দিয়া-গীদমক মওপ্রবা নুংশি মঙলান অতুদি মখা অহুম চৎখপ্রমাল্লে।

খম্মোয়নুংদা কয়ারক লাৎপ্রে, মাগীদমক কয়ারক তুমখিল্লে। অকনবা শাফু কয়ানা খম্মোয়বু হন্না হন্না য়ৈপ্রে। অস্থুমা চহী তরেৎকী মতুংদা ওসিদি বিন্দীয়াগী খম্মোয়দা ঐগী মমী তাখ্রে। পুন্সি হায়বসিদা কয়াদি খন্থবা দরকার ওই। নুংশিবা হায়বহুদা মরিক চুম্বা রাখল অমস্থু দরকার ওই। অহুবু পুন্নমক্কো খন্থদনা অঙাওবা রাখল মরক্তা করিস্থ কোইদনা শুপ্নতংগী মাবু নুংশিবা, মাগীদমক কৎখোকপা হায়বহুনা পুন্নমক্কী লংদাইকম ওইপ্রে। ঐস্থু খঙই ইমা পাবাগী অপাম্বা মখোয়না হৌজিক করিবু খল্লিবা।

নীংশিংলকই, কুইত্রিবা পাবাগী চিংনবা রাঙাং অমা,

— ইপাগী রাখন্দদি, নঙনা অচৌবা ওকিসার অমা ওইরবনিনা অচৌবা রাখল মরক্তা নিং-তম্মা শায়গনি, নঙগী নতিক নঙুনগা চপ মান্নবা নঙনা পুন্সিগী লম্বী য়াৎলক্কনি খল্লি।

ইমানস্থ মখা তাখিবা—

— ইমাগী ইবুংঙো, ইচাগী খম্মোয়দা অমকপা খমহন্নিংদে, অপীকপা রাখলনা খম্মোয়বু কাজিন পুনশিনহন্দ্রনা নশাবু নশানা মাংহনগনুকো।

মখোয়গী রাঙাং ঐ খঙই। ঐগী পুন্সিগীদমক মখোয় হায়কম খঙদনা রারে। অঙাওবা খম্মোয়না মায়কৈ ওন্ননা লাম্লিবা পোৎশক অসিবু কাওখোক্লবা মমা মপাগী মীকপখোল তারক্লে। ঐস্থু খঙখি, পুনসিসিদা করিগুম্বা খরদি লাল্লে। খোঙথাংসে ওন্নরে। খম্মৌ হায়বনি। খম্মোয় শোক্না তেংথারকপনি। মহুমক্না ঐবু করম্বা লম্বীদা পুবিখিবগে? মখোয়গী মতৌদা ইথানুংদা চেৎনা কোল্লিবা নুংশিবা পোৎশক অহুবু লাপ্না লংখোক্লিংখিব্রা? ইমা ইপাগী মায়োক্তা সমাজগী নিয়ম রাংমদা ঐনা খোঙ থাংজিল্লি খঙনা খঙনা মরী চৎপ্রবা ঐগী নুংশিবদি নুংশিহুনতা লৈপ্রমাল্লে।

চনৈনহুনা লৈরিবা রাহং কয়াগী মরক্তা চম্মম্লহুনা লৈরবা মশ্মোয়সিনা অরা মৈচাক কোক্লবা ওকিস হল্লকপা খুদিংগী লোম্না নত্রগা ফোংনা বীন্দিয়াবু ইনাক্তা কৌশিল্লি। কুইনা কুইনা থাদোক্তে। লাম্লে খঙলবা খোঙথাং কয়ানা মাগী ঐগী নুংশি ঈচেল শাগৎতুনা মাবুতা ঐগী ওইহনবা পাম্মই। কাওবা ঙম্লরোই, পোথাকম খঙত্রবা মীকুপ অমদা মাগী মকমদগী নিখিবা পুন্সিগী অহানবা নুংশি ভিক্ষা। থশ্মোয় তনিক তনিকনা হাপতবা ঙমখিদ্রবা অশোনবী থশ্মোয়গী ভিক্ষা হাপতোকপ্রগা কপখিবা মাগী মীকপ। মাঙদা তারিবা অমম্বা লম্বীগীদমক মথন্তনা নিন্দা তৌহনা তেংথাখিবা।

মাবু ঐনা কয়ারক রাহনখিগদগে? মকম খংদ্রবি লম্মাংনরবি অমবু থশ্মোয়নুংদা চেৎনা কোনশিনবদা সমাজনা করিবু হায়গদগে? রাষ্ঠনতা লাক্লবি পুন্সি অমা অহুগুম্বী মীপাই চাওরবি অমগী তেংথা-খোল মরক্তা য়াওখিবা "কদাইদম্লু চৎলু হায়গনু".... অহুগুম্বী তেংথারোল ঙসিস্লু থশ্মোয়দা কোন্দূনা লৈরি।

( ৩ )

ঐগী থবক্তী ত্রান্সফার পাটনাদা থোক্লে। অঙকপা অমা পোকখি। পুন্সিসিদা চৈনাখোল অমা ফাওরকপগুম তৌরি। কনাগীস্লু নত্তে। ঐগী বীন্দিয়াগীদমক ঐ থন্দবা য়াদে। মাগী নুংশিবগীদমক মাগী পুন্সিগীদমক মফম কদাইদস্লু চৎলন্নু হায়বা মতমনি। তশেংনা বীন্দিয়ানা ঐবুস্লু থাদোকনিংব্রে।

মপাল নাইত্রবা মাগী নুংশিবদা ঐদি কয়ারক মায়থিহুনতা লৈরি। অরোনবা নুংশিবগী থারবা থাকম্না কুপশিনখিরিবা ঐখোয় অনিবু তাইবঙ কনানা ফত্তনা খল্লিবগে। পুন্সিশিদা অহুক হাকনা চৈনাখোল অমত্তা ফংদ্রি অহুবু অসিগুম্বী ঐগী নুংশিথোইরবি অসি কাইনবা তারবদি ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী অরাবা হায়বদো ওইবা য়ারি। পুন্নমক কোক্লনবা ঐনা ঐগী বীন্দিয়াবু কোঙনা ঐগী নুপীনি হায়না লাও-খোকপা কয়াম কায়বগে? অসিগুম্বা ঐগী পুনসিগী থাক অসি য়ৌরগা ঐনা কনাবু কিহুনা মাবু রাহন্দুনতা লৈথিগদগে?

ত্রান্সকার ওর্দরছুনা বীন্দিয়াবু থম্মোয় শোক্না রাহনগ্রমাল্লে। ঐবু কয়ারক রারোবস্থ মাল্লি। ভনিকপা খোলনি তারিবা।

পুন্সিচুপ্পা লাইবক থীদুনতা লৈহোরগে। নঙ চংগ্রবদি ঐ করি থোক্কনি ঐ খঙদে।

হীক্না হীক্না কপলকই। অমুক্তা কপখিদ্রিল্লি অসুক থম্মোয় শোকপা মীকপনা ঐবু পুংমম মমহল্লি। ঐ কুপ্পা খস্থবা অমদি দরকার ওইরবনি। খাঙকম খঙদনা মাগী শমশিংবু পুল্লপ্পা পুনশিনবীরুই। লম্বী নাইদনা শিম্ছরক্লবা পীরাংশিংদো মথং মথং তৈথোকলুই। থনকম খঙজ্রবা রাখল অমদা ত্রান্সকার ওর্দরছু মুম্না য়েংছুনা মতৎ মতৎ শেগাইরসিরা খল্লকই। অমুকস্থ হায়কম খঙদে বীন্দিয়াগী মায়থোঙ য়াম্না নুংশি। মায়থোঙদা পক্লিবা পীশিংসিগী মমল ঐনা করম্বা মতমদা ভাক্কদগে? মাগী মীকপসিগী মহুত্তা মীনোক অমা নোকননবা ঐনা করথ্বা মতমদা হোৎনরক্কদগে? মরোল থোকখিদ্রবী মায়থোঙনা ইথানুংদা লোৎতুনা তুমীন খাঙলি। ঐ খঙই, বীন্দিয়াগী থম্মোয়না ঐগী থৌনা য়াওরবা পাউথুমতবু ভায়বনি।

নুমিদাংরাইরমগী অকনবা নুংশিৎনা কম্না কম্না হুমদোক্লি। অনিগী মায়থোঙদা অনৌবা শক্তম অমা লাক্লবা হোৎনরি। অশোনবা ঐগী থম্মোয়দা অনৌবা পাঙ্গল লাক্লবা অরোনবা নুংশিৎ শিৎলক্লি। রাহং কয়া কয়া লাকই। ঐ বীন্দিয়াবু পুদুনা তদুম্মক চংগ্রশিরা? মসিগীদমক ঐনা করি তৌগদগে? মথোক্ত খঙজ্রবা পাউথুম কয়া লাকই। বীন্দিয়াগীদমক ঐ লেপকনি। মাবু থুনমক লোৌবা ঐ লাক্কনি। মহাক তশেংনমক ঐগী ওইগ্রবনি। মাবু চেৎনা কোনশিল্লুই। করিগুম্বা থরদং হায়ননবা মাগী মীকপ খোনজেল থেম্বা লাক্করি। তুংগী লম্বী খঙজ্রিবা পুন্সিশিদা মাগীদমক ঐ তশেংনা হীংদবা য়াদ্রি। নৌহ্নুনতা লৈরিবি মায়থোঙ অরোনবা থম্মোয়গী মনিমুক্তাসিবু অস্থুম্না হীক্না হীক্না কপ্পহোরগা ঐনা মীরমদা করম্না চৎকদগে?

পুন্সিদা তায়কত্রিবা ঐগী মীৎকী পী থরা মাগী মায়দা পকল্লি। নুংশিমনবনা ভাওরবা লাল্লিবি হকচাংহুবু পুন্থ চাম্মগী লোৎশক অমগুম

মীকুপ অমত্তা থাদোকলুদ্রি। মীপাইজরবী অহুগুম্বা মীনোক কয়াগী তুংনকম ওইরক্কদবী পাখৎলবী মথম্মোয়বু কাথনবা থৌনা লৈনা হায়রুরি।

— থা অহুমগী মনুংদা শোইদনা থোক্লক্কে। মতমহুদদি নওনা হায়বা খুদিংমক ঐ তৌরগে। মহুকাওবদং কপ্লমগনু, মথং চৎপদদি....

তপ্পা তপ্পা দলান্দগী কুমথখ্রি, মাগী তেংথাখোল মথম্মোয়দগী থরদং কোকখিবগুমই। শোইদনমক্কী মহাক ঐগী চৎননবা পোৎ লোইশিল্লমগনি। পোৎ লোইশিন লোইশিন্না ঐবু য়াম্নৌনা কপ্লমগনি। করিগুম্বা ইমা পাবুং খঙগদবা লৈরগনা লোম্না পী তৈথোকনি। মোমোন নোক্নুনা হরাওনা লৈবা শাগনি।

অশাংবা শ্বর অমতং হোনখি। করিগুম্বা অমতং খন্থনবা মীকুপ অমগী পোথাকম থীরি। খন্দুনতা লাক্লি, ঙসিস্থু কল তাদ্রি। ঙসিস্থু খয়নবা শেম শারি। অতিয়াদা থরাম্মীচাক পরেং পরেং থোক্লকই। কুকেৎ কাকেৎ মথোয়নস্থু পুনসিবু ময়েক শেংহন্দবগুম য়াখলসিদা কাওরকই। লৈনম পুবা নুংশিৎনা কোকসিদা য়ৈরক্লি। য়াখল অমা লাকই। য়াশক অমা শকপগুম্মি।

— বীন্দিয়া, কদাইদস্থু থাদোক্লোই। মহাক ঐগী খ্বায়দগী নুংশিজবী মমল লৈবী থরায়নি।

(৪)

পাটনাদা লৈরিঙৈ নোংমা মঙ অমা মঙখি। পুন্সিদা থাংকম খংত্রবা থোঙথাং অমা মীরমহুদস্থু থাংলুই। থাংকম খংত্রবা নুংশি য়ারী কয়ানা মাগী চাওরবা ফুরা দলান শাগৎখি। মঙদো নীং-শিংলি— অহিং অমদা ঐগী অচিকপা কাগী থোঙজিন্দা ইনাক্কদি চংলক্কনা লুহোংবগী কীজোল শেৎতুনা ঐবু থোক্লক্লো তত্তুনা কৌখি। ঐনা মনাক্তা চংশিল্লবদা, ঐগী ইথোঙ শোরা থুরুমহুনা হিক্লা কপখি। ঐ য়া অমত্তা ঙাংবা ঙমখিদ্রে। মখোল থোক্তুবা মাগী মীকপ ময়ক্তা ঐগী হকচাংদা চেৎনা কোনশিল্লকই। থাংকম খংত্রহুনা ঐনা

মাবু কন্না ইম্বোকখি। নুংশিৎ কন্না শিৎলকখি। মীকপখোল কন্না তারকখি। ঐবু ৱারৌনা পেন্দনা য়েংল য়েংলগা ইনাক্তগী অস্নুম অস্নুম তামখি। মীৎয়েংগী ৱাংমদা লৈঙ্গ্রবদা মাবু থম্মোয় শোক্না কৌখি। কন্না তান্নখি। মীকপ খোকললকপদা পাটনাগী কাহুদা ইথন্নতমক ভাইরম্মী।

(৫)

ঐনা ঐগী য়ুম তম্নক্লিবা মরম কয়াগীনো ঐ খংদে। অদুবু ঐদি অসিমতং নীংশিংই, ঐনা চৎলমদাইদা বৌন্দিয়া কপহোই। বৌন্দিয়া হায়কম খংদনা ৱাহোই। কুমগী কল্লবা নোং নুংশিৎ পুনশিনহুনা মাগী পুনসিবু য়ুমহুদগী পুথ্রগদবগুম ঐবু চেৎনা থম্লিংহোই। অদুবু ঙসিদি ঐনা মাগী মীনোক অমতং নোকপদি ঙম্নগনি। কপহোবী মাগী থম্মোয়গী পোথাকম শোইদনা পীবা ঙমলনি। ঐ চাঙথোকই, বৌন্দিয়াগী নিংবা থ্ংনবা ঐহাক থ্নমক মকমসিদা লাকপনি। য়ুম চংলকপসিদা পুম্নমক কাওথোক্তুনা মসিমতং নিংশিংলমাল্লে।

"অহুক কজবি অহুক নুংশিবি ঐগী থরায় ঙসিদি কয়াদা হেন্না নিংথিরমলগদবা।"

হল্লকপা পুং ১ গী মতুংদা চিংনবনা থল্লবা ঐঙোন্দা পাবানা তপ্পা হায়—

—বৌন্দিয়া হোসপীতালাইজ তৌরবা মতুংদা অথাপ্পা থুজং অমদা লুহোংবিগ্রে। অওং অউন চাওনা তর্মখি। মাগী নংনা মরম অমতদা মথা শাবা ইপা পামমে।

তুমীন লৈরম্মী ইমাস্থু মথা তারকখি।

—য়াম্না থল্লবগী তুংদা থবক অহু পায়থৎখিবনি। সমাজ হায়বা অমা লৈরম্বনা ময়ামগী চৎনবিহুদি ঐখোয় ইকাই খুম্নদবা য়াদে।

অহিংসিদা করি তৌরিবা ঐ খঙদে। মীকপ খোনজেল অমথক কন্না তারি। অমম্বা মরক্তা ইথানুংদা কনাগুম্বী অমথক্না চেৎনা চেৎনা কোনশিল্লকপগুম কাওরি। থরাই পাস্ত্রবা অহিংগী অচিকপনা পীক্লিবা

নাৱাগী নাহেখোল অমা পুরকপগুমস্ তৌরি। লানজত্রবি, লম্মাংনরবি মাগী পুন্সিনা অমম্বা মাইকৈ পুম্বদগী তত্তনা নিন্দা তৌরকপগুম তাৱি। লোম্না তারিবা উপাই মাংপ্রবগী উপাইগী পী মরীকশিং মকম খণ্ডদনা মাংথ্রি।

সুম্মিৎ হুম্নিগী তুং মাগী হাংহৌরবা কাসিদা ঐগী থম্মোয়গী মৈচাক থাংলরি। ইচাই চাইহুনা লৈরিবা মাগী কমুংদা চোকথরবা হকচাংগী পোথাকম থীরুরি। মকম খণ্ডদনা য়েংলুরি। থম্মোয় শোকলকপা মীকুপ খুদিংদা পোথাজরম্বা মাগী মুংশি শক্তম মায়কৈ শীন্না উরকই। নাশোন পীরক্না শোল্লকপগুম তাথি—

"বাবুমচা, নখোয় পুম্নমক্কী নিংবা থংলব্রা ?"

মকম খণ্ডদনা হৌগৎলকই। পিগী মরিক মরিক মরক্তা মাগী তাহুনা লৈরিবা ইবিত্রবা দাইরি অসুম অসুম কাক্কৎলুই। অসুম্না খোংনরুই। লৈমন চল্লবি লৈরাংগী লৈনা ওই ভাওরবা থম্মোয়মুংদা মচোই মচোই তাথ্রি।

...."বাবুমচা"

শোল্লবি থম্মোয় কনাগী অরাবা তারক্লবা মতমদা কনানবু কন্নিংগদগে ? লাইবক থিবী ঐদি অহুম্মক চন্নকম খংত্রসমু। নখোয়না শেম্বিরকপা পুন্সিসে ওসিমু নখোয়গী তুংইন্না লম্মাংনবনি। পুন্সিসিদা কনাসু ৱারোদে।

অহুবু নংগী মুংশিবনা লাদোই চনখিবি ঐগী লানখিত্রবি হকচাংবু নংনা নিংশিংহুনা নোংমতা কপলক্নুকো। অহুম্মক কপতুনা লাকপনি, অহুম্মক খাংগুমদনা চৎলি.... অসুম্ পুন্সিসু লোইখিসনু। নথানুংদা, করিগুম্বা অমথক্কী পী মরীক অমতং ওইরবসু শিম্বহুনা নংগী ৱা তানিংলম্মী। লম্মাংনপ্রে, ঐ নত্তনা কনাসু কপলরোই।.... অসুম্না ঐদি চৎলেদো ....।

—জানুৱরী—৯৬

# ঐগী ইতিহাসতা সুশিলা

খুঙংসি হেক য়োৌবগা নুংথিলগী পুং মরী চপ চানা তাই। মকমসি য়ৌনবা হোৎনবদা কিলোমিটর অহুম খোংনা চংলকপনিনা রাবনসু খম খেংলে, ঐগী তারিবা posting মকমহুদগী মকমসিকাওবা গাড়ীদা অতুমমক খিলহল্লকলল্লগদি অসুম্মদি রারয়োই। অহুবু লম অশোমদা অনৌবা লাকপগা ওইবনে, খুঙংসিনগা মনুং চংনা লৈখিবনে মখোং থংলুদবনি। অহু হৌজিক্কি ঐগী খনজরকপা, ঐগী পন্থুংকম কংলে, চহি কয়া ফুমহুনা থম্নকপা অরাবা মকমসিদা শোইদনা কোক্লবা য়ারি।

লম্বীগী নাকনগী লমপাক মচাশিং ঈশিং লোইনা তুংলি। নিংশিংলকই, অঙাং ওইরিঙৈ খুদৈ মচা অমমম শেৎলগা ইমাল্লবশিংগা লমপাক্কা থরাইকোকপী ফাহুনা শান্নখিবা, য়ুমদা হল্লকলগা ইমানা চৈকম নাইনা ফুংখিবা.... তামগ্লিবা লবুক কয়াসিদা উরোক মতুম মতুমগুম নুপী য়াম্না লৌ লিংলি। লৈশাবী মৌ কাংবু কাংবু কানখিবসু য়াওরি। মমাইগী লৈখোম লৈরিকশিং উহন্নিংদমাল্লে য়েনপাক্লা খনজিনহুনা চৎখিবসু য়াওরি। খুঙংগী দৃশ্যা নোংজু পম্থাদদি অসুক য়াম্না কজৈ হায়বা ঙসিতা খংবগুম তৌই। ইমায় চোম্না চেল্লিবা অনৈবা তুরেলগী নাকচিদা লৈচিল থাংলবা ঙাংলপ তোবা মুমিৎ মঙালনা য়ৈবদা নীক নীক লাওরিবা তোর্ব্বানগী অশংবা উপালশিংগী মমী উখিদবা কুইরবনি। মীকুপসিদা লৌলিংবীগী নুংশিববা ঈশৈনা খম্মোয়বু নৌথোকহনবা, ঙসিদি করম্বা খোংথাংনো খংব্রে— অশংবা লমহাং মচাশিংদগী মমা কাইনরবা য়ম্নাওনা মো মো খোংহুনা মমাবু থিরি। মরকসিদা রাখল অমা লাকই, সুশিলা লৌ লিংবা চৎলমলোইদরা ? মহাকী থা ৬ শুক্রিবা অঙাংহুনা মমাবু কৌহুনা কপ্লমলোইদরা ?

য়েংনা য়েংনা থম্না থম্না অসুম সুশিলাগী য়ুম হংনা হংনা চংলকপনা কোম্থোংদি চপ চানা য়োরে। ঈনা কুপতুনা শারিবা য়ুম অমদি শঙোই মচা, কনামৎতা উদবগুম তৌরি, লম্না তারিবা খুঙংসিগী য়ুমদোমপোক

ওইরিবা য়ুম্‌সিদা পীক্লিবা অঙাংনা লাম্বগীদমক খোনজেল রাংনা কপলি। হন্নবিগী নাহেবা মাল্লবা খোনজেলনা থেম্বগুম তৌরি। চংলগা সুশিলাবু হেক্তা হংলগে খল্লি।

তশেংনা রাদবা ঙমদে, হিংবগীদমক, হিংনবগীদমক, চাক্কী দাবিগী-দমক পুন্সিনা পুন্সিবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নরি। হিংনবগীদমক থক্তুং হোৎনবদা পুন্সি কয়াদি মরেক মহাও থোক্তনা অসিগুম্বা মকম, তাংকম কম্নাদা মাইখুম কী উপতুনা লাম্থেংনরি, থরাইসে নুংঙাইতবগুম তৌই, খোমনৌ লাক্লিবি অঙাং চেল্লিবি মমাবু করিগীদমক লবুক্তা থাবনো? নুমিৎ খুদিংগীরা? মখোয়গীদমক লেপলিবা অঙাং মপানা কদাইদা....? মাস্তু হিংনবগীদমক চাক থিবা, খুৎশুমল নেম্না ইস্ফালদা, লংকৈগী খোং-চৎতা... শুপ্পতংগী মী ৩ থক্তুং চাবা ইমুংদস্তু অস্তুক থীনা কিভম শোক-প্রনে? হোই, লৌ লৈতে, ইনখোল চাঙদে, শেন্দোং লৈতে, অদুবু হিংদবদি য়াদে। নত্তে সমাজশিবু অস্তুক থীনা রারব্রনে? অদুবু ঐদি তলব চাই, নুপী থৌদ্রি, অঙাং য়াওদ্রি, য়ুমগী অরা অনাস্তু য়াওদ্রি— হংবমখৈ হংলে.... হন্নবিদগী লোইনা খংলে।

ঐহাক শক তাক্লে, অরানবদা, য়ুমফম য়াওদবদা, মাইখুম উপতুনা, হরাও হরাওনা তৌবি অদুবু তশেংনা পেন্দে, ইমুংদগী মপান থোক্তুনা কোরথোংদা, লৌলিংবী চৎখিবি সুশিলাবু লবুক মাইকৈ ওন্দুনা নুংশিনা ঙাইরি।

তশেংনা ঙকই সুশিলা, হৌখিবা নংগী লৈশারিংগৈ পুন্সিদা নংবু অরাবা বীন্দু অমগী দাককম লৈগ্রিব্রা? college গী পুন্সিদা, মকে শেম্বগী নুংঙাইবদা. নুংশি নুংঙনগী লম্বি থক্তুদা খোংদাখিবদাই। নং ঐনা চহি ৫ চুপ্পা নুংশিনখিবা মতমদুদা নংগী অরাৎপা করিনো, ঐ খংখিদে। হোই অরাবদি লৈখি, নং—ঐ শাওনবদা নথম্মোয়দা তাইনজবা ঙমদতুনা মীৎকী পী ওইনা শিন্দুজখিবা। নংগী নুংশিবনা পাকথোক চাওথোরক্তুনা ঐগী থম্মোয়বু মপান থোক্লা পুনসিল্লগে থনখিবা, মদুদা নীংবা খুংল্লদুনা নংনা মতম কয়া রাজখিবা.... ।

অদুবু চৎনবিনা, সমাজশিনা, মহৌংশিনা অনেম অরাং খাইম্নবা লাইর ইনাকখুনবনা নং—ঐগী অরাবা অদুম্মক মখা তাহনগ্রে— ঐস্তু

খংদে সংসারসে অসুক থীনা অচাল মীরাই নাইরমগনি হায়রবা, নংগী ইপানা, লৈকাইনা, ঐবু লাইরবগী কুয়োমনা য়োমশিনবিহুনা কোকপা শুমলরোইদবা অমোংপা দাককম লৈহনবিহুনা নংখকতবু লাপনবা হোৎনহনবদা পুন্সিসিবু মথক মথা ওম্মোকপিখিবা....। শুপনতংগী নংবু কাওননবগীদমক ঐবু হাৎনবকাওবা তেমশিংনখি। ঐগী পাঙল লৈখিব্রা ? কনমক নুংশি নুংঙন্দা ঙাওরবসু, ঐগী ইমা, ইপা, লৈকাই লৈরি, ইজৎ অমদি ঙাকতবা য়াখিদে। কনমক লাইরপ্রবসু নখোয়গী দন্দিহুদি তশেংনমক হেনখি। সমাজশিদা খাংবা ঙম্বগী পাঙল লোইরক্তুনা ঐগী বাবানা ঐবু কয়ারক য়ুমদগী তাম্মোকখি....।

অহোংবা নাইবা তাইবঙপান, ওন্দুনতা লৈরবা পুন্সি খোংচৎ.... নংগী খোংথাং খুদিংসু অহুম্মক ওনখি। মরা চেৎপ্রবা অরা নুংঙাই খোংচৎতা য়াওরহুনতা লাক্লবা নং—ঐগী নুংশিবা অহুম্মক হোংগ্রে। করিসু উপাই লৈখিদে, চৎনবিহুদা অহুম্মক য়াওবা তাখি। নহাকপুসু শাওবা ঙমখিদে.... মীওৎ মীনৈ মরকতুদা চহি ৫ চুপ্পা শাগৎলকপা নুংশি মরি অহুম তৎগ্রে। মসিনি অহোংব....। অহুদগী লাইরবা ইপানা অরৈবা থোনাদা ঐবু মপান লমদা অহুম্মক থাগ্রে। হোৎন-জমনগী তুংইন্না Forest Ranger গী থবক খল্লকপদগী মপা চানা training চৎগ্রে। নংগী পাও তাবা কংখি। M.A. লোইথোক্লগা য়ুম-পাল্লু য়াদনা লৈখি হায়। অহুবু ঐনা training লোইহুনা থোক্লক-পদদি নহাক ইমা পাবগী মাইয়োক্তা লেপতুনা অথাপ্পা খুঙং অমদা য়ুম পানগ্রে হায়। তশেংনা ঙকখি, করম্বা খোংথাং, করম্বা রাখল, চৈনা কংলবা থম্মোয়গী নীন্দা তৌগ্রিবা হায়বহুরা ?

ঐনা থবক তৌবা চহি ১ লৈরবা তুংদা নংগী নচানুপা অমা কংগ্রে তাই, মতমহুদি নংগী ইমা ইপাসু নংবু লৌখৎলে হায়। নুংঙাইখি.... তশেংনা নহাক নিংবা কাইপ্রবনি, কোংদোকতবনা নং—ঐগী মরী খংখিদ্রবনি, নংগী নশক চহী ৪ চুপ্পা উদ্রবা তুংদা অমুক্তংদি পেন্না য়েংনিংহুনতা লাকখি। লাইবক কবনি Moirang দা ঐগী থবক মকম

তাখি। মচুগী মতুংদা ঙসি নহাক্কী য়ুমসিদা নংবু উনবগীদমক লাক্লি-বসিনি। অদুবু নংদি অসুক কীতম শোক্লা।

মথা য়াম্না শারকই, নং—ঐগী লানখিন্নবা থম্মোয়গী য়াবু নিংশিংলকলগা জ্ঞান তানা মংলারুবগুম তৌরকই। অসুক অথাং কনবী নংগী পুন্সিখক্কুংবু থাগৎনিংই। চমম্নরিঙৈ; ইনাক্কী লম্বীদা মুপী ৫/৬ লৌ লিংবা কায়কপগী মখোল তারকই।

—চঙহৌরোনে, ইবেম্মা লাইবক কবি, নচানুপামু কজবা অমা লৈরে, নপুরোইবনসু ইম্ফালদগী শেল য়াম্না পুরক্লনি অদুদগীদি মপানগা খোকথ্রোই।

—থংজ্রে ইবেম্মহোই, মসিরা নুংঙাইবচুবো, নখোয়গীদি নপুরোই-বনা লেংদনা লৈরি, ঐগীদি····।

সুশিলা মথা তারকখিজ্রে, নোক্না নোক্না লৌলিংবি মুপীশিং তামগ্রে, তশেংনমক মাবু য়েংজ্রিঙৈদা মাদি ঐঙোন্দা মীৎকম থমচুনা লৈরম্লে। ইঙেনগী নুংশাদা কাহৎলবি মাইথোং, ইঙেনগী নোংজুদা চামথোকচরবসু ঐবু উবদা মহাক খুদক্কী মৈশাদা কাহৎগ্রমাল্লে, চপ লেপগ্রে কোমনা লাকপা মকী মরোল শেমজিনগ্রে, লৈখোম তৈরবি মাইথোংদো খুৎনা নাম্থগ্রে, তশেংনা সুশিলা মংলাকনরে.... চোংলিবা ঐগী থম্মোয়বুসু কাজিনচুনা মাগী মফমদা অচম্বা য়াঙাং কাংথোক্লরে, মানা চমননবগীদমক।

— ঐবু থংজ্রবনে, Moirang দা posting তাইয়ে। অমুক্তা চৎকে খনবসু কুইরবনে। চংলশি লাকও, অঙাংদো মবুক য়াম্না লামলমাল্লে— কপহৌই।

পেন্দবা অমদি ইকাইবনা য়ান্নরবা মাইথোং, থক্কম লৈতবগুমনি অরুম্বা মীৎয়েং অমতং য়েংচুনা মকম থংদনা খোং থাংলিবগুমনি, মুন্না য়েংবদা মশাদো ছায়রে, ঐসু জ্ঞান মাংবগুম্নি, কমদৌনি, পুন্নমকসে কাজিনবা তাই, মাসু-ঐসু। হৌজিকসু মহাক রা লান অমত্তা ঙাংজ্রি ঐদি মথা তারি,

— ইমাগা রারি শারম্বনি, নখোয়গী মীনি হায়রবনি। হৌজিক্তি হনবা মুংঙাইররোই, ঙসিগী লৈফমদি হরাওনা পীরা তারেকো।

ম্যাঙোলগী দারি হেক য়ৌরগা ঐগী রাহুনা মাবু খংহোং হোংহন-বগুম তৌরি— করি খনখিনি খল্লমাম্লে, অরাবা পুম্নমকপু কুপশিনহুনা মীনোক অমথক থোনা লৈনা পুথোকতুনা তনিকপা খোলজেলদা—

— থাপ্পা লাকপগী রাদ্রবরা ? ঙাইহাক পোথানবা তৌসি ঙসি লেকখ্রো, ঐ চাক থোংলুরগে।

মচংগী র ঙাক্ত, মনাক্তগী শাওহুনা চংখিদোরবা অমগুম পাথৎনা। ইমুং চংখিহুনা কক পুথোক্লে। হোংদোক্লবা কী, তুম্নবা মোন পুথোক্লক্লে, মাগী লৈখোম তৈবগী, মাগী রাবগী, মচা মবুক লাম্বগী, করিমত্তা খক্রমাম্লে। খঙ্গোয়্রদা অহোংবা অমা লাকই, চহি মরী উখিত্রবা শক, তাখিত্রবা রাঙাং— মাইথোং শক্তমদি হোংলম্লে, মহিংসু তোঙানখ্রে অহুবু লীরি খোইরিবী মাগী পাম্বৎচবি রাঙাং ঙসিসু হোংলমদে। ফনা কজনা পুকচেন চাওথোক্লা চংলকপনি অহুব্র....।

কীদি হোংদোকত্রে, কক্তা ঙাইহাক তুমথরে মহাক ফনা কুইনা ইমুংদগী থোকলক্লে, অঙাং কপখিত্রে। শোইদনমক্কী মশা শেংদোক্তুনা ঐগী চাননবা মখল মখলগী থোরাং তৌরমগনি। চেংবু লৈরমগদ্রা ? ইঙ্কাংদি কদাইদগী ? করে তুমিম্না খাংলগে লাপ্পা লাকপনি খংজিবনি। ঐ তুমখোক্রবসু কাইদে। মথা শারকই, ঐশিবু য়াম্না কাইররব্রা, মমা হনুবিনা করিবু খনগদবা ? অহুবু চিংনফমদি থোক্লে। করে, মুশিলা ঙসিফি ঐগী কনা নত্রবসু মতম অবগী মকুপ অমগুম লাপ্প লাকপা ঐবু অতিথি সেবা তৌবা য়াই। চুম্মী, অহোংবা লৈখ্রে, মীগী ওইখ্রে, মমা কমথোন কংখ্রে অহুবু ঐ দাবী তানবা লাকপা নত্তে। মুংশি ভীক্কা নীবা লাকপসু নত্তে, শুমতংগী মুশিলাবু উনিংবগী, কাওদবগী, মচনগুম মুংশিবদগী মসিম্না হেক্তা ওইহনবা য়াবে।

পুংমম মমশিনখ্রে, অথাম্নদা অঙাং কৌরিব মমাগী খোন, লাক্না শোংলিবা হুইগী খোন নত্তনা করিসু তাখ্রে। অইংবা মুংশিংকী মরক্তা লৈনমগী মুংশিবসু য়াওরক্তুনা হকচাংবু কনখৎহনবগুম তৌরি।

ময়ক্লবসিদদি স্থশিলা ঐগীদমক ওইরমাল্লে, পোদোন অমা পাররক্তুনা ঐগী নাক্তা থমলরি ঐবু য়েংলমদনা তুমিন্না চংখিগদবগুম খনবনি অহুবু মাদি থৌনা লৈনা থম্মোয়বু ওৎলমলি—

—ফীভম য়াম্না শোকপনি, মীওইবা হায়বহুগী লৈকম নত্তে, পেন্দবা থম্মোয় খক্তংগী মৈচাক থাংকমনি।

খোনজেল হীক্লে, মথা তারমত্রে— তশেংনা মহাক কপলমাল্লে লুকথহুনা ইমুংদা চংত্রে, করিগুম্বা খরস্থ হায়নিংলমখিনি। খনকম খংদে পুন্সি খোংচৎসে অসিনি, অস্থুমনি থাজদে, অহুবু ওসিদি স্থশিলাগী মনাক্তা, মাগী মীৎকী পী শীস্থহনহুনা। ধুপকী মুংশিবা মনম তারকই য়েংখোকলুবদা অঙাং পোনা পোনা হনুবীদো গুমাং তুলশিবুংদা ধুপ থারমল্লি, ঐ হন্না য়েংলুত্রে— ন্না খরদি হায়নিংবগুম্মি, মথমতা মুরুম মুরুম শোনহুনা চংগ্রি।

পুংচিক চীকই, পুংমম মমই, পানথৎলকপা থা নত্তমাল্লে। নিংশিংলকই, থাবলগী অহীং কয়াদা স্থশিলাগী নাপ্লদা থেংখিবা মশীং খংত্রবা নাচোম, নুংশি নুংওম্না ঙাওরবা অহিং কয়াদা মাতবু ঙাইহুনা মাতবু য়েংহুনা মীংশেল খাংখিবা, মথা শাংথনা খনজবা ওমত্রে—তশেংনা নিংশিংলুরিবসে পাপনি। ইমুংদা চংহুনা স্থশিলাগী মাইথোংবু পেন্না য়েংনিংলুই। মচানুপাবু হরাওনা পাম্নিংলুই, অরা নুংঙাইগী রারি শাহুনা ইচম চম্না নোকমিন্ননিংলুই।

ফনা য়াম্না থেংজিনত্রে, স্থশিলাদি মাগী চাক ইঙ্গাংহুদা পেল্লম-লোই, পেনস্থ পেনখিদে ঐ খংই, অহুবু অহুক হাওনা অসিগুম্বা পুংকমদা ঐবু কয়ারক চাথ্রবগে? তশেংনা কাংহৌ য়াম্না পামজৈ অহুগা ইরোম্বহুস্থ মহুতগীস্থ নত্তে ঐ তশেংনা স্থশিলানা থোংবা চাক ইঙ্গাং চানিংই, মানা থোংবা চাক ঐহাক চাখিদবা কুইরবনি।

ওসিদি কয়াদা চম্না থল্লবনো, মতমহুদদি মাতগী অশানি, মাতগী রাখলনি, অম্না নুংঙাই ঐগী পুন্সি খোংচৎতা মাবুখক্তং পুহুনা ঐ তশেংনা হীংজবা পামখিবনি। মহুগী খক্তনি ঐনা মাবু থম্মোয় শেংনা

চহি কয়া লোয়া থমজখিবা, রাখলদা তাওরিবৈ স্নুশিলানা ঐগী নাক্তা লেপলম্বদো থংহোক্লে। হৌজিক্তি মহাক নিংতম্না ঐঙোন্দা য়া হায়বা ঙমলে। য়ারম্লনি অমদি তুমনিংলম্লনি থংলমাল্লে, ঙসাই মথৈ ঐগী পোথাকম শেমলুরিমাল্লে।

—তুমনবা তৌরসি, চংলসি, শোমদা শেমলবনি, হৈনজত্রা? হৈনদে হায়রক্কনু, শীবা ঙাইনবথক হীংবনি, নংনা উরিবশিদি অরাবা খজিক্কনি।

স্নশিলাগী রাহৈ মম্লাক্ত কারে। তাবা ঙমজ্রে মহাক য়াম্না পেন্দে, কনাদনো, ঐ থংজ্রে, ঙশাই হেক উনবমক্কদা য়া অমত্তা ঙাংখিদে— ঐঙোন্দা য়েংবক্কাওবা ঙমখিদে, চুম্না চৎনবথক হোৎনবদা অরাবা ওইখি অদুবু হৌজিক্তি নিংঙমদবা ঙাক্তা, মরৌ লৈবা য়া ঙাক্তা— করিগীনো অঙাং য়াওরবি মানা চাওথোকত্রিবা? অসিগুম্বা হায়বগী মহুত্তা ইচম চম্না ঐগী পুন্সিগী, ঐগী হীংলিবা মহীংশিগী, থবক ইনথাংগী অরা নুংঙাই হৌদোকললকপা য়াদবরা—

ঐগী রাহৈহুদা থম্মোয় শোকত্রব্রা? মক্লিবা মাইথোংহুদা মমী অমমুক—। হন্নুবী ইমাদো খোক্লকতুনা চঙননবা হায়ররে। ইমাহ কাওবা রারৌবা উৎলক্লে। মথা অমুক তাজ্রে, স্নশিলা য়াম্না পেনখিদবস্নু য়াই। ঐস্নু য়াম্না লাইরৈ, লাইরবদগী পুন্সিদা শেৎন খাইনবগী অরা মমী তাত্রীবনি। ঙসি ননাক্তা লাক্লিবা নংগী থম্মোয়বু হুহুনা পুগে লাকপা নত্তে স্নুশিলা, নংগী মথল খুদিংগী উৎলকপা মওংদা পুন্সিগী ওইনা পেনখোক্লগে লাক্লিবনি।

ঐ চংলে, পিকতক তৌবা খাজিনবা কানি, কমুং অনী থাই, আলমীরা মচা অমতংনা মনুংদা কীরোল ইয়াও য়াওদনা হাংলিবা। নত্তে স্নুশিলা, নংবু কজবা কনেক অমকাওবা শেৎপা কংজ্রব্রা? মুৎশি মুৎশি পোদোনগী মৈঙালদা, কমুংদা হেক কমথবগা স্নুশিলাদি ঐবু মুম্না য়েংহুনা লৈরম্নি। অমুক য়েংলকখিজ্রে, ঙাইহাক্কী তুংদা মহাক তপনা থোকজ্রে। ঐ স্নুশিলাদা য়া অমত্তা ঙাংখিজ্রমাল্লে। অমুক হন্নস্নু

চংলক্লরোই। থংননা থারিবা মাগী কমুং হাংহনা লৈহৌরে, মকম-সিমক্তদা মমা মচানা তুমজ্রবসু মহাক ঐঙোন্দা রারি খরদং শারমলগা থোকখিবা য়াক্রা— শানিংঙাই শুংলৈ লৈতব্রা ? চহি মরী উন্নখিজ্রবগী তুংশিদা; লমলানবা অমা ওইপ্রবসু ওশিদি নংগী য়ুমদা ঐহাক লেকলরি। ফনমক থাপনপ্রবসু নংগী মমাংঙৈগী মীনোক্তা লোয়নবা রাহৈ অমা থক্তং চায়রম্বা য়াদবরা ?

অহিং মমৈ ওইশিল্লক্লমাল্লে, পুং ২ শোইদনা তারমলগনি, মতেক মতেক তুমলগা হেক হেক মাংলাকনবা নত্তনা করিসু উপাই লৈত্রে। চকচাংসে রাক্লরগসু তুমথবদি য়াখিত্রে। য়াওনবদা মশাং থংখিত্রে, অমম্বা মরক্তা মীৎনা তরং তরং পাংহনা ঐ পোথরি, অহৌং মমৈসিদা রারি অমথক নিংশিংলকই, নংবু নিংশিংলিব্রা সুশিলা ?

কালেনগী নোংজু মরক্তা, ইবুধৌ থাংজিং খুরুম্বা চৎমিন্নবদা নিরকখিবা নং+ঐগী বর। বরহুবু থুংলসনু খনখিবরা, মোইরাংগী গাড়ী তোংথলকপদা পুং ৬ তাখ্রে, নুমিৎতুগী নোংলৈ নুংশিৎ কয়াম কনখিবা ঐ থংহৌদে। লোনশিনহৌদ্রবা বসকী থোংনাওদগী হায়-জিল্লকখিবা— নংগী হকচাং ঈশিংনা লুপলম্বা, অঙাওবিনি হায়নরনি খন্না নংনা মীরক্তা কয়া নোম্থহনা খাংখিবা, নম্বোল খরা হেনদোরক-পদদি গাড়ীদো অহুম য়াখিত্রেদনা, পাখৎচবনা লৈতাত্রবি নংনা ঐবু রারৌনা য়েংখিবা ওসিসু মমী তাহৌরি। উচিন নাচিন্না শেম্বদগী গাড়ী য়ারকপদদি নুংদাং পুং মাপল তাখ্রেদনা। ঐসু খংদে নুমিৎতুদা নোংদম্বনা করিবু তমলক্কদবা। ইম্ফালদা বস থাবদদি কনামৎতসু লৈরমত্রে, নোং নুংশিৎতুদা তোংলকপা মীশিংসু অমত্তা উখিত্রে।

ঐহাক কাওরমললনি খনব্রা, নুমিৎতুদা অঙাওবা থম্মোয়না নংগী মকমদগী নীখিবা ভীক্ষা। তনিক তনিকখিবী নীঙোলগী পুক্সিনা অহোংবা খোংথাংদা ঐগী ইফম কনবিখিবা নত্রা ? মথোল কয়াগী লেককম দলানহুদা নংগী নিংথিবি শক্তমবু ঐনা কয়ারক য়েংখিবা নত্রা। অঙানবা মৈঙান্দ হাংদোক্লিবা থোংনাওদগী চংশিল্লকপা

নোংজুগী অখাক অরাওবু সমাজগী য়েকন তিংখং ওইরবোই নিঙহুনা ঐবু কয়ারক কোনখিবা। কাজিন পুনশিনবীরবা অমুবা শমলাংশিংগী মরক্তা মীৎ উইশিন্দুনা খাংলিবি তনৌরবি মাইথোংবু ঐনা কয়ারক চুপখিবগে ? নহাক মশিং থংখিবরা ? অনৌবা ইতিহাসকী অহোংবা ময়েককুম নংগী হাইদোকলবা ইতিহাসকীদমক মীপাই চাওবী ওইহুনা ইকাই খৗরবি নংনা খাদোকপীনু হায়না কয়ারক্তি কপখিবা।

করে, সুশিলা মকময়সিমক্তদা, মতমসিমক্তদা নীংশিংহুনা নংবু চিংশিল্লুরিবা ঐহাক পাপ লংশিল্লবনি। ঐহাক নীপা থোকখিদত্রা ? মতমহুদা ঐনা নংবু করিগী য়ুমদা পুশিল্লমত্রিবা, করিগীদমক ঐনা নংবু খাদোকহুনা মপান্দা চৎথ্রিবা— হৌগ্রবদি হৌথ্রেদনা, নংসু মরক মরক্তা শোইদনা কপলমগনি, ঐবু তত্তনা নীন্দা তৌরমগনি।

অহিং শুকতুম তুমত্রবনিনা অঙানবা হেক লাকপগা ঐ হৌগংলে অইংবা সুংশিৎ ফুহনহুনা চীন য়া শেংদোরগা লাকপদদি সুশিলা ইমুং মাঙোল য়াই তৈবা লোইরমলে। মৌ অনৌবীগী কুপজিবী ফীগী মরুমদা লোৎজিবী নিংখিখিবি মায়থোং, অমুক্তা পেন্না য়েংগে খনহুনা মনাক্তা চংশিল্লুরি। তশেংনা সুশিলা মাইদা মাইহীংসু কায়ে। মীৎসু ইপোম পোম্বগুম তৌই। নং অহিংদা কপলত্রা ঐহাক শাংখনা য়েংত্রে, ঙাইহাক্কী তুংনা কীয়োল শেৎচিল্লগা ঐ মপান্দা থোকলকহুনা চৎলনবা শেম শারে— তিংঙক তিংঙক, ইপা পাখৎনা ধুপ খারমবদগী চংশিল্লকহুনা—

— চাক চারগা চৎত্রো ঐঙোন্দা য়াম্না পেনহৌয়রোই অমুক হয়সু লাকনি খাজত্রে।

—অয়ুক্কী খোংশানগদবা তুর অমা লৈহৌই। অহিং লেক্তুনা লৈরবশিদি, ঐদি পেল্লবনি।

মাইথোং থংমক মকশিনবগুমই কাপ্পরোই খল্লমান্নে খোল নিক্কনা মখা তারকই—